# কর্ণার্জ্জুন

—:(*):—



ইজবা :—

জগদীশ

অকোংবা :—

শ্রীকুমাইলাংপম মুকুন্দেশ্বর শৰ্ম্মা এম, এ.

লম লইবগীদি—                    মমল [illegible]

# কর্ণ

## বৈকর্ত্তন—বসুষেণ

কর্ণার্জ্জুন—

বীর রসন মরুওইব নাটকনি। ব্যাসদেবকী মহাভারতপু পঞ্চম বেদ হায়না তাইবংপান্দ ফাওরি। মসিদ কীর্ত্তি পুম্নমক তুন য়াওরি।

মরম অসিন কান্নব পুম্নমক্কী কান্নব অথোইবশিং তিন্নি; মহাভারত'সি "সার সমুদ্র" মচিগী সমুদ্র হায়রব য়াই। অসি-গুম্ব বিরাট গ্রন্থ'সিগী মতুংদ বীর রসকী থম থোংনা জুম্বগী য়োব কর্ণ নত্তুন কনানু লৈরে।

কর্ণগী মফমদ লৈরব বীর :— (১) দানবীর, (২) ধর্মবীর (৩) দয়াবীর (৪) যুদ্ধবীর রস মরিগুন লৈব কর্ণনি।

মাগুম্ব অকনব মহাভারতকী মানবশিংদ অতাওবনি, মহাক অকনবশিংগী মথাংনি।

অর্জুনগী নৈনবতুন য়েংশি :— খাণ্ডব বনবদ ভৃগুপতি পরশু-রামগী লেবাক গঙ্গাদপান্দ গুরুবু কৈগন্দ মোন থাগুহন্দুনা লৈবা তীঙ্গন লৈরগদ চিক্কথংদুনা থাগুগৎলক্লবদ নাচুংব লৈতনা থাগথিব, দান—শুদ্রপিরব মচা বৃষকেতুবু হোত্নায়ন মকোক লেনথোকন লাম্নব চাকনিবগী মশক ওইরবা শ্রীকৃষ্ণবু প্রুভা কংথিব।

গো-বৎসদাম মচাগ কোমন মশনী দান তৌহ্নব ব্রাহ্মণ কন্যাবুকপু পেলহনখিব।

ইন্দ্ররাজ-শোরারেম্ন মচা অর্জ্জুনগীদমক্ত পোকপদগী কোময়ম “কবচ” খবাক্ত অকনব উনশা থাং-ত্তা চত্তরব শৌজন্দুন লৈরুব অহুবু লানগী যাত্রা তৌরমদাইদ অয়োনব ব্রাহ্মনগী মশক ওইহনুন নিরবদ নোক্ত নোক্ত মখুৎমক্ত শেগায়হন পীখিব—।

কুন্তীন যুধিষ্ঠিরনচিংবগী মীচণ্ডদ লেপহুন মচাশিংগী মথক্কাই মিরবদ পীখিব।

ধর্ম্মদ— যুধিষ্ঠিরবু লান্দ ফাম্নবদ-মবুক কত্রব দুর্য্যোধন্ন পীয়বদি শোয়দন হাংখিব য়াই খন্দুন, মসুংদ থুপহুন থব আন্তরিক স্নেহ অমন ময়ম ওইহনুন থাদোকখিব অমসুং শ্রীকৃষ্ণবু খঙোয়হুংদ লোত্তুন অথোয়ব মবুঙোনি হায়হুন পূজা তৌকব অসিদগী হেম্নব ধর্ম্ম অমুক করি লৈরিব—কর্ণগী অয়োইব মতাংদ পাঠক বর্গন মীৎয়েং তাবিয়গ খঙবিগনি।

দয়াদ—মনাওশিংগীদমক হস্তিনাপুর অমদি ভারতবর্ষগী অমক্ত ওইব নিংথৌরেন ওইহৌনব মবুকনিংদ খন্দুন মশাম মশাবু মীনমহুন “ঐহাক কুন্তীগী মচানি হায়বহু খঙহনখিদব অমুক হ্রম অতোপ্প রাখল অমন একাম্নী” খুৎলাই শিজিয়খিদব অর্জ্জুনগী য়াশকপু কায়হল্লোই মনাওগী মিংচৎপু জগত্ত অমর ওইনব শিরুব মসিদগী হেনব দয়া করিমুক লৈরিব—। কর্ণার্জ্জুন করিগীদমক কর্ণগী মীংন মথক থংলিব লৈনবিগদি পাঠক বর্গন…।

## পোকপ মতাংদ—

জাতমাত্রঞ্চ তংগর্ভং ধাত্র্যা সংমন্ত্র্য ভাবিনী
মঞ্জুষায়াং সমাধায় স্বাস্তীর্ণায়াং সমন্ততঃ ॥৬
মধূ-চ্ছিষ্টস্থিতয়াং সামুখায়াং রুদতী তদা।
শ্লক্ষ্ণয়াং সুপিধানামশ্বনদ্যামবাসৃজেৎ ॥ ৭

মহাভারত কর্ণপর্ব্ব
অধ্যায়-২৬১ (ভুব)

কুন্তীন কন্যা ওইরিঙৈদ কর্ণ পোকখি, অহিংমোংয়াইগী মতমদ ধাত্রী অমগ তায়রগ উপু অমদ য়ায় চেংকশিন্ন হাপ্লগ অকোয়বদ ঈশিং চঙদনব খোইরুন মেন্নগ অশ্বনদীদ থাদখি, তাউথহনখি ……………………।

রুদন্তী পুত্রশোকার্ত্তানিশীথে কমলেক্ষনা।
ধাত্র্যাসহ পৃথারাজন পুত্রদর্শন লালসা ॥
বিসর্জয়িত্বা মঞ্জুষায়াং সংবোধন ভয়াৎপিতুঃ
বিবেশ রাজভবনং পুনঃ শোকাতুরা ততঃ ॥
… ……………—… ……………

কপ্প কপ্পহুন কোমুংদ হনজন্‌খি।

উপু অদু অশ্বনদীদগী চর্ম্মণ্বতী, অদুদগী যমুনা অদুদগী গঙ্গানদী য়োখি, অদুদগী অমুক অঙ্গদেশকী হৌজিক (ভাগলপুর) চম্পানগরীদ তাউথরকই। অমুক অমনবদ অধিরথ রাধা শূত দম্পতীন গঙ্গাস্নান লাকপদ উপু অদু থেংনখি ………।

……………………………………

……………………………………

রারী, নাটক, অমদি লেখক করামুকী মওং মভৌ লৌজচুন—ইজনিঙবদগীঁ জঙাংৰ মৈকিদবগুম অয়ান অছই থঙজদন ইজক্লুৰে।

মূলরামায়ণ আদিকবি বাল্মীকিগীনি
মহাভারত দ্বৈপায়ন বেদব্যাসকিনি।
কয়াঙ্কুক য়াম্ম ইশোকনরিব…….।
অপাম্ব মতাং কয়া কয়াদ…….,
অম্বিব, অনৌব, ময়ায় ওইব…
নৌদ নৌয়িব কবি লেখক…
মণ্ডিক চাদন কলম চৈশুওইনরিব
কাংবু অমগী মজুংদ ঐস্থু অম …….।

লেখক

দ্বৈপায়ন বেদব্যাসকী কলম— মহাবীর কর্ণগী পৃথিগী ব্রারী অসি মহাভারতকী মনুংদ হৌবদগী অরোইব কাণ্ডব অমাকগী মমক ওইনা য়ের্কাপরমলে। কর্ণ খুদোং-থিবতগ মরোমচুম তাইবংপান্দগী বিদায় লৌথ।

—অশুম হায়জনিঙই—

থৌনাফবদ, হোৎনবকমবদ, দানদ, ধর্ম্মদ, থৌজানদ ৱাশক চেৎপদ, শির্বাকদন অানফমদ, মাগুম্ব তাইবংপানদ মতোমদনি।

ময়াম অসিগী মনুংদ অমত্তংদ ওইরবসু ঐখোয়মন মতৌ তম্মনিঙই।

—পব্লিসর—

# পাত্র পরিচয়

## শ্রীকৃষ্ণ

পরশুরাম, ইন্দ্র—

কর্ণ, অর্জুন, যুধিষ্ঠির, ভীম, নকুল, সহদেব,

ভীষ্ম, দ্রোণাচার্য্য, দুর্য্যোধন, দুঃশাসন, বিকর্ণ,

ঋষি, ব্রাহ্মণ, বৃষকেতু, শকুনি, শল্য, সঞ্জয়,

ধৃতরাষ্ট্র, বিদুর, ধৃষ্টদ্যুম্ন, অশ্বত্থামা,

প্রতিকামী, মন্ত্রী (কর্ণগী) লান্মী খরা ।

পাত্রী—নিরভী—

কুন্তী, দ্রৌপদী, পদ্মা ।

---

খরদং

পৌরাণিক নাটক ওইবন সংস্কৃত শব্দ খরা মরক মরক্ত শেংচিন্নৈ, ভাষান্তর য়াবনি অহুবু হায়বদ ফজগদবোই নিংজবদগী খরা খরা হাপচিল্লে । গুরুদেব, আধার, ভগবন, পাশা-দৃতক্রীড়া অসিনচিংব ।

নেপথ্যে—[ক] নেপথ্যং ভূষনস্থানম্ "ইতি কোষঃ ।

[খ] রঙ্গাদ্বহিস্তু নেপথ্যম্ "ইতি মুনিঃ ।

[ক] ফিশেৎকমবু—নেপথ্য কৌই কোষকী মতনি

[খ] শাস্ত্রকমগী রাংমহু " " " মুনিগী মত্‌নি ।

স্বগত :—পুক্নিংগী মা'হু কোংন মতোমত হায়দোকচব ।

জনান্তিকে— ময়াম মমাঙদ হায়বদি হায়দোকপ খঙহনবদা মী অমত্তবু খঙহনব ৱাহৈ অহুবু জনান্তিকে" কৌই হায়ব নাট্য শাস্ত্রন প্রমাণ তৌই । মসিগুম ৱাহৈ অসি সহযোগী অভিনেতা ( Co-Actor ) ন হায়নৈ, শেংদোক্নৈ ।

# ****** কর্ণার্জ্জুন *******

## প্রথমাঙ্ক

### প্রথম দৃশ্য

### *মহেন্দ্র পর্ব্বত জামদগ্নি রামগী আশ্রম

[ কর্ণগী কৈগন্দ মোন খাঙহুন পরশুরাম তুম্ব, গুরুগী নাক্ত কমণ্ডলু, ব্রহ্মর্ষিগী নাক্ত লিরুং তেন থম্ব ]

কর্ণ— ( শোক্লব ) দ্রোণাচার্য্য ! কর্ণন নহাক্কী নফমদ খুৎলায় অমগে হায়ন চঙজরুবদ ইমান্নব ময়ামগী মমাঙদ থওইদব উত্তুন অতোনব জাৎ, সূত মচানি, শোক্লবফাওব য়াদবনি চৎলো হায়হুন তাম্বোক্লকপনিকো !

---

*মহেন্দ্র পর্ব্বত, জম্বুদ্বীপ্ত লৈব চীঙনি, বর্ত্তমান যুগ অসিদ খঙনরিবন, উরিষ্যা। অমসুং উত্তর ম্নরকারদগী হৌহুন গঙোয়ান ফাওব শন্দোক্লিব চীংশাঙ পরেং অহুবনি হায়ন "আশুতোষ" দেবগী অভিধার প্রমাণ তৌই। উরিষ্যাগী ম্যাপ্ত বহরমপুর মনাক্ত লৈরিব গুহুপুরগী চীঙশাংশিং অহু মহেন্দ্র গিরিনি হায়ন খঙনরি অমসুং বঙ্গোপসাগরগ থংনন…।

ঙসিদি জগৎকী মনুংদ ফাওরব ভৃগুপতি রামদ ঐগী গুরু ওইব ফংলবনি, নহাক লায়া পাব ফাওব য়ারগনি। (অঙকপ) করিনো ঐগী কৈগল মনুংদ করিগুম্ব মচিল তুম্নব পোৎ অমন থিনগায়রকপগী মতৌগুম্ন অসুক নাব ফাওরিব, উনশা-তোং শেগায়তুনা ফাওগৎলক্লব্র····। অনাবসি খাঙলগে, খজিক্ত ফাওবসু লেঙলরোয়। ঐন চৈ-নাখোল অসি খাঙব ঙমদবদগী লেঙলবদি ভগবানগী চেপ্প কায়রগনি। কৈগল অসি তৎপ্রব ফাওব কর্ণন খাঙলগদবনি।

( ফিজিন হুমাই হুমতুন গুরু সেবা···। )

[ পরশুরাম ফিংন হৌগৎলকপ ]

পরশুরাম—করিনো'সিদে, নাকোং ময়াদ মচিল তুম্ব পোৎ অমন থিল্লকপগুম্ন অসুক নাব ফাওরিব, ( থুৎন মাব ) ঈশিংল করিনো অমসু চোৎলিবসিবো। নত্তে, মসিদি ঈ৽নিন—হায়য়ু কর্ণ! নঙ ঐবু হৌদোক্লক্তব করিগীনো? হৌগৎলু নঙবু করিনো অমন চিক্লমালে।

কর্ণ— গুরুদেব! করিগুম্ব জীব অমন চিকখিবগুম তৌপ্রমালে।

পরশুরাম—করিনো'সিদে করি ভীলনো? মখোঙ নিপাল পান্নব খোরব ময়া পানব, মউন থাব, য়েতুমগুম্ন তুম্নব মতু পানব ওক্সী মওং মানবা কন্নব জীব অসিন কর্ণ নহাক্তী উনশা তোং ফাওদৎতুন চিক্লবমক্তদ নহাক্ক করিনো

মাচুংব নৈত্তন ফুমিন্না থাওলিব, অদুগ ঐবুসু হোৎলোত্তনব,
নহাকী থাওব কনব অমদি নথৌনা অসি অওকপনি কর্ণ।

কর্ণ— গুরুদেবগী বিশ্রাম কায়খিগনি হায়দুন ননাইন থাওদুন লৈজবনি।

পরশুরাম—তীল অসি *অলর্কগী জাৎনি অসুকী মত্তিক করি চিক্লবফাওবদ নমায় অদু খজিক্ত ফাওব ওাওদন অনাব অত্ত থাওলিবা ?

কর্ণ— গুরুদেবগী সেবাদ অসিগুম্ব অরাবসি মশীং নাইদন থাওজগনি।

---

*অলর্ক :— অলর্ক জাৎকী তীল মথল অম ( রাহিগী জাৎ ) মমাওঙৈদ দংশ কৌব হিংচাব অমন ভৃগু মুনিগী পত্নী হুগে হায়দুন লাওঙ্‌বদ মুনিন শাপ তৌখি। "নহাক নখোঙ নিপাল পানব খোরবময়া পানব য়েত্নমগুম্ন খোরব মত্নু পানব ওকী মতৌ মানব তীল ওইন পোকলুরো" শাপ অসি পীবদগী মুনিদ দংশ হিংচাবন হায়জ্জে, ঐবু শাপ অত্নুদগী অমুক্ত কনবীয়ু হায়জরুবদ মুনিন হায়খি। "দ্বাপুরগী লোইর্মদাই মতমদ ভগবান পরশু-রামন শিষ্য কর্ণগী কৈগন্দ মোন থাওদুন তীর্থ মপান্দ ফুমগনি। মতম'দুদ নওন কর্ণগী কৈগল ফাওন চিক্তুন গুরুগী চুবা মপাদ চীকপ হৌরকপদ পরশুরাম মীকপ থোকনি। খুদক্ত পরশুরাম য়েংবদ শাপ মুক্ত ওইয়ু" হায়খি। অলর্ক মুক্তি ফংখরে।

পরশুরাম—( কর্ণদ মুন্না য়েংলগ ) অসিগুম্ব থৌমা অসি অঙকপনি। ব্রাহ্মণগি অমুক কনব চৈনাখোল অসি থাঙব ঙম্মোয় ব্রাহ্মণগী থম্মোয়দি ননি মাখোন্দগী থেম থোংলি। ঙসি নঙন ব্রাহ্মণ তৌব গুম্ব শক্তিদগী লাম্থোকজুর থাঙলম্লিব অসি নঙোন্দ মতিক চাদে। হায়য়ু কর্ণ! (হায়ু) অশেংব পরিচয় পীয়ু। ব্রাহ্মণদ, ক্ষত্রিয়গী অসুম্না থাঙব কল্লব করম্ব দেবত্তানো? মীনম্ব তৌগনু শেংন তাকউ কর্ণ?

কর্ণ— গুরুদেব! ননাই ঐহাক গুরুদেবদ মীনম্ব রা অমত্ত হঙ্গচ্চরোয়, ঐহাক ব্রাহ্মণ মচা নত্তে।

পরশুরাম—ব্রাহ্মণ নত্তব, অদুদি করি জাংনো, করম্ব শাগৈদ পোকপনো, শেংন তাকউ? ( কর্ণ মশা নিকপ ) করিগী নিকলি, পরশুরামগী অশাওব মৈরিদগী নথরাই অদু হিংনিংলবদি শেংন তম্মু। ঐদি নঙগী মীনম্ব অদু খঙদদুন, ব্রাহ্মণ অমন খঙবদ মতীক চারব গুণ পুন্নমক নঙোন্দ হাপথ্রবনি। হায়য়ু মুর্খ। নঙবু ব্রাহ্মণী হায়দুন ব্রাহ্মণতন খঙগদব সিদ্ধ মন্ত্র লোয়ন পীথ্রবনি। ঐন তম্বীথ্রিব পুন্নমক অদুদি " , জগৎ প্রলয় তৌব গুম্ব শক্তি ঙাক্তনি, হায়য়ু নহাক কনান পোকপনো? শেংন তাকত্রবদি হৌজিকমক ভার্গবগী ব্রহ্ম শাপ ভস্ম ওইদুন মাঙজগনি।

কর্ণ— ('কপ্পিংবগ লোয়নন') দেব ! অশাওব অমুক্ত নেমবরীবু। শিষ্যদি গুরুগী মকমদ মচাগী মশক্কি; ননাইবু নখোঙ থম্বাদ শিষ্যনি হায়রক্লন চঙজকম পীনবীপ্রবনী। থৌ-জাগনী ভাঙন কংজরব বিদ্যা পুম্নমক লোয়ন মীকুপ 'সিমগী মকুংদ মাঙখিব তারে। অমুক্ত শৌরানবীদ লোনম্ব লৈতন চরন্দ হঙ্গচ্চগে।

ননাই ঐহাক ব্রাহ্মণনু নচ্চদে ক্ষত্রিয়নু • ইমান তোল্লবী রাধানি, ইপানু অধিরথনি। মীগী জীবন ঐগী ইপাগী মথৌনি, শেংদোকপ য়াত্র ...তনি প্রভো। চাউরব আশাদগী অক-কণ্ডগী জ্ঞান মাঙখিহুন মীনম্ব হঙ্গচ্চপ্রবনি চরন্দ। নোংম শিষ্য ময়াম্ন কোয়ন সেবা তৌরম্ব দ্রোণাচার্য্য গুরুগী মকমদ খুংলায় তম্বগে হায়রহুন চঙক্ররুবদ সূত মচানি হায়রহুন ইমায়ব ময়ামগী মমাঙদগী তাম্বোকপীরকই। মাহুদগী ইকায় খুংশি য়ায়খিহুন ইথন্তন ইথন্তবু কাওজগ্রে। ইহৈ তমজনিংবগী আশান লোনম্ব লমচৎ চৎপ্রবনি চরন্দ গুরুদেব, চরণ পায়হুন থুরুমজরি। নচানি অমদি শিষ্যনি হায়রহুন অমুক্তদি ঙাকপীয়ু।

পরশুরাম—সূতগী ম...শিক্ক, তোল্লব সূত বংশম্ভ পোক্রগ, লাইন খনগদব অহুক য়াংব আশা তৌরুব, নত্তে মাঙ্ক ...ব য়াক্লোয়। কর্ণ নহাক্ক ঐগী আশ্রম অসিদ চঙলকপ মতমদ ভৃগু বংশনি হায়চুন করিগী পরিচয় পীরি।

কর্ণ— শাস্ত্রগী বিধান পূম্নমক ব্রাহ্মণ শেম্বীবনি, অদুগুম বিধানগী শেমগৎলীনবগী থবক পূম্নমকসু ব্রাহ্মণগী অধিকারগী মখাদ লৈ। আশ্রয় প্রার্থী, শরনাগত ধর্ম্ম, পূম্নমক ব্রাহ্মণগী মককমদদি থোঙ লাওনা হাংদোক্কনি থম্বীরি। অসিগুম শাস্ত্রগী বিধিসিংসু ব্রাহ্মণ শেম্বনি। অমাং অশেং বর্ণ জাৎসু ব্রাহ্মণ লোইন শেম্বীবনি। চানবী-হৈবগী ঙাকপীহৈবসু ব্রাহ্মণগী ধর্ম্মনী। ব্রহ্মান শেম্লিব জগৎকী জীব পূম্নমক অসি মহাক্কী সন্তান ঙাক্ত নত্রা? বেদন হায়রি, জগৎ অসি ব্রাহ্মণগী সন্তান ঙাক্তনি হায়রন; লমচৎ, ব্যবহার, চিঞ্জাক কর্ম্ম ফলগী মতুং ইন্না মীওইবগী শ্রেনী থায়দোকখিবত্তনী। ঈশ্বরগী মককমদ জীব পূম্নমক্কী চঙজকম অমতনি। ঈশ্বরগী মশক ওইরিব গুরুদেব অমদি ব্রহ্ম কুলদসু পোক্লিব হে ভৃগুপতি রাম! (কপ্লুনা) নহাক্কী নককমদ নচানি, মহাক্কী বংশনি হায়রন চঙজবদ করিগী লানগদগে, তোল্লিব কর্ণদি নহাক্ক তুম্না হাংকে হায়দুনা রাশকপ্রব, ক্ষত্রিয়গী শাগৈদ পোকচবসু নত্তে। অহানব চঙজরকপদ অশেংবা পরিচয় পীরম্লবদবু ব্রহ্ম বিদ্যা অসিবু ফংব ঙমলখিগত্র মনাইদা। থোঞ্জাল্লগী ঐবু চঙজফমসু পীনম্লবনী। মরম অদুন ভৃগু বংশনি হায়রন পরিচয় পীজম্লবনিনে প্রভো।

পরশুরাম—হৈঁ মীনম্ব সূত মচা তাউ মূর্খ। বিদ্যা হাম্লবসিদি মতম পূম্নমক্ত সত্যগী মশক্নি। বিদ্যান মীগী মককমদ লৈরবদ মী অদু মাগী মঙালদা তুমিংকুম ঙাল্লিবনি।

অহুগুম রিম্বা অছ্‌, ওসিদি নঙগী নকমদ কনে ওায়বনি। অসিগুম মতাদ অসি নঙোন্দ মতিক চাদে, মীনম ওাংবগীদমক ওসি অভিশাপ পোয়কনা পীগনি ঐন। তাউ মূর্খ! নোংন কুপশিনব চুমিংবুম নঙগী অরাব তায়রুব মতুমদ পুন্সিগী অরোয়ব তানকম, মতিক চাব নমায়বগ মায়োক্লহন লান থেংনবরুব মতমদ নঙগী বিদ্যা পূম্নমকতু মথও মথও অকাউবগী নৈচিন কুপা ওইরমগু।

( অওকপ ধ্বনি অম থোকখিব )।

কর্ণ— শিষ্যগী মফমদ গুরুগী বাক্য পূম্নমক অমৃতগী মনাক ওাক্তনি দেব। মীনম কর্ণগী মকমদ অভিশাপ অছ্‌ য়াম্বু য়ামদে। মাওব য়াত্রব অভিশাপ অছ্‌ ইকোক থোংন পুজয়গেনে গুরুদেব। ( কপ্পব খোঙোক ) দ্রোণাচার্য্যগী শিষ্য পূম্নমক্তগী কর্ণগী বিদ্যান লোয়ন হেন্নবনি হায়বসিমদি তশেংন থংজয়বনি, নৌঙব থুংকদে। হৌজিক খরাই অসি থাগ্রবসু চিংনব'মত্ত নৈত্রে। রামগী শিষ্য কর্ণ হায়ব মীংচৎ অসিমদি চুমিং থান ওাক্লিবমথৈদি মুৎলয়োয়। মায়োক্লব লানকম, ইথাম ইমাম্নব থেংনবদ মায় নৈদন প্রাণ থাক্তন বীরগতি কংব ওম অহুমতদি কৃপা তৌবিয়ু গুরুদেব। ( চরণ কোল্গুন কপ্প )

পরশুরাম—( চাওলেম ) কর্ণ নঙগী গুরুভক্তি অছ্‌দি পরশুরামগী থম্মোয় কাওন পেনগ্রবনি। ঐন নঙবু শাপ্তি তৌরে; অহুমকৃপু ওসি ঐন অমুক হয় আশীর্বাদ তৌবি

মঙগী কত্তব মীংচং অসিগ লোয়নন গুরু ভক্তি অসিদি ভাইবংপাল অসিদ শদোক্তনু লৈহৌরগদবনি। য়েংউ অমাঙ অভা লৈত্রব ঐগী লিরুং অসি, সুত্ত মচা ওইরবনু কর্ণ নঙোন্দ ইপান পীরবসি লৌজরোসে। ( লিরুং পীব কর্ণ থুরুথুদক কুন্দুন লৌব ) লিরুং অসি নথুত্ত হেক পাইরিবমথৈ পৃথিবীদ নঙগী লাম্বা লৈতব ওইরসনু।

কর্ণ— সেম মহাকী আশীর্বাদ অসিম পাপ কনলব মহাপাপী কর্ণ ঐগী পুন্সিগী অমত ভাইরব চংজকম ওইজরগনি।

পরশুরাম—চৎলো কর্ণ, ঐগী আশ্রম অসিদগী বিদায় পীরবনি।
( থুং থাজংতুন আশীর্বাদ )

কর্ণ— [ গুরুবু মরিরক হয় য়েংওইনন কোয়রগ চরণ লোক্ক থুরুক্ক। মতুংদ লিরুং পায়রগ তুং হয় তপ্ন তপ্ন লোকথি। পরশুরাম মুম্ন য়েংতুন লৈহৌই ]

---

মতুঙ্গ—পরশুরামগী ভুমিকা মতাঙ অসিদ লোইরে।

*বিষ্ণু, কৃষ্ণ য়েংওইনন মরিরক কোয়রগ ওইওইনন থুরুম গনি, শিব, দুর্গা, অমুত্তং কোয়রগনি, য়েংওইনম থুরুমগনি। কুমিং, বজ্র, ভরেংলক কোইগনি, থুরুম্ব য়েংওইমন থুরুমগনি। শিক্ষা গুরু, দিক্ষাগুরু মরিরক য়েংওইনন কোয়রগ মাঙ চপ চানা থুরুমগনি, থুরুম্ব মথল কয়ামুক লৈ। খুত্ত লোয়রগ থুরুম্ব, নামত থাজংপ, রাহৈতন, হকচাংগী শাথেক মথল (মুদ্রান) মীৎচিন অমদি ঙক থজিক য়োম্লুন, ঊর্দ্ধবাহু খুং রাংন থাজংতুন অসুম্ন মথল কয়ামুক অসিন থুরুমনে।

[ পুন্নক চঙখিব ]

## প্রথমাঙ্ক দ্বিতীয় দৃশ্য

# বন্‌গী লম্বী

কর্ণ— বিধিগী নোংদম্ন মীওইবন ফংবদ ওইথোক্ত্রব-অমাগু অতা লৈত্রব থুংলায় অমদি সিদ্ধ মন্ত্র কয়াস্থ হৈরে। অহুবু গুরুগী অভিশাপ্ন শিরমদায়দদি মহৈ চাদব তারে; মায়োক্লব লান্দ কনাগী মথুত্ত মৃত্যু ওইগব! ঐন খঙব ঙম্নরোয়, অন্তরযামীন্ ভগবান্তন খঙলমগনি। করিনো'সিদে, থোইনস্থ লাপ্তে (য়েংব) শক্তি মচাম্ন উম্ শক্তিনি, গুরুদেবন তস্বীরকৃপ শোয়ব হৌনত্রব সন্ধান অহুগী পরীক্ষা তৌরগে, জয় গুরুদেব।

(তেন কাপখিব)

[মহুংদগী]— কনানো মহাপাপী শনাও মচাদ তেম্ন থাম্নিব? গো-বধগী পাপ খঙদবরা লৈরম্মু খঙগনি ঙসিদি, ঋষিগী অভিশাপ থওইদব নরাধম্।

কর্ণ— মাঙলেদন 'সিদে শক্তিনি হায়ত্থন যণ হাংলুম্নে।

ঋষি— (থোরকত্থন) হৈঁ চাওথোক্লব লিরুং পায়ব নিপা, নঙন ময়াই কাহ্নন আশ্রমদ য়োকপ শনাও মচাবু হাংলিব, যজ্ঞগী বিধান কায়ননব শিল্লিব, তোম্লব নরাধম্। ঐগী অভিশাপ অসি নথক্ত হৈরবনি।

"নঙন কনাগুম্ব অমবু নঙগী অত্তায়ীনি হায়ন থন্দুন অকনব লানক্ষমদ থেংনরক্লব মতমদ, লুরব তাঞ্জা থুদিংমক্ত পৃথ্বী দেবীন নঙগী রথগী চাকা অতু কাজিন্থিব ওইরসন্থু।"

কর্ণ— মাঙলে মাঙলে ব্রাহ্মণ, অতুক কন্নব অভিশাপ! খঙদহন্না তৌরুব থবক্তীদমক অতুক তমথীব শাপ পিরীব। শাপ অতু অমুক্ত হন্দোকপিয়ু ঋষিবর, শক্তি ওইরবোই নিঙতম্না কাপথিব তেলনি। ঋষিগীদমক মখোম শুপ্লিবী মচাচেনবী যনবী জিশিং অম চন্দ্র কৎচগে শাপ অতুদদি লৌথোকপিয়ুনে দেব। ব্রাহ্মণ হায়ব নখোয়দি ভাকপিহৈব গুম্ন মতম পুন্নমক্ত লৈতেংলিবনী, খঙদবদগী লঙজক্লরব অপরাধ অসিমত্তদি ক্ষমা তৌবিয়ু।

ঋষি— নহাক কনানো, পরিচয় থুনমক পীয়ু।

কর্ণ— ননাই ঐহাক তোল্লব বংশদ পোক্লব সূত মচানি, লাইবক থিব হায়বত্থু ঐগী শরুক্ত ওইখ্রে, পৃত্সিগী শাংলব লম্বী পূন্নমক মরুভূমিগ মাম্নন লোইনমক্ মাঙথিব তারে। পাম্বোমগী পাঙ্গলন কুবেরবু মায়থিব পীত্থুন মমল য়াম্লব রত্ন মপৈ-মপৈ কচ্চগে চন্দ্র, অহুদগী হেন্দোকতুন সমুদ্রন কোইশল্লব পৃথিবীগী নিংথৌ ময়াম অসি জয় তৌত্থুন মাহুদ কারকপ লোইপোৎ পূন্নমকস্থু অথেল পোৎকী মশক ওইন নখোঙ থম্বালদ কচ্চগে. ঐবু শাপ অতুদগী অমুক্ত কনবিয়ু।

ঋষি— বৎস নহাকী অৱাবগ লোয়নন থোরক্লব নোঙব ৱাহৈশিং অছুন ঐবু অমুক হন্ন শুমহৎশ্রে। তৌগ্রব শান্তী কোকপ য়ায়রোই— ষণ হাৎলুবগী দোষ অছুদি নঙন ঐঙোন্দ কৎকে হায়খিব পোৎশিং অছু পীত্রবস্থ ঐহাক ফংবগ চপমাম্নন পেল্লে, গো-বধগী প্রায়শ্চিত্ত হায়বছু মছুন ওইরসহু। পাপ অছু কোকলসহু। নহাক্ন তৌগে নিঙব দান-ধর্ম্ম পূন্নমক ব্রত অমসুং অচৌব ৱাশক অমগ লোয়নন গৃহস্থ-আশ্রমদ থোরাং তৌরু। দানগী থবক্তী মী পূন্নমক তৌব য়াই, অছু-গুম্লছুন দান লৌবস্থ মী পূন্নমক লোইন য়াই। চৎলু অকনব! অথোয়ব থবক দান-ধর্ম্ম পাংথোকচরুরো।

কর্ণ— ঙসি ঋষিগী মাঙদ তোল্লবন ৱাশকচরি— কর্ণ ঐগী ইকমদ কনাগুম্ব মী অমন হেক নিরবদ অঙম্ব শক্তি পুথোকতুন কচ্চগনি। ইশা অসিমক কৎলু হায়রবফাও চিংনব লৈতন কৎলগদবনি। ঐগী কর্ম্ম ফৎলকতবন বজ্রন য়ানখায়রব চাংগী মতৌগুম্ন থম্মোয় অসি মচেৎ লিশিং-লিশিং থোক্ল মীৎকুপ থুদিংদ কায়্যার।

ঐগী চঙজফম হায়ববু সত্য হায়বছুদ ওইগ্রগে, হে ঋষি নথোঙ পাইতুন হায়ক্তরি — ঐগী ব্রত কায়দব ওইয়ু হায়্নন আশীর্ব্বাদ পীবিয়ু।

ঋষি— হে অকনব ঐন আশীর্ব্বাদ তৌরিবসিনি, নঙন নিঙলিব অছু থুংব ওইয়সহু—। অছুগ অফাওব

দাত্তা অম ওইন তাইবংপাল অসিগ নমিং অছু লৈহৌব ওইরসনু —।

আশীর্ব্বাদ তৌরম্লগ চংখি
কর্ণ কোক নোনহৌব।

কর্ণ— হে অন্তরযামী ভগবান ইবুংঙো নঙোন্দ চঙজব নত্তন কর্ণগী চঙজকম অমত্ত লৈতরে —অরাব সুংঙাইব পূম্নমক ইবুংঙো নঙন শেম্ব ঙাক্তনি, পীবিনিঙব মহৈ পীনবিয়ু কর্ণন নহাক্কী থোজাল আশীর্ব্বাদনি হায়ন লৌজগে।

কর্ণ রাখল তৌন তৌন চংখি।

(ঋষিগী ভূমিকা মতাং অসিদ লোইরে।)

—পূম্নমক চঙখিব—

# প্রথমাঙ্ক তৃতীয় দৃশ্য

# হস্তিনা রাজপ্রসাদ (কোন্নুং)

অচম্ব কা অম।

[ দুর্য্যোধন, শকুনি, দুঃশাসন রা তাম্নব। ]

দুর্য্যোধন—( শকুনিদ-ওজিল্লগ ) খাঙব য়ারক্তে! গুরু দ্রোণাচার্য্যন হুমিংচুপ্প অর্জ্জুনতবু খাগৎলি. তুম্ব হিপ্প-চাব থক্প মতম পুম্নমক্ত অর্জ্জুনবু কাউব লৈতে, লীরুং তেনগী বিদ্যাদ মাগ মান্নন হৈব কনামত্ত য়াউদে হায়রন প্রশং-শাদ পঙতোক্ত-তোই। অরু-অরুব বিদ্যা মথৈস্থ অর্জ্জুন্দ লোম্ন লোম্ন তম্বী হায়বসি বিদ্যার্থী পুম্নমক লোইন খঙনরবনি খল্লরগ থম্মোয় অসি কায়খিগদোই মাম!

শকুনি— মামগী ইবুঙো সুংশিব নঙদি হৌজিক্ত খঙলি-বোইরেকো—ঐদি খঙব কুইরব পোৎনি। দ্রোণাচার্য্য হায়ব বামোন মচাসে ঐদি মঙোন্দ থুৎলাই তম্নকপস্থ নত্তে; ইমাকশিংগী গুরুনি হায়রুন তোব অদুদ মাগী তৌবিমল খঙদব মীচঙ-মীথাই নাইব অসি হায়দোকল্লুরগ ইমাক ইবুঙোখোয়ন গুরু নিন্দা তোই শাউরকত্র হায়তুন চীল-লৈ চিক্কুন খাঙলকপ কুইরব পোৎনি। কৌরব পাণ্ডব অনিমক পরুরাগী পরুরা ঙাক্তনি, মীচঙ মীথায় নাইকম থোক্তে;

অতুগ মুয়মক থল্লুরবদি কৌরবকী মায়ৈগে থম হেন্ন থরাই য়াওকম থোকপনি। চুমদবরনে দুঃশাসন মামগী রা অসিবো।

দুঃশাসন— মাম গুরু অসি চানিঙাই লৈতবদগী নাকল্দ বালি য়ান্দুন কোইন চৎলুবদ দ্রুপদগী সভাদ মরুপনি হায়গুন চংজরুবদ তাম্বোকলকপদগী ঐখোয় রোমদ চঙজরকতুন পাবুং মহারাজন য়োকখ্রিবনি। তৌববুদি বিদ্যা তম্বীনব হায়তুন ইবুধৌখোয়ন শিনবিখিবনি।

শকুনি— অচুম্বনি যুবরাজ, পাবুং মহারাজন আশ্রয় পীতুন পুম্নমক্কী কনব হায়তুন লৈহল্লিবসিনি। অতুদ ঐন উবদ পাণ্ডবপুন মুংশিব মীৎয়েংন য়েংবগুম মতৌব অতুগ কৌরবকী মাইকৈদন থারব্ তৌব মীৎয়েংন য়েংবসি ঐ থাঙ্গেশেংন উরবনিদো। মবুক পংক ফব বামোন নত্তে মহাক'সি।

দুর্য্যোধন— মুংশিদ মাম ইবুংঙো, অশেংব অচুম্বদ মামদি হায়বনি ধর্ম্ম লৈব মী হায়বসি মীচং শংগন নাইব হৌনদে হায়বদো মামদগী খণ্ডজরবনি। চ্যেকশিল্লব মতমদ মাম নত্তন ঐখোয়গী কনা লৈরিবগে?

দুঃশাসন— রাক্ষম মুংঙাইব অমগ তমজখিগে— ভীমগ ঐগ মল্ল-যুদ্ধ অভ্যাস তৌনবদ ভীম্ন হেল্লি, হেক্ক হায়জল্লুন গুরুন থাগৎলি, অতুদ ভীম্ন মথোয় কাপ্রতুন মরেং

থুপকৎলগ মবুক হাপচিল্লগ থমকা-কা-তৌহুন ঐখোয়-রোমদ ফল্লপ য়েংজবস্ু শাগ্নিরে। ঐদি খল্লুবগ নোকপ্ নোকনিংঙিনে।

শকুনি— অহুবুদি অপণ্ডবগী হোনব থাগৎলগ হয়াওব 'সিদি মহৌশানি। অহুগী মথক্ত শাগৈ মশেল সুঙাইনদনব কম শিল্লিব গোপনন্দন·কৃষ্ণস্ু মখোয়রোমদ হেক য়াউশল্লেদো—অহুদদি পাণ্ডবকী ময়াইকাব অসুম হেম্প্রিল্লকলে।

দুর্য্যোধন—অহুবুদি খুৎলাই পরিক্ষা তৌনরগ থঙগদব লৈরেদন।

শকুনি— গাম্নি ইবুঙো পরিক্ষা তৌহুন য়েংনরগ থঙগদব মঙায়রে, রাগহ্ মাম লৈরি, মামন রাশকপ থবক কয়ামুকস্ু লৈরি ঐন মতম মতম অহুদ শীল্লকপ অহুর খর খরত ওইরবস্ু য়াগদবনি, মরক ময়াদ জ্ঞান মাণ্ডব মী নত্তে। ইশা থাগৎলগ মীন নোঙ্খিনি হায়চন তৌবনি— মামগী বুদ্ধি কন মচাল তুবনিদ—মাঙ্গৈ অমদি তুম্ন মরুফংন মুৎনব শিনগে হোৎনরিবনি পূঙ্কিংদ ঙাইবদ কল্লু, দুর্য্যোধন! মামন শিনবদ ইল্লু।

দুর্য্যোধন—তাবদ সুঙাই মাম—পাণ্ডব অসি লৈবাক অসিদগী তাম্থোকনব শিনব তাই। শাগৈ ওইরবস্ু মখোয়'সে ঐগী য়েঙ্কবনি। করিগুম্ব উপায় অমন মখোয়বু মাঙনব শিনগদবনি, মসি ঐগী হোংলরোইদব পূজিদী থবক

ওইরগদবনি। হস্তিনা অসিদ মথোয়গী থোঙদাকম মচেৎ অম ফাওব পীরোইদবনি মসিগী উপায় থিব চৎলবনি।

শকুনি— উপায় হায়বদু পাবুং মহারাজদ লোয়ন লৈয়ে। ঐথোয়ন অপাম্ব থবক অদো প্রোক প্রোক নৈহন হেক্ত হায়রগ লোইরে; মচাগী প্রেম হায়বহুদি অঙকপনি মচান হায়বদ মমা-মপানা য়ারোয়দবসি পঙলৈ লৈত্ত-বনি। ঐথোয়ন তৌগদৌরিব অসিবু ধর্ম্মকায়ব থবকসু নত্তে। নিংথৌ মচাদি রাজনীতিন মরু ওইব ধর্ম্মনি। মচান য়েরু তিংখঙ লৈতন রাজগদ্দী ঙাকুব শীনব থবক্ত য়ারোইদবগী রাফম করিমত্ত লৈতে। অহুগী দমকতবু মপা মচা মচিল মনাও হায়নরিবনি।

দুর্য্যোধন— মাম, চ্যেকশিন হোৎনবীগদবনি, ঐ চঙলম্মগে মাম।

[ চঙথিব ]

দুঃশাসন— অহুদি মাম ঐসু [ দুর্য্যোধনগী থোগল তৌথি ]

শকুনি— লেঙশন্নো লেঙশন্নো—

[ মূম ঙাইহাক য়েংলগ ]

হুম্-ঐগী রাশক কায়ব য়ারোই, শিংলিদ ঈ মরিক অমত্তং চেন্নিব ফাওব কাউররোইদবনি। শকুনিন হিংলিব অসি লমনশিংগে হায়বগীদমকত হিংলিবনি। দুর্য্যোধন! নঙন ইচিল ইনাওশিংবু কৈণ্ডম শংদ হাৎপ্রবনি মহুগী লমন থুংলাই পায়হন নঙগী য়েরুব

ওইন পাংথোকদব নত্তে, নঙোন্দ থাংনস্থ য়াল্লোই-তেন্নস্থ থারোই। দুর্য্যোধন! নঙ্ন মরম ওইহন্দুন কৌরব শাগৈ মরু ফংন মাঙ্নব থৌরাং তৌগে। মহুগীদমক নঙ্গী মীনাই শাহুন নঙ্গী চেং চাহুন লৈরিবনি খঙজৌ। করম্ব থবক্ক পাপনো, করম্ব থবক্ক পুন্যনো, ঈশ্বরগী মকমদদি অনিমক চপ মান্নে। অনিমক মান শেম্বনি। কনান পাপ তৌনিংবস্থ লৈতে, কনান পুন্য তৌনিংদবস্থ লৈতে। মী-মী অতুগী লম্মোয়দ লৈব ঈশ্বর অতুন থৌদারকপ থবক অন্থুত্ত মীওইবন তৌবনি। হুরানবন পোৎহুগে চঙলকপদ ভুম্নিব মপুগী মিকপ থোকহনবিগম্থ, খঙহনবিগম্থ হায়্হুন ঈশ্বরদ প্রর্থনা তৌই। মপুন মশক খঙত্রব হুরানবস্থ লৈরি। মীৎকুপ্ত মশক খঙহুন ফারগ দণ্ড ফংব হুরান-বস্থ লৈরি। করম্ব মপু, করম্ব হুরানবগী প্রার্থনদ ভগবান্ন পেনবিহুন মথোয় মথোয়গী নিঙব থুংহন-গ্রিবনো অঙকপনি। শকুনিগী লৌশিং -! শকুনিগী রাশক -! দুর্য্যোধন নঙগী নথক্ত পুল্লপ হাঃ- হাঃ- হাঃ-

[শকুনি নোক্ন নোক্ন চঙখিব]

—পূম্নমক চঙখিব—

---

প্রথমাঙ্ক চতুর্থ দৃশ্য

## রাজ পথ (কোনুংগী লম্বী)

নিয়তীগী ঈশৈ:— [ঠুমরী]

খওবসু ওমলোই

উবসু ফংলোই,

তাইবং শিন্ন থিরবসু ॥

মায়াগী মুখন্দ

মুখনগী মরুমদ,

লোত্তূন য়েংলি ঐন ॥

পাপসু উরি

পুন্যসু খঙলি

মীওইব নওন তৌরিব ॥

নোক্তুন ফুঙাইরিব

কপ্তুন খাঙলিব

ওন্ন তৈন ওন্নহনগনি ॥

অহৌবসু অরোইবসু

লেঙলি পান্নিবসু,

য়েংলি লোম্ন লেম্ন ॥

———

## প্রথমাঙ্ক পঞ্চম দৃশ্য

# ক্রীড়া ভূমি ( শান্নকম লম্পাক )

ভীষ্ম, দ্রোণচিংবা পুন্নমক লৈব, পঞ্চ পাণ্ডব অমস্থুং কৌরবকী দুর্য্যোধন, দুঃশাসন শকুনিনচিংব লোইন তিল্লে, অরাপ্পদ উ পাম্বী অমগী উনামরক্ত উচেক অম সন্ধানগী পরীক্ষা তৌনরি। অতৈ কাপ্পগ্রে পান্নথিদ্রে মথং মথং রাঙাংনরকই।

ভীম— তেনগী থবক অসি নিপা থোক্কপ ইয়াবু য়াদেদ গদাগী থবক ওইরবদি জুঙাইগদবনি।

দুর্য্যোধন— অহানব সন্ধান হায়বসি পঙচুম চুমগন্দে ঙম মথং মথং তৌরগদি অকাপ খুদিংগী পানব ঙমগনি। গদা বাগ তৌনরব অম থন্নব য়াই।

শকুনি— থম্ননিঙাই লৈতে, অথন্নবনি ইম্‌হাক নিংথৌদি করিন হায়ববু যুগ অসিদদি গদাগী বিদ্যাদ লাম্বা লৈত্রব, হলধর বলরামগী শিষ্যনি। দুর্য্যোধনগী লাম্বা লৈতে।

ভীম— মাম— থাগৎনরগ অকনব অহৈব শকমশি হায়বর— হাকথেংনজুন থোমগাইনরগ থঙনশি হায়বর ঐখোয়-রোমগীসু ইরাৎ রাত্তেম।

ভীষ্ম— ( চিঙলেম্ন ) বৃকোদর! মক্ষম অসি লানক্কমগী থবক নত্তে। বিদ্যা পরীক্ষাগী ক্রীড়াভূমিনি। পুক্নিং কাল্লিল্লু, ধৈর্য্য তৌন লৈয়ু। ( দ্রোণদ ) আচার্য্য অর্জুনগী পরীক্ষা লৌবিরসি।

দ্রোনাচার্য্য—অর্জ্জুন লিরুং তেন পায়খৎলু. সন্ধান চুন তৌ। য়েংউ!
খোংনাং বট পাম্বী অসি, অসিগী উনা মন্নক্ত উচেক অম
লৈবনি; মতু পানব ওম্ব মীনা পরীক্ষা ওম্ব শরুদবনি,
খোরাং তৌরো।
[ অর্জ্জুন গুরুনচিংব খুরুম্নগ সন্ধান তৌব ]
অর্জ্জুন বট পাম্বী অতু উরবরা?

অর্জ্জুন— উজদে গুরুদেব।

দ্রোনাচার্য্য—অতুদি করি উই?

অর্জ্জুন— উচেক মচা অমতমক উজে গুরুদেব।

দ্রোনাচার্য্য—মুন্ন অমুক্ত য়েংউ।

অর্জ্জুন— মনিন চন্‌ব মমিৎ অতুদগী হেন্ন অতোপ্প অমমুক উজদ্রে
গুরুদেব।

দ্রোনাচার্য্য—অতুদি উচেক অতুগী মমিৎ অতুদ তেন লেংশল্লু।

অর্জ্জুন— জয় গুরুদেব! ( তেনকাপখিব )
[পাণ্ডবকী মায়গৈরোমদগী "পাল্লে, পাল্লে" লাউনরকপ]

ভীষ্ম— সাধু সাধু! আচার্য্যন, তম্বীব মহৈ য়াল্লে। অর্জ্জুন্‌
নওগী সন্ধানসিদি অওকপনি।

দুর্য্যোধন—ইকায়বসি খাওব ওমদ্রে

ভীম— ধন্যনি অর্জ্জুন ধন্যনি।

শকুনি— হোই, হোই ধন্যনি। ধন্যনি হায়ব য়াই। অওটবক্ত
অসিগুম্ব সন্ধান অসিবু কনান ওমগদগে।
[ তাঙ্গা অসিমক্তদ লিরুং তেন পাইদুন কর্ণ চংলকপ ]

কর্ণ— ঐহাক ঙমগনি।

শকুনি— কনানো অসিদি! অকনবগী ফিভমনি। (কোংন) ইবুঙো নং কনানো অমুক্তবু উখিত্রি।

কর্ণ— ইমিং কর্ণ কৌই, অঙ্গদেশতা লৈজবনি। অয়েপ্ন পরিচয়দি পৃথিবী ফাওরব জামদগ্নি পরশুরামগী শিষ্যনি ঐহাক। (দ্রোণদা) হে আচার্য্য! চরণ ভক্তি তৌজরি। (খুরুম্ব) মতম অমদ আচার্য্যগী মফমদ খুৎলাই তমজগে চঙজরকপদ তাম্মোকপিরকপদগী ঙসি ঐন রামগী শিষ্য ওইজব ফংলিবনি। মহাক অসি অর্জ্জুনগী গুরুনি, খুৎলাই পরীক্ষাদ অর্জ্জুনন থরাইদগী হেল্লে হায়ন থাগৎ-নরি। কর্ণদ য়াথং অমুক্ত পিবিয়ু, উচেকী মমিং অম পাণ্ডবকী অর্জ্জুন থিনখরে। ঐগী বিদ্যা পরীক্ষাস্থ অমুক্ত য়েংবীয়ু। গুরুদেব ভার্গবন তম্বিরকপ শোয়ব নাইত্রব খুৎকাপ্ন ঐহাক উচেক অসিগী অত্তোপ্ন মমিং অম অসি অমুক্ত কোৎথোকচগে।

শকুনি— সাধু সাধু। অকনব মহাকী মথৌনা থাগৎপন চুমই। করি হায়বিরীবগে আচার্য্য! মহাক অসি ঙমখিবস্থ য়াই। তোকহনবস্থ য়াগোইদৌরি।

ভীষ্ম— নিংথৌ নত্রগ নিংথৌ মচা নত্তন মফম অসিদ পরীক্ষা য়াউব য়ারোই। হায়য়ু নঙ কনানো? করম্ব মরাইবক কব ক্ষেত্রিয়গী নিংথৌন নঙগী নপাদো?

কর্ণ— ঐহাক ক্ষেত্রিয়সু নৎচদে, নিংথৌ মচাসু নচদে।

ভীষ্ম— অদুদি ব্রাহ্মনল? হায়য়ু করম্ব জাতিদ পোকপ মচানো পরিচয় নিংথিন পিয়ু।

কর্ণ— ঐহাক সূতবংশদ পোকপ মচানি।

ভীষ্ম— নঙ, তোল্লব করিসু লৈত্তব সূত বংশদ পোকলগ ভরত বংশদ পোকপ অর্জুনগ লাম্ব ওইব পামলিব? নঙগী নত্তিক চাদন থৌনা ফবসিদি ঙাকপিফম লৈত্রে।

কর্ণ— ঙাকপিফম লৈত্রব? তৌরকফম হায়বদুদি লাইগী নোংদমগি মথা পোনবনি, মীন অপাম্ব মতুংইন্ন ফংব নত্তে। সূতবু ওইরবসু সূতগী মচাবু ওইরবসু লাইন ভমলকপ জাৎত পোকপ মচানি।

কর্ণ— অদুগ নিপা থোকপ থবক হায়বদুদি ইপাম্বোমগী মথা পোনবনি। ঐহাক কর্ণনি য়ামন পীনব রামদত্ত ধনু শিরুং পাইরিবসিনি (উৎপ) অথোইবন ঐগী অথোইব পরিচয়নি। পরিচয় অসিতন ঐহাক পরীক্ষাগী মতিক চাব অধিকার লৈরবনি।

শকুনি— হায়রিব রাসি থোইন চুমদব নত্তে. কনান পামজব মতুং ইন্ন পোকনিংব মফমদ পোকপ য়াব নত্তে, লাইগী নোংদমথোনমি।

ভীষ্ম— শুক্রগী মচা ওইরবসু থোইনা অকায়ব লৈত্তে নিংথৌবু ওইরম্লবদি চাং য়েংব অসি য়াওব নহাক য়ারমগদবনি। তৌরিবসি লালগী নিয়মনি।

কর্ণ— ফরে, অদু ওইরবদি করম্ব মৈথাক্ত জয় তৌরগ্গ হৌলকতুন ময়াম অসিগ উনব য়াগদগে ?

দুর্য্যোধোন—মহুগী থোইন য়েৎনফম লৈতে। ময়াম পুম্নমক মহাক অসি অঙ্গদেশত লৈ হায়বসি তাবিরেদন। অঙ্গদেশ হারবদু ঐগী দখলনি ; মীকুপ অসিমত্তদ ঐন অঙ্গ-দেশকী সিংহাসন অদু অকনবসিদ পীরবনি। মহাক ওসিদগী হৌন অঙ্গদেশকী মপু ওইরবনি, ঐগী চাম্নরব মরুপ্নি। অভিষেককী মশক ওইন ঐন লাওথোক্লবনি অমসুং সন্মান পীরবনি।

শকুনি— সাধু দুর্য্যোধোন ধন্যনি ধন্যনি।

কর্ণ— দুর্য্যোধন কুরুবংশগী অথোইব, নহাক য়াম্ন পুকচেল চাউব মুপানি অঙ্গদেশকী সিংহাসন ঐঙোন্দ পিথোক-লব ! মরুপ হায়ন কৌবিরব !! ওসিদগী ঐসু য়াশক-লবনি, ঐহাক লানফমদ নঙগী য়েক্লব পুম্ন মাঙহনগে থরাই অসিন হেক লৈরিব মখে অফ ফত্ত য়াথল তৌরুব লৈতন নঙগী মিচং ওইগনি য়াথং ঙাক্কনি সত্য কৌব লাইন সাক্ষী ওইরসনু।

অর্জ্জুন— (স্বগত) য়াম্ন ফরে অসুক কুইরবগী মতুংদ অর্জ্জুনগী দমক লাম্ব চাব অথোব অম ফংলে।

দুর্য্যোধন -আচার্য্য ! কর্ণন পরীক্ষা য়াওবদ অতৈ অত্তৈ থোই-দোকপ অকায়ব লৈত্রেদন।

দ্রোন— নৈত্রে কর্ণ নহাক হৌজিক পরীক্ষা পীব চঙব যারথনি।
[ কর্ণ লিরুং তেন পায়তুন চঙলকপ তাঙ্কা 'সিদ প্রতি হারি চংলকপ ]

প্রতিহারি—( ভীষ্মদ ওনশিন্দুন ) দেব, কুন্তী দেবী থংহোদন রাম্বুগ্রে।

ভীষ্ম— অছু ওইরবদি পরীক্ষা অসি তৌব য়াত্রে। ঙসিদি সভা অসি অসুমমক লোইশিল্লসি।

( মথাম হোগংপ )

কর্ণ— মফম অসিদসু নিঙব কায়রে, তোনগ্রেদ কর্ণগী মপোক অসে।

দুর্য্যোধন— চংলো মরুপ, মরুপকী আতিথ্য গ্রহন তৌবিরো
( দুর্য্যোধন কর্ণ মখুং পায়হুন পুখি ময়ামসু চংখিব )
( নাকল অমদগী কুন্তী চংলকপ, কর্ণ চংখিব মায়কৈদ য়েংলগ )

কুন্তী— করিনো ! আদা চংগ্রিব অসি নত্রা ? নোন থোকলকপ তুমিংকী তেজন নৈতেংব অমাও অতা নৈত্রব কবচ কুণ্ডলগ লোইনন পোকখিব নিংথিজব মাইথোংন মাগী ওইব। ইকায়বন পোকপদ ঙাইরিবঙেদ কোরি চক্ষুদ হাপ্তুন গঙ্গাদ থাদখিব ঐগী ইচাহু নত্রা ? থল্লুবদ থম্মোই অসি কাইখিগদোরে। ইমাগী ইবুংঙো, জ্ঞান নৈত্রবী নঙগী নমান থম্মোই সুঙগ মাম্নন কনগ্রিবনি। ইমাগী ইবুংঙো নংগী নকমদ ইমা লানগ্রে ! ওনথোকইদ

ঐন ভৌরিবসি করিনো? অসুক কুইন কাওথ্রগ ঙসি নিঙশিঙলকই। নত্তে, চৎথ্রিবসি ঐগী ইচানিকো। মমা লৈনমক্ মমঃ কংত্রহ্নন স্যুত মচানি হায়হ্নন মীমাঙদ অসুক মায়থিব কংথ্রিব? ঐগী থম্মোয়দ চাকলিব মৈচাকসে মাস্থ খঙকম থোকত্রবনিন থংত্রেদো। নোংশাগুম্ব ইচা মঙাগী মমা ওইরগ থরাইগী অহন কনথোইরবসিবু লাইবক থিবী কুন্তীন পোকপনি থংথিত্রেকো। হা কৃষ্ণ ইবুংঙো! ঐবু রাম্বুবদগী করিগীদমক হিংগৎহনবিরীবনো। কুন্তীন লৈত্রগ নঙ্গী করি অমাঙব ওইরিব।

প্রথমাঙ্ক সমাপ্ত



## দ্বিতীয়াঙ্ক প্রথমদৃশ্য

# হস্তিনাপী কোন্নুং

শকুনি— তারিব পাও অসিবু অচুম্বর? চাগী শঙদ পাণ্ডবশিং অহু মৈন চাক্কুন শিগ্রে হায়রিব অসিবো। শ্রীকৃষ্ণন ঙাকশেন্দুন লৈরিব পাণ্ডবপী খুদোংথিব থোক্কনি হায়ব অসিবু থাজব য়াব রায়? লৈবাক পুম্নমক্তদি পাণ্ডব মৈচাকপম য়াওথরে. লোইন শিথরে হায়নৈ। অচুম্ব ওইরবদি মামদি সুঙাইবন জগোয় শারগে হায়রিবনি; অহুবু শকুনিগী পুক্নিঙদ চিংনব অমদি লৈরি। লৈবাক পুম্নমক থাজরবসু দুর্য্যোধন ইবুংঙো নঙতদি থাজরুগনু!

দুর্য্যোধন— মাম পাণ্ডব শিব শোইদ্রে।

শকুনি— অহুবু ইবুংঙো! মামদি থাজব ঙমদ্রি।

দুর্য্যোধন—শোয়দ্রব পোৎনি; বার্না বোততগী তুং লাক্কুন তম্নরে। মৈন চাক্লব অশিব মী তরুকথক ফংলে। পাণ্ডব মঙাগ মমা কুন্তীগনি হায়হুন সুপী অঙাও পুম্নমক কপ্লরে হায়রি।

শকুনি— মামদি থাজগন্দব হায়বহুর করিনো? শুকথাবু থাজত্রি।

দুর্য্যোধণ—মামনদি চিংনবিরী, শোয়দ্রবনি ঐন হায়জরিব অসে। ঐগী ইরৌশিংতন পাবুং মহারাজবু বার্না বোততা তান-থোকহনব মহুদগী পুরোচোন মন্ত্রীগ রা তাম্নহুন চাগী য়ুম শাহনবনি, মহুদ মৈ চাকহুন উৎ ওইহুম

তুমগ্রবনি; মসিদ থাজদফম করিস্নু লৈতে। থুংলাই পরীক্ষা, শিব পূজাগী লৈহাও ফংনবদা ইকায়ব নংখিবত্থগী লমন শিংলে নিঙব থুংলে হৌজিকত্তি মাম।

শকুনি— তুর্য্যোধন, মামগী মিৎ অনিদং পানজরিব অসিন তশেংন শংশুন হেক উত্রিব মখোদি থাজত্রিয়ে। ঐ অসে থাজগম্মব হায়বত্থ ওইরবস্নু ইমাক্কী রা অত্থনবু চুপ্লবদি করবনিনে।

তুর্য্যোধন—পাবুংগ ইমাগ পাণ্ডব শিরে হায়ত্থন কর্ণনিব অসিমক্তদ থাজবিত্রি। মসিদ ঐন হায়ফেৎ ওকপ হায়ববু, ইবুধো ভীষ্ম হায়বসিদি পাণ্ডবপু ক্ষুংশিরিবনি হায়ত্থন লৈরিবনি, অত্থবু মপি লিক্লা অম কাওব তাদে। অত্থগ খুরাত্তন বিত্থর অম কপ্লগী মথোংস্নু থঙদে, ক্ষুঙাইবগী মওংস্নু লৈতে, ভাব অমদ পঙলৈদ লৈরি, হা-নাম শোল্লিবনি করি তৌরিবনি হায়ত্থন।

শকুনি— (তুর্য্যোধনগী পেন্নব হায়জনব) উম্ উম্ ভাব অমদি ফংলে। অত্থননিদন গান্ধারীন কর্ণনিব। গান্ধারি নঙবুদি হন্দক্কী মতাঙ অসিদদি নোক্তুন লৈহননিংইদ ঐদি। করিন হায়ববু, শিব, পূজ লৈহাও কংপদ নঙন কপখিবনি। চুমলে চুমলে। ক্ষুংঙাইরে, ক্ষুংঙাইরে। হঃ—হঃ—হঃ।

তুর্য্যোধন—মাম ক্ষুঙাইমন্দুন জ্ঞান মাঙলব্রা ?

(থোকখিব)

শকুনি — [ মুখ য়েংদুনা লৈগৌই ] জ্ঞান্ মাঙবদি হায়রম্ভু। নঙনা পাণ্ডপকী য়েক্লব, ঐনা নঙগী য়েক্লব, ঐনা নিঙবনা অম মঙনা নিঙবনা অম হুম্ কুইদি কয়া মকুইররোই।

[ থোকখিব ]

( ভীষ্ম বিদুর রারি শাদুনা চঙকপ )

ভীষ্ম — ( চঙলকপ ) দুর্য্যোধন্না লুঙাইরিব অসি উরবরা — বিদুর। কত্রব দুর্য্যোধন হায়বসে মাগী কল্লকপগী পূকচেল অসিন মাগী মাঙনবগী মরম ওইরবনি হায়বদি থঙত্রি। নঙদি পাও শেংনে থঙলেদন পাণ্ডব থাঙ্গেশেংন চাশঙ অদুদগী চেলহৌবদি ঙমগ্রেদন?

বিদুর — দেব, অশেংব পাও ফংজরবনি। থোদোক অসি থোকত্রিঙৈদগী দুর্য্যোধনগী কূটনীতি থঙজরদুনা যুধিষ্ঠিরগী মকমদ তুমিন্না মী থাঙ্খবনি। শ্রীকৃষ্ণগী কৃপাদগী সুড়ঙ্গী লম্বী অদুদ পঞ্চ পাণ্ডবন মমা কুন্তীগ লোয়ননা মী অমত থঙহন্দন চেনগ্রে।

ভীষ্ম — অদুদ মী তরুক্কী অশিব মশা ফংলে হায়না তারিবসিদি?

বিদুর — ঐস্নু অহানবদ অদুম্না তারুরবনি, মমৈথংদ অশুম থিনরক-পদ চণ্ডাল মঙাথক মথোয়গী মমা হন্নুবী অম পূছনা চাগী যুম অদুদ অহিং লেকচগে হায়দুনা লেকপ মুমিং অদুদ মৈ হোরকদুনা দুম্না চাকপদ মথোয় য়াওখ্রবনি।

ভীষ্ম — কৃষ্ণ, কৃষ্ণ, মরাল লৈজত্রব জীব তরুক মাঙখ্রব? মথোয় অদো রি গী কৃপাদগী স্বর্গ কাবে ওইরম্ভু

পাণ্ডবকী দমক্তুদি চিংনব য়াখল তৌরুকম খোইন লৈত্রে। পাণ্ডবতি শ্রীকৃষ্ণন ঙাক্ শেল্লি হায়বসি চাগী য়ুম অসিন প্রামাননি। মতম পুন্নমক্তু ইও মণ্ডাদো শ্রীকৃষ্ণন ঙাকপিব ওইসন্নু।

বিদুর — দেব, নহাকী আশীর্ব্বাদ অরেম্বদ মাণ্ডব ওইরসন্নু। হৌজিক্তি পাণ্ডবকী মরমদ খোইন চিংনকম লৈত্রে লেগুশিল্লসি বিশ্রাম তৌবিরসি দেব।

ভীষ্ম — ফরে বিদুর চংলসি। (চংখিব)

[ ভীষ্মগী খোগল তৌরদুন বিদুর চঙখিব ]

[ পুন্নমক চংখিব ]

## দ্বিতীয়াঙ্ক দ্বিতীয় দৃশ্য

# এক চক্রে গ্রাম ( কুটির )

[ কুন্তী, যুধিষ্ঠির, অর্জ্জুন নকুল সহদেব ফমত্তুন অরাব মওংদ রারি শারি । ]

যুধিষ্ঠির — জননী, হৌজিক ফাওব ইনাও য়াংম হল্লকত্রি, শ্রীগোবিন্দন ঙাকপিব ওইসনু ইনাওদো ।

কুন্তী — ইবুংঙো ইমান লায়রব ব্রাহ্মণগী অরাব অসিদদি কোক্লব অত্তুগ গ্রাম অসিগী প্রাজাদ ফুমিং খুদিংগী ওং নৈরিব ফত্রব হিংচাব বকাশুর হাৎপ ঙমগদ্র হায়ত্তুন ইমাগী পুক্লিংদ থল্লুরে । অত্তুন য়াইম ভীমবু থাগ্রবনি ।

অর্জ্জুন — অত্তুবু ইমা, য়াম্বুং য়াইমদ মঙ্গলগী আশীর্ব্বাদ-তি তৌবিখিদনকো ।

কুন্তী — করি রানো ইচাশা ! করম্ব মমান মচাবু য়েক্লবগী মফমদ থানিংব হৌনবগে । শ্রীকৃষ্ণগী কৃপাদগী অমঙ্গল থোক্লোইদ্র হায়বসি চপম্নংন রাখল তৌরগ নয়াম্ববু থারিবনি । পরোপকার তৌব হায়বসিদি সংজনগী নীতিনি হায়ন শাস্ত্রন লাওরি হায়, রাকম অসি সাধুশিংগী মুখদগী তাব ফংলি ।

সহদেব — য়াম্বুং য়াইমসি নকুল ঐখোয় অনিবু লুনসু তৌকিনা কীসু কীহনলি। কীঙুং হুংশি উক্রগসু লৈব ঙমদে। শাওশিন্নহুন ঐখোয়বু রারকলিবনি হায়হুন হেকসু চৈ, করিগুম্ব অমদগী চানমক্ক শাওহুন লাক্লবসু ঐখোয়বু লংনহুন অশাওবহু নেমথনৈ।

নকুল — ঐবুন চাব পাঙদে হায়হুন পঙচৈদ চৈ। শামু থাঙগৎপ ঙম্নব চাক য়াম্ন চাও হায়হুন ঐগী নাকোংদ লোম্ন হায়রগ মোমোন মোমোন নোক্কুন লঙনজরগ হুংঙাই-জরিব য়াম্বুংনি, অহুগ মরক মরক্ত নমানবগ রৈনহুন শান্নৌ মীন ঙমগ্রে তারব অম ইয়াম্বন অমুক ফুবিগনি হায়হুন তাকপি।

কুন্তী— (থরদং নোক্কুন) অহ ঙাক্তনি নয়াম্বগীদি অচুম্বসু ফাগি; ফাগিসু অচুম্বন তৌব মহুতদ হুঙাইজরীবনি।

[ নেপথ্যেঃ ]—অতিথি ব্রাহ্মনকী "জয়" ( ময়াম্ন থুম্ব ) [ ময়াম্ন হম্ন হম্ন লাওনরকপ ]

কুন্তী— করি হায়ব অতিথি ব্রহ্মন্ন জয় ওইরে হায়ব !

যুধিষ্ঠির— বক হিংচাব হাৎপগী হুঙাইব ফোংদোকপদ জয়ধ্বনি তৌরিবনি; ইনাও য়াইম মঙ্গলগী পাও পুহুন মকম অসিদ থুনমক লাক্লগনি।

[ ভীম লৈপরেং অঙৌব অম শিহুন চঙলকপ মমা ময়াম্ব থুরম্ব ]

ভীম— জয় শ্রী গোবিন্দন জয় ওইরে। ইমা ইমাগী আশীর্বাদতনী বক হিংচাব হাৎলে। (কুন্তী খুরম্ব) দাদ মহারাজ মনাও খুরমজরি। (যুধিষ্ঠিরদ খুরম্ব) ইনাওশা নখোয় পুম্নমকম্ন মঙ্গল ওইয়্।

কুন্তী — ইবুঙো ব্রাহ্মণগী অরাব কোকলে হায়ষ তাবদ ইমা মুংঙাইবন লোয়রে।

যুধিষ্ঠির — ইয়াম্বগী ইবুঙো য়াইম ইনাওশি হিংচাবগ লান শোক্লরুবদ রারম্বিনি বিশ্রাম নিঙথিন তৌ।

সহদেব — য়াম্বুং য়াইম হিংচাবহ্ কয়ামুক কল্লি, মাবু হাৎপগী রারি অহ্ অমুক্ত লিবিয়্।

নকুল — অহিংচুপ্প লাম্বেংনরব, চুমই অথেংবদ অকনব শব্দ তৌবহ্ হিংচাবহ্ন শিরমদাইদ লাউরম্ব খোঞ্জেল্ল?

ভীম — মাম্নি পাপী অহ্ন শিরমদাইদ লাউরম্ব খোঞ্জেম্নি। হাক য়াম্ন কনব হিংচাবনি পাপকী থবক তৌব মরম্ন মহাক্কী অকনবহ্ অরেম্বদ মাওশ্রিবসিনি। ইমাগী আশীর্ব্বাদন অমদি শ্রীকৃষ্ণগী কৃপান হাৎপ ওমপ্রবনি মহাক্ক মল্লযুদ্ধ তৌনবদ বন অহ্গী উ-রা উৎশম্ন ওইন ভুমপ্রবনি অহিংগী অয়োয়ব য়ুথক য়োরকপদ হিংচাবগী মপাঙ্গল অশুম অশুম হম্বয়কই ঐন অরেপ্প লৈতন তকশল্লকপদ থাংব য়ারকত্রহ্ন লৈমাইথক্ক লাওখোংন হায়থরকই। অহ্দগী ঐন মরু মন্নাং পুম্নক পুনথু থূদেকহ্ন পিগুগী মতৌঞ্জ ভুম্বক তাশিল্পগ

থনমলে, মথর়াইন যমগী লৈবাকত চৎখরে। অতুদগী অহিংগী অরোইব মুহূর্ত্তদ স্নান তৌরগ ব্রাহ্মনগী আশীর্ব্বাদ লৌরগ মকম অসিদ হল্লকলিব অসিনি।

যুধিষ্ঠির — "যতোধর্ম্মস্ততো জয়" ধর্ম্ম কায়দবন জয় ওইগদবনি। মতম পুন্নমক্ত ধর্ম্মবু কৌন লুন তৌগদবনি তাইবংপাল অসি ধর্ম্ম কৌব লাইন পালন তৌবদগী জীব পুন্নমক লৈব য়ারিবনি। ধর্ম্মন ময়েং তারক্লবদ খণ্ড খণ্ড প্রলয় লাক্কনি, মসি ঋষিশিংগী লেঙত্রব বানীনি।

ভীম — দুর্য্যোধনগী খুজিন্দগী ওসি পাণ্ডবন অশুপ্ রাব্রুশা অসি ফংলিবনিকো দুর্য্যোধন ! নঙ অসি বক হাৎপগুম হাৎলব ফাওবদ পেল্লোইদকো মহাপাপী।

যুধিষ্ঠির — ইবুঙো, তপথৌ, শাওখিগনু, ঐখোয়গী লাইবক্ত রাউ হায়দুন তন্নকপগী রাবনি, মাগুম্ব অমন ফত্তনব হেকশীল্লগ ঐখোয় হেক রাগদব নত্তে। অরাব শুংঙাইব হায়বসে চক্রগী মতৌগুম্ন লৈদুন মীওইবগী মথক্ত তক্তুন লৈরিবানি। অরাবগী মতাং থোকপদন রাব, শুঙাইবগী মতাং থোকপদ শুঙাইবদনি। মসিবু কাল চক্র হায়ন কৌই। জীব পুন্নমক কাল চক্রগী মথা পোনব ওাক্তনি।

অর্জুন — রাথরেদ দাদ মহারাজ ! ঐখোয়বু অশুম তৌদুন

ইশান ভিক্ষা নিতুন কয়া কুইন হিংখীগব। নিপা খোকপ থবক অমত্ত তৌদন থাংবসি রাথরেদ।

যুধিষ্ঠির — রাগনু অর্জ্জুন! ঈশ্বরগী নোংদম অম শোয়দন লাক-খিগনি। ধৈর্য্য তৌ. থাঙব কল্লু। অন্তরদ ভগবানবু কাওগনু। মঙ্গল নক্ক লৈবনি।

ভীম (লাউন) রারব মতমসিদ যতুপতি কৃষ্ণদো নিঙশিঙ-লকই — লম লাপ্পথিবগী তৌবনিদকো কৌবদ তাব লম নত্তব দ্বারিকা ধামদ লৈথিবন খোনাও শেগাই-মথৈ কৌরবস্ তাগনি হায়ব নিঙত্রে। মসিদি থনুংদ অস্নম কৌরগে. সহদেব নকুল লাংলকনু ইনাও-শা।

সহদেব নকুল } - (পুম্ন) লাঙজরোই দাদ য়াইম।

ভীম -- (মনাওশিংবু তুংশিবদগী লঙ্নব) ইয়া ঃ—লাঙগনু হায়রগ থুম্নু থুমহুন লাংঙকইনেসে অঙাং হায়ব জাংসে, ইনাওশা! নহোয় অমুক লাংঙক্অনুক্কো।

(কুন্তী, যুধিষ্ঠির মোমোন নোকপ অর্জ্জুন তুমিন্ন লৈব)

(সহদেব নকুল তুমিন্ন লৈব)

তারিবর—সহদেব, নকুল! নখোয় অনিবো-হা-ইহে ঃ—(থুমদব) করিনো মীন হংলগ থুমত্রিবসিবো।

সহদেব নকুল } —(পুম্ন য়াম্ন কীন) দাদ মাইশন লাওগনু হায়বহুন থুম্ন কাওব কী-জ-র-ব।

ভীম — ইহে ঃ—অত্থনবু লাওগনু হায়রিব অসিনি হংবগ য়েক খুম্মু, অত্থগ তুম্মিন্ন লৈয়ু, অত্থ ওইরবদি কদায়দগী লাংগদগেদো—নত্রা নকুল ? (ভীম মথন্তা ইলাং লাংব ) ।

নকুল — চুমই দাদ য়াইম ।

ভীম — হোয়নে অত্থবু লা·গনু হায়রিবসিনি, কৃষ্ণ থগ্নংদ অমুক্ত কোগেনে— কো, সহদেব লাংগুকপুকো ইবুংঙো ।

সহদেব — ফগনি ত্তাদ য়াইম ।

ভীম — ইমা ঙসিদি চাক অসি থর ঙম চানব ত্তৌসি, সহদেব, নকুল হৈ-হৈ ইনাওশা ইমাগী মতেং পাংনব করি করি লাওব যাব মখৈ লাঙশিল্লু, ঈশিং মাইশিং চাক থোংনব ; ইনাওশা থঙলেদন ।

সহদেব — ( কীন ) মবম পুম্নমক থঙজরগনি য়াম্বুং ।

ভীম — নহোয় অমুক লাওক্রলগগুকো ।

কুন্তী — ( মোমোন নোক্তুং ) করিনো যাইম অঙাং অনিদো ইথক থক্কংলনিনে । খুমত্রে খুম্নব হংই, খুমলে লাঙ্‌গনু হেক হায়-করিনো অঙাং অনিসিন—ত্তোগদবসিবো ।

ভীম — ইমাস্ন য়াউন হেক নিনবিরকলে ।

কুন্তী — লাঙলিবদি য়াইম নহাকতনি ।

[তাঞ্জা অসিনক্তদ শ্রীকৃষ্ণ লেঙশল্লকই রাহোং চুড়া শেপত্তক তৌন উপই, মোমোন মোমোন নোকই]

শ্রীকৃষ্ণ — ময়াম পুন্নমক মঙ্গল ওইরিদন।

[ ময়াম পুন্নমক তরাম্ তরাম্ হোৗগৎলি. যুধিষ্ঠিরনচিংব পুন্নমক শ্রীকৃষ্ণদ ভক্তি কৎলি ]

[ কুন্তীদ শ্রীকৃষ্ণ খুৎলোম্নহুন মতুংদ যুধিষ্ঠিরদ ]

ইনেবেম্ম. য়াম্বুং যুধিষ্ঠির, করম ভোৗরি মঙ্গল ওইরিদন !

যুধিষ্ঠির — ইবুংঙো ভক্তি কচ্চরি যদুপতি।

কুন্তী — হে কৃষ্ণ, ঐখোয়বু অরাবসি কয়া কুইন খাঙখিগব, লম্বীগী চাকনিব ওইদুন মতম কয়া শাংন লেনখিদৌরিব ইবুংঙো নঙদি অন্তর যামীনি. পুন্নমক লোইন খঙ-লিবনি. হায়ম্বগব দীনবন্ধু !

শ্রীকৃষ্ণ — মীওইবদি অরা লুংঙাই মরক্ত হিংলিবনি। কাল-চক্রগী মতুং ইন্ন মতম খর অরাবগ মায়োক্লরিব হায়বদুনি ; চিন্তা করিস্নু তোৗবিগন্নু ইনেবেম্ম ! পঞ্চাল লৈবাক তান্ন মঙামক চৎনব থৌরাং তোৗবিরো। সয়ম্বর সভা য়াওব নংনব। মফম অদু যৌরগ পঞ্চ পাণ্ডবগী ভাগ্যরবিস্নু নিংথিন থোরক্লগনি।

যুধিষ্ঠির — ইবুংঙো নংগী কৃপানি পুন্নমক।

ভীম — জগবন্ধু ননাই, ঐখোয়স্নু ব্রাহ্মন শাদুন লৈরি ব্রাহ্মণগী ফিজেৎ শেৎদুন অশুম্মক চৎকনা ?

শ্রীকৃষ্ণ — ব্রাহ্মণ শাদুন ব্রাহ্মণ ময়ামগ তিন্নদুন অদুম্, মচৎপিয়ু।

স্বয়ম্বর সভা অদুময়াওবিরু দাদ য়াইম, থোকঅব অম লাকনি। চৎনব ভোৱসি।

ভীম — "শুভস্য শীঘ্রম" শ্রীকৃষ্ণগী য়াথং অসি শুভনি। অদুগ য়াম্নসু থুবনি, হোৱসি জয় মাধব! যাদব।
(ময়াম হোৗগৎপ চৎনব থোৱাং ভোব
শ্রীকৃষ্ণ ময়াম উৱগ মোমোন্ নোকপ)—

—ঃ পূম্নমক চণ্ডথিব ঃ—

———

# দ্বিতীয়াঙ্ক তৃতীয় দৃশ্য

## বনগী লম্বী

[ পদ্মাবতী অমসুং নিয়তী য়ারী শান শান থোরকপ ]

পদ্মা — ৱাখলগী পোশাকম খঙজবী ঐহাকনি, কনাগী য়াথং লৌতুন চিংনবন থল্লব ঐগী ৱাখল অসিবু নেমথহন-বিগদৌরিব !

নিয়তী — খঙই, নহাক ৱাখলন ভাওরবীনি। নহাক মতিক চাব নপুরোইব ফংগে হায়তুন শিব পূজা তৌরকপ কুইরবনি। নহাক্ত নিঙজব মহৈ য়ালহনগে হায়তুন ঐন নঙবু থিরীবনি। হৌজিক ঐগ লোয়নন পঞ্চাল লৈবাক তাম্ন চংলসি। মফম অতুদ নহাক্তী নপুরোইব উব ফংগনি। পোকপদগী কবচ কুণ্ডলগ লোয়নরকপ মহারথ অমন নহাক্তী নপুরোইব শোয়দন ওইগনি।

পদ্মা — হায়রিবদো অঙকপ য়ানি। মরুওইন নহাকপু কনানো হায়ব তশেংন ফাওব খঙদ্রি।

নিয়তী — চুমই, নঙন ঐবু খঙব ঙমলোই ঐনদি নহাকপু মুন্ন খঙই। ঐন খঙদব উদব লৈতে তাইবংপালসিদ্দ।

পদ্মা — অতুদি হৌজিক হায়খ্রিব নিপ। অতুদি নতাক উরবর, মশক মুন্ন খঙলবর, হায়য়ু অমুক্ত তাসি।

নিয়তী — থাজো, ঐবু চিংনগন্সু। মাদ নত্তে ঐন উরি খঙ-
লিবসি, তাইবংপাল অসিদ লৈরিব লেঙলি পাম্লিব
জীব পুন্নমক ল্লোয়ন খঙলিবনি, লোয়ন উরিবনি।

পদ্মা — অত্তদি নহাক লাইরেম্বীনি, নত্রা ?

নিয়তী — নহাকসু লাইরেম্বীনি নত্রা ? [ থুন য়াংন চংখি ]

পদ্মা — চংথরে, অমুক্ত ভাইবিখো দেবী। পঞ্চাল তাম্ন চংপদ
ঐবু পুবিয়্য। [ তাম্নখি ]

নিয়তী — [ থুন য়াংন অতোপ্প মায়গৈদগী—
[ ঈছৈ শকৃত্তুন অমুক খোরকই ]

খঙবসু ভমলোই
উবসু কংলোই
তাইবং শিম্ন থিরবসু ॥
মায়াগী য়ুখন্ম
য়ুখনগী মরুমদা
লোংত্তুন য়েংলি ঐন ॥
পাপসু উরি
পুন্যসু খঙলি
মীওইব নঙন তৌরিব ॥
নোকতুন সুভাইরিব
কপতুন খাঙলিব
ওম্ন-তৈন ওম্নহনগনি [ ঐন ]॥
অহোবসু অরোইবসু
লেঙলি পাম্লিবসু,
য়েংলি লোম্ন লোম্ন ॥

—ঃ নিয়তী [illegible]ঃ—

## দ্বিতীয়াঙ্ক চতুর্থ দৃশ্য

# পঞ্চাল স্বয়ম্বর সভা

রাজন্যবর্গ, [ নিংথৌ ময়াম মাগী মাগী মতিক চাব তাণ্ডবলদ কম ] ব্রাহ্মণগী ফিজেত্ত পঞ্চ পাণ্ডব ব্রাহ্মণ থর, ধৃষ্টদ্যুম্ন দ্রৌপদী। সভা ময়াইদ লিক্লং তেন য়াম্ন কজন শেম শায়ব বেদী অমগী মথক্ত থম্ব, মনাক্ত অকোয়ব ঈশিংগী নিশান থম্ব, মথক্ত মীনচক্র।

ধৃষ্টদ্যুম্ন – [ ইকাই খুম্নবগ লোয়নন সভাদ লাউরকই ] ভাবিয়ু ঙসি সভাগী লৈতেং ওইবিরীব আচার্য্য, ব্রাহ্মণবর্গ, রাজন্য মণ্ডল পুন্নমক! ঙসি পঞ্চালগী স্বয়ম্বর সভা অসে ইন্দ্রগী সভাগ মান্নন গুণ লৈন নিংথিজরে। বিধি কায়দন বেদী মথক্ত থমলিব লিক্লং তেন অসি পায়বিরগ সন্থায় জল শায়াদ ভৌবিরগ কাপপিয়ু। মত্থন মথক্ত লৈরিব চক্রগী অহোব অসিদগী লিৎথৎপ্রগ মণিন মমিৎ চল্লব ঙা অসিগী মমিত্ত তেম্ন লোংসিল্লুন সভা মমাঙদ থাদব ঙম্ব বীর পুরুষত, ঐগী অমত্ত ভাইজরবী ইচল দ্রৌপদী কচ্ছগনি। লেঙশিনবীরো অকনব কনানো? লক্ষ্যবেধ ত্থৌবিরো।

[ "ময়াম পুন্নমক থক্ত, থক্ত," হায়রহন লাউনরকই ]

শকুনি — ধন্যনি রাজকুমার — হৌজিকতি লক্ষ্যবেধ হোব রারে। করুপতি রাজা দুর্য্যোধন! লাইবক য়েংব মতম লাকলে, খুগাপ অমুক্ত শোইহনব তৌদন মীন চক্র কাপথাইহন স্বয়ম্বরগী থবক মতোল লোমহনবীরো। দ্রৌপদীবু কুরুপতিগী ওইগী লৈত্তেং ওইহনবীনব।

দুর্য্যোধন — (শোন্থাংনন) লক্ষ্য ককপসি কয়াদি হৈফাত্তেদ অদুবু লাইবক য়েংব হায়বত্থনি।

(ফমফমদগী হোগৎলকপ)

ধৃষ্টদ্যুম্ন — (দ্রৌপদীদ) য়েংউ ইবেম্ম। লেঙখৎলকলিব বীর অসি কুরুপতি, দুর্য্যোধন হায়বত্থনি গুণ লৈব মুপানি।

দুর্য্যোধন — (চঙশিন্দুনা নিয়ম কাইদন সন্ধান তৌরগ কাপ্প. পান্দব)

(ময়াম মথক্ত য়েংথত্তুনা "পান্দ্রে পান্দ্রে" চক্রল, তেন য়ৈথোকখ্রে" হায়না লউনরকই)

দুর্য্যোধন — (ইকাইবগ লোয়নন অমসুং শাওন) মসিবু গুম্ব মী লৈব হোনদে চক্রগী ছিদ্রস্থ য়াউত্রমাল্লেদ।

শকুনি — লেঙশিনবীরক্লো ইম্মাক ইবুঙো, মথং মথং য়াম্ম রাৎনরি মতুংগী মতুং বিচার লাকখিগনি।

দ্রোনাচার্য্য— চক্রগী ছিদ্র য়াওদে হায়বত্থ অরানব রানি দুর্য্যোধন! সভা মাঙদ তৌব থবক কৈদৌঙৈদস্থ মীনম্ব য়াউব

য়াদে, ধৈর্য্য তৌন কমকমদ হনজিনল্লু।
(ইকাই ইকাই মুরুম মুরুম শোন্দুন হজিনখরে)

ধৃষ্টদ্যুম্ন — মথং অমুক লেঙসিনবীগদব অকনব কননো লেঙ-
শিনবিরো।

শল্য — (হৌগৎলকই) য়েংউ দ্রৌপদী, হৌগৎলকলিব
বীর অসি মদ্রদেশকী নিংথৌ শল্য হায়বদুনি।

শকুনি — চঙবিয়ু চঙবিয়ু মদ্রেশ্বর, চক্রগ কোম্নন য়ৈথেকপিরম্রো।

শল্য — হোয়; ঐস্থ্ অতুম্ন খল্লিয়ে (চংশিন্দুন কাপই পান্দ্রে)
অমুক্তুং হনব য়ারবদি শোয়দন ককপ ঙমগনিদ।

শকুনি — লেঙশল্লও লেঙশল্লকও, লোইরগ চামন্নক ঔরাইসি
মদ্রপতি। (শল্য মকমদ ফমলরে)

ধৃষ্টদ্যুম্ন — চাংয়েংবিগদব কনানো অমুক চঙবিব য়ারগনি।

দুঃশাসন — (হৌগৎতুন) চাং য়েংব নত্তে, অরোইব থবক
তৌগে হায়বনি।

শকুনি — অং অং — চুমই ইন্দ্রাক্ষ হায়ব। হায়গীদৌন
চাং-চৎ ত ভাহনগনু দুঃশাসন।

ধৃষ্টদ্যুম্ন — য়েংউ ইবেম্ম, হন্দকী নিপা অসি রাজা দুর্য্যোধনগী
মনাও ইবুঙো দুঃশাসন হায়ব বীর অদুনি।

দুঃশাশন — (কাপই পান্দব) পানগদবোই নিঙই, অদুবু চক্রন
য়ৈথেকপ্রে। থবক অসি রাজন্যবর্গগী ইকাইব
পিগে হায়তুন শিনব থৌরাং ভাথরে।

(চঙশিন্দুন ফমই)

ধৃষ্টদ্যুম্ন — কনান ছিত্র লৈতে হায়, কনান, ইকাইব পিবনি হায়, তৌরিব থবক অসি ধনুর্বেদদ য়াওরিবনি। ওইরোইদব থবক পুথোকতুন সভ্য সমাজদ উৎপ য়াব হোনদে। লক্ষ্য অসি কাপ থাইব ঙম্ব অকনব ভারত অসিদ পোকত্রবরা? অদুগ ঙসিগী সভা অসিদসু য়াওত্রবরা?

কর্ণ — ( কমকমদগী ফুক্ হৌগৎতুন ) করিগী অকনব লৈরোই সভা অসিদ, করিগী অকনব পোকলোই ভারতবর্ষদ। ঐ কর্ণনি, ভার্গবগী শিষ্যনি, অসিগুম্ব লক্ষ্য অসিদি অরায়বনি, ঈশিংদ পান্দম মায়কগ কাপ্প করিসু লৈত্তবনি। মিৎ উইশিন্নগ চামরক হন্ন কাপথোকপ ঙমগনি করিসু লৈতব থবক্নি।

শকুনি— ভালো ভালো তাবদ নুংঙাই মহাবীর। মতিক চাব অকনবগী পাওথুম্নি।

কর্ণ — ( চঙশন্নকতুন লিরুং তেন পায়রগ ফিরেপ চুম্ন লেপ্প )

ধৃষ্টদ্যুম্ন — য়েংউ যাজ্ঞসেনী, অকনব অসি অঙগী নিংথৌ পরশু-রামগীশিষ্য মহাবীর কর্ণ হায়বদুনি।

দ্রৌপদী — ঐ অঙগী নিংথৌনি হায়ব খঙই, অদুবু সূত মচাগী ওকশমদ বরমাল্য হুক্প ঙমলোই।

কর্ণ — [ সন্ধান তৌরুরব লিরুং তেন থাদৈ লাইবক্ত য়েংকী থুংন পায়দুন তপ্প তপ্প হল্লোরকই। ]

শল্য — হায়রিব অদি অচুম্ব য়ানি।

দুর্য্যোধন — ( শাউন ফুগ্ হোগৎতুন ) ওইথোক্তব রানি. দ্রুপদ নন্দিনি লক্ষ্য অসি কাপ্প ওয় অকনব পূন্নম ? স্বয়ম্বর অসিদ য়াওব য়াব অধিকার লোয়ন লৈরবনি। জাতি বিজাতিগী রাক্ষম থোয়ন থম্মনিঙাই লৈতে।

দ্রৌপদী — ঐ ক্ষত্রীয় নিঙোলনি, ক্ষত্রীয় ইমান্নব নত্রগ বর্ণ অথে ইব ব্রাহ্মণদ বরমাল্য হুকনি।

কর্ণ— ( দ্রৌপদীদ তুং ওইহোকলগ) অত্তোনব জাতিদ পোক-লগ অকনব অত্ত শোল্লগদ্রে ? অকনব, লনলৈব, গুণলৈব, বিদ্যা হৈব, মীশক অতুদি জাতিগী মথা পোদ্রে। শ্রীকৃষ্ণ গোপ জাতিদ পোকপনি জগৎন মাবু পুজা কৎনরি। মফম অসিদ কর্ণন য়েংনবগী মতিক চাদে। সভা অসি থাদোকতুন চৎলগে।

( কর্ণ থোকখিব )

দুর্য্যোধন— তৌরিব থবক অসি চুমদ্রে। সভা মাঙদ মীবু ইকাইব পীব হৌনদে। অঙম্ব অমন লক্ষ্য অসি ককপ্রসন্থ কোম্ন দ্রৌপদীগী শাস্তিগী রা থম্মগনি।

দ্রৌপদী— ওইথোক্তব রানি কৌরব প্রধান। মফম অসিদ শাস্তি পীনব কনাগীস্থ অধিকার লৈত্তে।

ধৃষ্টদ্যুম্ন— অকনবশিংগী মন্থংদ লক্ষ্য অসি ককপ ঙমবিগদব চোংথোকপিরক্লো। ঙমগদব লৈরবদি ব্রাহ্মণশিংগী মন্থংদগীস্থ চোংথোকপিরকপ য়াম্রগনি।

শকুনি— গুরু-দ্রোনাচার্য্য লেংখৎপিরো মত্তাং চায়ে।

দ্রোনাচার্য্য— ঐ লক্ষ্য বাপলোই। দ্রুপদ ঐগী মরুপনি; মরুপকী মচাদি ঐগীস্নু ইচানি। ঐ লিরুং তেন পায়রোই।

ধৃষ্টদ্যুম্ন— অদুদি একচক্রদগী লেঙবিরক্লিব ব্রাহ্মণশিংগী মতুংদগী থম্নবিরগ লক্ষ্য বেধ তৌবিরো।

অর্জ্জুন— (যুধিষ্ঠিরদ ওনশিনলগ) নয়াথং পীনবিয়ু ব্রাহ্মণ, লক্ষ্য অসি ককচগে।

যুধিষ্ঠির— (জানান্তিকে) ঙমগনি নিঙলবদি মঙ্গল ওইয়ু। আত্মা প্রকাশতি তৌগনু, ব্রাহ্মন মচা।

ভীম— থবক পাংথোকউ। মখা তাব থবক ঐগীনি। কীগনু নবয়ুবক পাঙথোকউ।

অর্জ্জুন— অদু ওইরবদি ঐ ককচগে। [হৌগৎতুন থোরাং তৌই]

শকুনি— ব্রাহ্মন! চাক্কী উৎসব নত্তে থবক অসি। ধনুর্বিদ্যাগী খমথেংব পাম্নীক্ষানি। অরেম্বদ ইকাইদুন তোক্কনি ফমফম থাদোক্কনু।

অর্জ্জুন— থবক্কী মতুংইন্ন লোইরগ ঐবু শক থংউ। পুক্লিং হম্বব রাঙাং শিঞ্জিন্নগনু। ভদ্রপুরুষগী লক্ষন্দ লৈয়ু। (ব্রাহ্মন, অতোপ্প অম হৌগৎতুন অর্জ্জুনদ থাম্ব)

ব্রাহ্মনমচা— নত্তে, নত্তে, ব্রাহ্মন. নতিক চাদব থবক্লি, অকনব ময়াম্ন ঙম্নখিদ্রবদ কদায়দগী কদায়দগী ঐথোর ব্রাহ্মন ময়াম চোপহনগনু।

ভীম— বামন মচ: তুমিন লৈল্লু নঙগী নথৌ লৈতে। চোপ্পগ নঙ য়াউগদব নত্তে। কম্মু রা ঙাঙ্গদু

( মথুং লাকতুন চিংথবা মমতন কমহন্নব )

ব্রাহ্মনমচা— অঙাওবসি য়াম্না য়াউরমলেদা। হরি, হরি—!

ভীম— উম ৱামতম্ শোন্নু, ব্রাহ্মন পাথং অসিগী মঙ্গল ওইনব।

ব্রাহ্মনমচা— থাম্ব য়াল্লবমিন করে, চঙউরবদি হল্লন্নু। ঐন ব্রাহ্মন মচা অশেংবমক্ত ওইরবদি মঙ্গল ওইয়্ তস! কৈদৌনি। (কমথব)

ভীম— হো, অহুমিদন, ( অর্জ্জুনদ ) মঙ্গল ওইয়ু ব্রাহ্মনমচা।

অর্জ্জুন— [ চংশিন্নগ থুং লোম্নহুন লিরুং ত্তেন ভক্তি কৎপ, লৌথৎলগ অকনবগী ফিরেপু গুরু ব্রাহ্মনচিংব পুন্নমক গুক লোন্দুন ভক্তি তৌব ]

শ্রীনারায়ন, গুরু, ব্রাহ্মন, রাজন্যমণ্ডলী পুন্নমক ঐগী ভক্তি অসি লৌবিয়ু।

( থুরুথুদক কুন্দুন ঈশিংদ নিশান তৌরগ )

জয় গুরুদেব! [ ত্তেন কাপশিব ]

[ ময়াম মথক্ত য়েংথৎনব, ত্তেন্ন লেংশিনব ঙা অম তারকপ অর্জ্জুন ওকপ,-ময়ামদ উৎলগ ]

য়েংবিয়ু রাজন্যমণ্ডলী পুন্নমক, গুরুগী কৃপাদগী লক্ষ্য অসি ককচরে।

( ময়াম "ধন্য ধন্য" হায়ন লাউনরকই )

ব্রাহ্মন জয় ওইরে হয় হয় লাউনরকই )

দ্রোনাচার্য্য— ধন্যনি ব্রাহ্মন মচা, নঙগী বিদ্যা থাগৎনিঙাইনি। পাণ্ডবকী মধ্যম অর্জ্জুনগ চপ্ মান্নব গুর ফিন্নি।

মতম পুন্নমকত মঙ্গল ওইয়ু। ঐগী আশীর্ব্বাদ অরেম্বদ মাঙদব ওইসনু জয় শ্রীহরি। (চঙ্‌খিব)

অর্জ্জুন— ( খুং লোয়ন্তুন ভক্তি তৌহৌই )

দুর্য্যোধন— তাউ ব্রাহ্মন মচা, কন্যা অসি নঙোন্দ মতিক চাদে। সনা লুপা মনি মুক্তা মতিক চান পিগে, ঐঙোন্দ বরমাল্য অসি হুরুব থোরাং তৌহল্লু।

অর্জ্জুন— য়াহৈ অহু লাল্লে হায়দুন ঐঙোন্দ হায় নোঙখো নত্রবদি লমহেল্লব নচিল অহুগ লোইনন নঙক অহু কোন মহৈ কেনবগুম লৈমায়দ তাহুন অরেম্বদ মাংজ-গনি খংউ।

কৌরবকীকাংবুন— হাৎলু হাৎলু মচিল খিব বামোন মচাসে।
( ময়াম লাউনয়কই )

ধৃষ্টদ্যুম্ন— মাঙলে. মাঙলে, পাঞ্চাল দেশ অসি উং ওইখিব তারে।

ভীম— য়াগনু রাজকুমার। লাওথোংলিব জন্তুশিং অসি লোইথোক্কে মীকুপ্ত।
[ব্রাহ্মন ময়াম হাৎলু হায়দুন কুরুজল্লকপ ভীমগী লান্দা লোইন কায়দুন চেনখিব ]
( শকুনি তাঙবন মথাদ লোৎহৌব )
[ অর্জ্জুনন দ্রৌপদীগী নাক্ত লেপত্তুন লৈব দ্রৌপদীন অর্জ্জুনগী ওক্ত লৈপরেং হুরে তৌবদ অর্জ্জুনন— ]

অর্জুন—ঙাইখো দেবী নিয়মগী মতুংইন্ন বিবাহ বিধান লাগুসি।

(থাম্ব)

(ধৃষ্টদ্যুম্নন, দ্রৌপদী পুশিনখীব পাণ্ডবস্ু চংমিন্নখীব)

ব্রাহ্মণ মচা— জয় ব্রাহ্মণগী জয় (ময়াম থুম্ব)

শকুনি— [ তপ্ন তপ্ন তাণ্ডবন মখাদগী কেরুক্ কেরুক্ য়েংলা য়েংলগ শোৱ চনিং তান শাংন হোল্লগ, খুৎন থজিন্দ নমথন্নগ থোরকই ]

হায়! হায়! শকুনি শোয়রমগনিদ শমদ লিৎহোইদ শরিংশরাৎ হৈব শকুনি ওইবগী হিংবনি সে। [শোরহম্বব] লক্ষ্য ককৃপ অহুন অর্জ্জুনি। রাজাও ঙাংবহুন ভীম, রা ঙাংদব তুমিন্ন লৈবহুন যুধিষ্ঠির। নহা অনিহুন সহদেব নকুল। কৌরব ভুম্ন হাৎনব যম মঙা অহু লৈরমলেদন, সুঙাইরেদ ঐদি, পাণ্ডব নখোয় অমত্ত মরক্ত শিগনুকো। দুর্য্যোধনচিংব চাম লোইশিল্লমখো। শ্রীকৃষ্ণন পঞ্চ পাণ্ডব রক্ষা তৌরি। ঐন কৌরব লোইশিন্নব ঙাকলি, হে নরায়ন। হে নরায়ন। ননাইগী নিংব কাইহনবীগস্ু প্রভো। সুঙাইরে! সুঙাইরে-হাঃ-হাঃ-হাঃ

(শকুনি চঙখিব)

পুম্নমক চঙখিব।

---

## দ্বিতীয়াঙ্ক পঞ্চম দৃশ্য
# বনগী লখী

[ মিয়ক্তীন মাঙথাদুন পদ্মাগ চঙ্‌মিন্নরকই । ]

নিয়তী— হু! আদ লাক্লিব অকনথসে মহাক্কী নপুরোইবনি মহাক্কী ওকশমন্দ লৈ পরেং অদু হেক্ত হুকউ। মহাক অসিন মহাক্কা পুক্সিগী লেঙত্রব নবুংঙো ওইরগদবনি। নহাক্ক নিঙজব মহাদেবন কৃপা তৌবিরবনি। মহাক পঞ্চাল সভাদগী নিঙব কায়-তুন লাকলবনি, মাবু ঙাইহুন উ—মরুম অসিদ থুগুন লৈয়ু। ঐ চৎলে।

( থোরকপ লখীদ চঙথিব )

পদ্মা— হে মহেশ, ননাইগী আশা মতোল লোমহনবীয়ু।

[ থোরকপ লখীদ হঞ্জনখিব ঙাইহুন লৈখি ]

কর্ণ— [ আশা কায়বগ লোয়নন থোরকই ]

অঙকপনি কর্ণগী পুক্সি। থোঙথাং থুদিংগী অরাব, মীকুপ থুদিংগী ইকায়ব নংব। অঙুক য়াম্ন রান হিংগদবগী শরুক শিথীবন হেন্ন করে। হে সূর্য্যমৈৎ কৌব লাই, নঙন ঐগী নিঙজব দেবতানি। খাঙব কল্লব কর্ণগী থম্মোয় অসে পুব য়ারকত্রে। পোক-পদগী কোয়রক্লুব-বজ্র চঙত্রব কবচ কুণ্ডল, শিঙব কাইরব কর্ণগ লোয়নন ঙলি মাঙত্রসনু। জগৎ

অসিদ কর্ণ হিংছুন লৈররোই। হে সূর্য্য দেব তোল্লব ননাইন থুং লোম্নহুন ভক্তি কচ্চরি। হোন্দোকলিব খুয় অসিদগী অমুক হোনজিনব কাউনবীয়ো। ঐগী থরাই অসি বায়ু মণ্ডলদ চৎশ্রসহু। ঐবুদ খন্দূন লৈরব ইমা ইবেন্মু, রাধা-কৌবী, ইপা ইবুংঙো অধিরথ নখোয় অনিদ তোল্লব নচান বিদায় নিঙ্গরি। নখোয়গী সেবা মতোল লোমমৃত্রে নচান।

[ কর্ণ লু-লুকলব তৌন লেপতুন লৈ, তাঙ্গা অসিমক্তদ পদ্মান লৈ পরেং হুকপ ]

পদ্মা— ইবুঙো ননাই সুপীবু বিধবা-শিঙদ চলহনবীগনু।

কর্ণ— ( মিৎ পাংথোকপগ লোয়নন হংব ) নহাক কনানো? কর্ণদ লঙনরিব করিগীনো?

পদ্মা— লঙনজব নত্তে, ইবুঙো, পুন্সিগী দেবত থিজরকপদ মফম অসিদ সদাশিবগী কৃপাদগী ইবুঙোবু ফংজরবনি। ঐগী পূন্যফল অসি অরেম্বদ মাঙহনবিগনু, য়াবিদবনু তৌবিগনু। নত্রবদি সুপী হাৎপগী পাপ খুদক্ত কংবিগনি।

কর্ণ— ঐবু সভা মমাঙদ হাৎপনু সুপী, শিরগে হায়হুন তৌরব কান্দ কল্লবনু সুপী। হঃ—হঃ

পদ্মা— অকনব অমন অত্থক রাখল খেনব হোনব্রা? সুপী মচা অমগী মরমদগী মমল রায়ব পুন্সিবু মিৎকুপ্ত

মাঙহনব মচু পিক্লব রাখলনি হায়জনিঙই। শিবু শিবিগে হায়রবদি হৌথিব অভিশাপকী মতাংদশিঙন-বগ লোয়নন শিবীরম্লবদি, মিংচৎ অচু মুমিৎ থানা পাল্লিব মথৈ অমর ওইন লৈরমগদবনি। মুপী মচা অমন পামত্রে হায়রগ শিগদবগী শরুকপুদি ঐ গুম্বী অমন পামজে হায়বদগী হিংজুন লৈবীবন শরুক চাম হেন্ন কৈ।

কর্ণ— শিনিংঙে শিব য়াদে, শিনিংদ্রে শি, লুপ্ত্রোদ মীওইব। ঐবু মোংকমদগী থুৎ-লাকতুন চিংথোকপিরী ঙসি।

[ আকাশবানি ]

" তাউ মহাবীর কর্ণ, ঋষীগী আশির্ব্বাদ-গৃহস্থ আশ্রমদ চঙতুন দাতা কর্ণ হায়ব মীংচৎ ফংউ হায়ব অচু অরেম্নদ মাঙহনগনু "

দৈব বানীগী আশীর্ব্বাদ! মরুভূমীগ মান্নরব কর্ণগী থম্মোয়দ বর্ষা ঋতুগী নোংগ মান্নরব অমৃত বাণী অমুক।

পদ্মা— অকাশ বানী অসি অত্তে নত্তে, মহেশকী ম্লাথংনি।

কর্ণ— অচু ওইরবদি.........................

পদ্মা— অত্ত ওইরবদি ননাইগী স্বামী ইবুঙোনি?

কর্ণ— মহাক্ল ঐগী গৃহলক্ষ্মী!

[ কর্ণ, পদ্মাগী থুৎক থুৎক পারনব মোমোন ম্লোক্লব ]

পুন্নমক চঙখিব

———

## দ্বিতীয়াঙ্ক ষষ্ঠ দৃশ্য

# কৌরবকী সভা (কক্ষ)

[ দুর্য্যোধন, শকুনি, দুঃশাসন চিক্ন হারি শাই। ]

দুর্য্যোধন— মাম, ইকায়বসি খাণ্ডব ভমত্রে। দুর্য্যোধন নৈক্কম খণ্ডত্রে। জতুগৃহ মৈ চাকপদ পাণ্ডব শিগ্রব্র হায়বস্ন শিরমত্রে। এক চক্র খুন্দ ব্রাহ্মন শাত্তুন লৈরমলে, পঞ্চালগী স্বয়ম্বর সভাদ লাকতুন দ্রৌপদীস্থু মখোয়গী ওইখরে। অত্তুদগী ইন্দ্রপ্রস্থদ অচৌব মহানগর শেমত্তুন রাজসূয় মহাযজ্ঞ কংখরে। ময়দানবকী মতেঙন ইন্দ্রগী সভা মাণ্ডবক মামন নিঙথিখরে। মত্তুদ ঐহাক্ন ইকায়ব হন্ন হন্ন ফংখিব, কংকালনি চংলুই ঈশিং ওইরমত্তুন হেক আত্তুন চোংলি। মক্কম মরাং খণ্ডদত্তুন হেক থোকউ। লিকলাই য়ুম্বীদ থেংজন্দুন মায় অসি পোম্ব হস্থখিব কুইখিত্রি। মত্তুদ পাণ্ডবন নোকখিব ইস্র অত্তে কান্নদে লমন খুম্নব শিনবীয়ু মামন। লানগী থবক হায়র ইত্তাও কর্ণ, ইবুধৌ ভীষ্ম, গুরু দ্রোন, অম্মর অশ্বথামা, অকন অকনব বীররথী, মহারথী, দুর্য্যোধনগী অরাংপ লৈরোই মাম।

শকুনি— কুরুপতি, থোইন ছিংনবিগনু, মাম লৈরি। মামগী থম্মোয়দ কোন্নুন থমলিব বজ্র অমিন থাবদ পাণ্ডব তুদনিংঙাই লৈতে।

দুঃশাসন— করম্ব বজ্রনো মতম ল্লাংঙ্গিবর?

শকুনি— হৌজিকমক মতম চারবনি, দুঃশাসন থোরাং তৌব য়ারবনি। ঐগী বজ্র অসিগী মগুন্দি করি অমুক হায়গনি, পাণ্ডবতি থমবু থমখো. ইন্দ্ররাজ শোরারেন কাওব তুগদোরিব খুৎলাইনি।

দুর্যোধন - নহানমখে লোক্তুন থম্বীরমলিবোইরে— শিজন্নবিরো মাম, মরম পুম্নমক শিল্লাংনব তৌরসি খুৎলাই অতুন করিনো নমাক্ত ভাব নিংথিন তাহনবিরো।

শকুনি - চৌবর ··· চৌবর— [থবাক্তগী হায়বদি ফুরিৎ মনুং-দগী লৌথোক্লগ উৎপ]।

য়েংউ দধিচী মুনিগী শরুন শাব বজ্র। মসিবু পায়তুন হুল্লবদ থোকউ হায়বদ থোক্লব দাউনি। পাণ্ডবক লোয়নন অচৌব পোম্মা থানতুন শান-গদবনি। মীৎকুপ্ত পাণ্ডবকী ঐশ্বর্য্য পুম্নমক ঐথোয়ন লোয়ন ফংগদবনি অচৌব থবক অম হেক লাঙথৎপ হায়বসে রাখল চণ্ডই, মী চণ্ডই, লন চণ্ডই, তাম্নব চণ্ডই। অতুন পাবুং মহারাজগী য়াথং অমত্তংদি ঙাইবন চুমত্রা খল্লি মামন।

[কর্ণ চঙ্লকপ তাঙ্গা অসিদ]

দুর্য্যোধন— চঙবিরকউ অঙ্গেশ্বর। অরুব রাকম অসি তানহুন পাণ্ডথোকপ য়ানব থৌরাং তৌরসি।

কর্ণ— করম্ব, মামগী বজ্রগ মানরব বুদ্ধি পুথোয়রুবগে?

দুর্য্যোধন— পাণ্ডবক লোয়নন চৌবয় শাননব থৌরাং, মামগী খুৎলাই দধিচী মুনিগী শরুন শাব বজ্র! মসিবু হুল্লবদ ঐখোয়ন থোকহন্নিংব দাউ থোকতনিঙাই লৈত্রবনি। মসিন পাণ্ডবপু নির্ম্মূলধ্বংশ তৌব ঙমগনি।

কর্ণ— নহাল মথৈ মামদি করিদৌদন পুথোকপিরমত্রিব? মসিদি পাণ্ডবকী রাজ লক্ষ্মী তান্নব বজ্রনি।

শকুনি— মসিনি "আনন্দ সর্ব্বনাশ" হায়ব খুৎলাই অহু।

দুঃশাসন— করিনোনে মামগী শিবো কাগিদ অমুক তারক্লবয়নে

শকুনি— নত্তে, নত্তে যুবরাজ! শান্নব হায়বসিমক্তবু গুঙাইবগী মশকনি গুংঙাইরিঙৈদ পোৎ লোহৌদব য়াদে।

কর্ণ— চুমই মামগী বুক্তি অসি। দ্যূতক্রীড়া হায়বসি আনন্দগ লোয়নন শিঙনতুন শান্নগদবনি। সনা, লুপা, মণি মুক্তান মাগী পোত্থানি।

শকুনি— জ্বার হায়বসি য়ান্ন লোনিঙবদগী, য়ান্ন মাঙনরিবনি। মাঙোন্দ হাপ্পদ চন্দব লৈতে সমুদ্রগী ঈথক আয়রব গুণ্ন-লৈতেংলব, দ্যূৎক্রীড়, আনন্দ

সমূত্রনি। মায়গৈ অমন মাঙলগ মায়গৈ অমন লৌব শোইত্রবনি। অবৌব মায়গৈ ঐখোয়গী, অমাঙব মখোয়গী।

[ধৃতরাষ্ট্র বিদুরন শমদুন, ভীষ্ম, দ্রোননচিংব চঙলকপ সিংহাসন্দ ফম্ব; ময়াম পুন্নমক খুরুম্ব]

ধৃতরাষ্ট্র— দুর্য্যোধন! নহাকপু পাণ্ডবকী রাজসূয় যজ্ঞদ ইকায়ব নংই হায়ব তায়, করিগুম্ব অপমান পীদুন লঙনরকপ য়াওবর মখোয়ন, পাপকী থবক-নোক্লব ইকায়ব পীবনচিংব তৌরকত্রবদি নহাক মখোয়দ দোষ থোইদিং মথাই অম য়াওব তৌরুগনু। মখোয় পুন্নমক ধর্ম্ম লৈব মী ওাক্তনি। মখোয়গী ফত্তনব থবক তৌগে হায়ন রাখল কাওব থল্লুগনু, মঙ্গল ওইগনি।

দুর্য্যোধন— পাবুংগী য়াথং অদুদি পাণ্ডবতন ধর্ম্ম লৈব ওইন তাকপিরি, অদুওইরবদি ঐখোয়রোমগীন ধর্ম্ম করিমত্ত লৈতব তাররর?

ধৃতরাষ্ট্র— দুর্য্যোধন! নহাকী রাহং অদুস্ লানবদি নত্তে, ধর্ম্ম কায়দব, লমচং কজব হায়ব অদুতবু পাম্বনি। ইপা লৈরি নহাকী করি রাংকনি।

দুর্য্যোধন— করিগুম্ব অমত্ত হংগৎচগে পাবুং।

ধৃতরাষ্ট্র— হায়দু তাসি।

দুর্য্যোধন— যুধিষ্ঠিরগ লোয়নন চৌবর অমুক্ত শাননগে সনা য়াথং পীননবীয়ু পাবুং।

ধৃতরাষ্ট্র— তোগঙু দুর্য্যোধন! চৌবর শান্নব হায়বসে ফত্তে, ফত্তব মহে লাক্কনি। ফত্তব থবক্কী মহুংদ দ্যূত ক্রীড়াগ মান্নন ফত্তব'সে জগত্ত অমুক লৈত্রবনি তোগঙু ইবুংঙো।

দুর্য্যোধন— পাবুং রাজবংশন যুদ্ধবিদ্যা তম্নরিব অসি প্রজা পালনগী দমক্তনি, ক্ষত্রীয়ন হৈতব য়াত্রব শিনফম্নি। অতুগুমহুন চৌবরনচিংব আনন্দ ক্রীড়া অসিবু রাজ-বংশন হৈতবস্নু চোপনৈ, করিগুম্ব মতমদস্নু নিংথৌ মচা মশেল শান্নমিন্নৈ। থোইন ফত্তব রাখলদগী য়াম্নুং যুধিষ্ঠিরগ শানজগে হায়ব নচ্চদে, চুম্ন জুংঙাই-হুন পাবুংগী সনা মাঙদ ইবুধোনচিংব সভা মাঙদ শান্নজগে হায়জবনি। নয়াথংন অমুক থিংবিরগঙু।

ধৃতরাষ্ট্র— বিষ্ণু, বিষ্ণু! তুংদ করি থোক্লগব। দুর্য্যোধন! নিয়ম কায়দন শান্নৌ। নঙন নিঙব ইচ্ছা পূর্ণ ওইহৌরে।

[ ধৃতরাষ্ট্র, বিদুরন শমতুন চংখীব ময়াম হৌগংলি ]

দুর্য্যোধন— ইবুধো অমস্নুং গুরুদেবগী অনুমতিস্ন পীবিয়ু। পাণ্ডবক লোয়ন চৌবর শান্নব পত্রগী নিমন্ত্রন পীজপ্রগে। য়াবিদবগী য়াথং অমুক তাকপিরগঙু।

ভীষ্ম— দুর্য্যোধন- নঙগী চক্রী অসি ওয়্যেক্ক কনথন্নে। শান্নব

হায়বসি মাঙনবগী মশক্তি, নচিন্দ নবাও নাকপাক তানহুন শাম্লব থক অফব ওইরোই। নখোয় পুম্নমক ইশু ঙাকতনি, ইপূন হায়ব ইল্লু, মকত্রব চন্দ্রবংশনি। শাগৈ মশেল য়েংথিনরক্কনি, পাণ্ডুগী মচাশিং অসে লোয়ন ধর্ম্ম কায়ব য়াওদে, য়ায়বদি শাম্লরগনু। শাস্ত্রন য়াত্রব থবক্ত পূক্লিং চঙগনু দুর্য্যোধন।

দ্রোনাচার্য্য— দুর্য্যোধন-পিতামহগী য়াথং অসি ঙাকউ। পুম্নমক সত্যগী মশক ঙাকতনি। য়ায়বদি চোবর শানব হায়বসি তোকউ।

দুর্য্যোধন— ইবুধৌ, অমদি গুরুগী য়াথং হিকতোকচব নঙ্গদে, ঙাকপিয়ু হন্দকী মতাং অসিদদি কৃপা তৌবিয়ু।

[ ভীষ্ম, দ্রোন হৌগৎলি ]

ভীষ্ম— দুর্য্যোধন, ঐন হোয় হায়বদি ঙমলরোই। নপাবুংগী ময়াথং মথা পোনশ্রশনু, লেঙশিল্লসি আচার্য্য।

দ্রোনাচার্য্য— নারায়ন-নারায়ন! কুরুপতি শাম্লব তারবনিন করি অমুক হায়গনি। ধর্ম্ম কায়দবন জয় ওইসনুকো, নখোয় পুম্নমক ঐগী শিষ্য ঙাক্তনি, ঐগী য়াথং অসি মিচঙ মীথাই নাইত্রব য়ানি।

[ ভীষ্ম দ্রোন চঙখিব ]

দুর্য্যোধন— মাম কমদোব—

শকুনি— নিমন্ত্রন থানব থোরাং

কর্ণ— কনান চৎকনি?

দুর্য্যোধন— অত্তুদি ... ... কনান চৎলগ যুধিষ্ঠিরন ব্যবহার তৌগনি। [ খনব ]

শকুনি— [ তরাওন ] বিদুর — বিদুর —।

কর্ণ— — চুমলে চুমলে —।

দুর্য্যোধন— ঐন নিঙব থুঙলগনি পাণ্ডব বন্দ থাগে।

শকুনি— ঐন নিঙবসু থুঙলগনি, কৌরব শেমগে।

কর্ণ— ঐন নিঙবসু।

[ দুর্য্যোধন, নোক্ল নোক্ল চণ্ডখিব ]

শকুনি পিশুম থোইন য়েংহোই. শুক্ নোম্র-নোম্রদুন "রাগ হোব য়ারে"।

[ পুম্নমক চণ্ডখিব ]

———

## দ্বিতীয়াঙ্ক সপ্তমদৃশ্য

# ইন্দ্রপ্রস্থ।

[ শ্রীকৃষ্ণ অমসুং পাণ্ডব রারিশাব ]

শ্রীকৃষ্ণ— ধর্ম্মরাজ, হৌজিক্‌তা রাজসূয় যজ্ঞ লোইরে। ঐহাকসু দ্বারকা য়োঙ্গগে।

যুধিষ্ঠির— হে মাধব, ইবুঙো নঙগী কৃপাদগী পুক্তি অসিদ পাণ্ডথোকপ ঙম্লরোইদব থবক যজ্ঞ লোইরে। মতম পুন্নমক্ত শ্রীপাদবু কাউক্লদব অসিভ প ণ্ডবন খাৗ তৌজে ইবুঙো। মতম পুন্নমকৃত কাউবিগনু প্রভো।

শ্রীকৃষ্ণ— ঐ অসি পাণ্ডবকী ভক্তিন পুন্নবনি, ঐগী মরূপ হায়ববু পাণ্ডব মঙানি।

ভীম— জগবন্ধু, ইবুঙো নহাক্ল লেঙলগনি হায়ব ময়াম্ব অত্ত তাবদ ঐখোয়গী থরাই অসি পাইখোকখিগ-দবগুম রান খল্লিদ, করম্ব কান্দ লেঙঙক্কনি হায়ব পাণ্ডবন থঙব ঙমদ্রে ইবুঙো।

[ দ্রৌপদী-কুন্তী-থোরকই ভক্তি কংলি ]

কুন্তী— ইবুঙো, যশোদাগী থরাই ওইব কৃষ্ণ, ঙসি দ্বারকাদ লেঙলগনি তাবদ, থরাই অসি তপথদরে, মায়থোং থান উত্তরবদ কুন্তীগী থম্মোয়দি আমাবস্যাগী মতৌগুম মমলগনিদো ইবুঙো।

শ্রীকৃষ্ণ— রাবিগন্নু ইনেবেম্ম, ঐ ইতস্ততন লাক্কনি।

দ্রৌপদী— সত্যভামাগী থল্লাই ওইরিব ইবুঙো। ইবুঙোন লেঙথ্রবদ কাল হায়ব লাই অত্তুন মীৎন কুপ্পদ থুংলগদবোই নিঙ্ছই ননাইন, ইবুঙোন লেঙথ্রবসু নহাক্কী নাম অত্তু শোনজরগ অরাব পুম্ব কাউজগে।

শ্রীকৃষ্ণ— করিমত্ত রাসু সখী। নহাক্ক রারব মত্তমদ ঐবু কৌরকউ। খুদক্ত ননাকৃত হেক্তে থুংলগনি ঐন। হৌজিকত্তি ঐহাকসু চৎলগে।

( শ্রীকৃষ্ণ লেঙথৎপ পাণ্ডব মণ্ডা থিন্দোকপ )

যুধিষ্ঠির— লেঙবিরো হায়ন বিদায়গী মাহৈ অসি ফাওব চরন্দ হংগৎচব ঙমজদে ননাইন। অর্জ্জুন। নঙন শ্রী গোবিন্দগী থৌগন রাজ পম্বলোইব ফাওব তৌগদবনি

অর্জ্জুন— অজ্ঞা—

সহদেব— ননাইগী ভক্তি লৌবিয়ু ভগবন।

নকুল— চরন্দ হন্ন হন্ন ভক্তি কৎচরি।

( থুরুম্ব অনিমক )

যুধিষ্ঠির— [ মতেক থর থিন্দোকখি কুন্তী দ্রৌপদী চঙখি ] ময়াম পুম্নমক হৌগৎতুন থুৎ লোম্নতুন শ্রী কৃষ্ণ ভক্তি তৌই। ( লু-লুকৃলব তৌন হঞ্জিল্লকই ) ইনাওশা ঙসিদি ইয়াম্বগী থম্মোয় অসি তম্নাং তম্নাংবগুম তৌই। শ্রীকৃষ্ণন কম্বি ঙমলিগব। [ কমকমদ চঙতুন কমথৈ ]

ভীম— য়াম্বুং তপথবীয়ু। নাম শোন্দুন অরাব কাউবীগনি অজ্ঞা [ নাক য়েং অকোয়বদ নকুল সহদেব কমই ]

[ ভীম হঙ্গং হন্দা অসুম চৎলি ]

[ বিতুর, তুর্য্যোধন পিরকপ পত্র ( চিঠি ) অম পুতুন চঙলকপ উবদ ]

ঐখোয়গী খুড়াতোন নত্রা লেঙঙকৃইবসিবো।

যুধিষ্ঠির— করি হায়ব য়াইম, খুড়াতোন লেঙঙকই হায়ব। ( হোগৎতুন খুৎ লোয়ব ) লেঙশনবিরকউ খুড়াতোন। ননাই ঐখোয়দ করম্ব মঙ্গলগী পাও পীনবিগে লেঙবিরকলিব তাকপিসি খুড়াতোন। লেঙশিনবিয়ু খুদাদ [ বিতুরবৈষ্ণব মতিকচাব আসন্দ লেঙশনহনব, ময়াম পুন্নমক থুরম্ব। ]

বিতুর— মঙ্গল ওইয়ু ইচাশা-। ঙসি ঐন নখোয়গী নকমদ লাকপগী মরমদি অসিনি নিংথৌগী য়াথং হিকতোকপ ঙমদতুন মখোয়গী থৌদা মতুংইন্দুন পাও অম পুতুন লাকলিবনি।

যুধিষ্ঠির— তাকপিসি খুড়াতোন, করম্ব য়াথং ওইরবনো?

বিতুর— অতৈ করিস্ত নত্তে ইচাশা! দ্যূতক্রীড়া-কৌবর শিঙনবগী পাও পুরকৃলিবনি। কত্তব তুর্য্যোধন, শকুনিন শিন্‌ব থবক অত্থু নপল মহা— মহারাজগী য়াথং ওইহল্লিবনি ইবুঙো, পত্র অসি

য়েংউ। নখোয় নচিল ননাও মুম্ন থন্নরগ পাওথুম পীনব হোৎনরো ইচাশা! হন্দক্কী মতাং অসিদি খুড়াদি কয়া পামদবনি, পিতামহস্সু য়ানিংদে, অদুবু নিংথৌগী স্থাথংন কনবন খুড়াজাকপনি ইচাশা। শাসন দণ্ড মথোয়গী মথুক্ত লৈরিবনিন ঐথোয়ন হিকতোকপ ঙমদরে। ধর্ম্মমনি যুধিষ্ঠির—মুন্ন থল্লু, খুড়াতোন বিশ্রাম ঙাইহাক তৌরুথিগে [ বিদুর হোগৎপ

যুধিষ্ঠির— কগনি খুড়াতোন বিশ্রাম ঙাইহাক তৌদুন লৈবিয়ু। ননাইথোই মিৎন কুপ্পমুক্তং ইনাংশিংগ তান্নজথিগে।

বিদুর - তান্নৌ তান্নৌ য়ান্ন মুন্ন তান্নৌ ইচাশা।

[ বিদুর থোকখি, ভীম নত্তন অতৈ লোইন থিন-দোকখি ]

ভীম— শিঙনব. শিঙনব নত্তে-শিননব থৌরাংনি. পাপী দুর্য্যোধন কৌরব তুন্নব শিল্লেদন—ফৈ য়েংশি।

[ যুধিষ্ঠির লু-লুক্ন তৌন চঙলকই, কমই সহদেব নকুন থোগল তৌন্নকই লেপতুন যুধিষ্ঠিরগী নাক্ত লৈ। ]

যুধিষ্ঠির— [ পত্র তিংথোকতুন য়েঙলগ ] কন্সব থবক শিঙ-নরকলিব। ইনাওশা নখোয়গী মত্ লোইন পীয়ু দ্রৌপদীগীসু লোগনি।

ভীম— [ শম্ন ফুইন হোল্লগ হায়রকই ] অক্ক-কত্তগী য়া

করিস্থ লৈত্রে শিঙবু শিঙনরক্লবদি চেনব য়াত্রে—শান্নবতারে রা লোইরে।

যুধিষ্ঠির— শ্রীকৃষ্ণ লেঙত্রিঙৈদ পাও অসি ফংলম্লবদি, থবক পূম্নমক ফরমগদবনি। শিঙরকপ থবক্ত ঙম্মোয় হায়বসি ঐগী চীন্ অশিন হায়দোকপ ঙম্রোইদৌরি। সুথবেদ— ( লু-লুক্থব )

অর্জ্জুন— দাদ মহারাজ, ননাও অর্জ্জুনগী রাখলদদি বার্ত্তন অসি লোবন চুমগত্র হায়ন খৈঞ্জে। করিগুম্ব লোত্রবনি দুর্য্যোধন্ন পাণ্ডব্‌পু করিস্থ লৈত্তন, অমদি পাণ্ডবনি হায়ন খনগ্রনি।

যুধিষ্ঠির— নকুল—সহদেব-নখোয় অনিগী মত্‌ং করি লৈব?

নকুল— হীবম থুদিংমক্ত পাণ্ডবপু শিঙনরক্লবদি পাণ্ডবন হনগদব লৈতে, দাদ মহারাজ।

সহদেব— [ সহদেব থুদোং থিগনি থঙই, অক্লবু হায়থিদে ] ননাইগী তোঙানব মত্‌ হঙজরোই—নরমদি দাদ মহারাজগী সনা পুক্নিংন পাজীবত্নী মতুংইন্ন থোগদ ইঙ্গবতন নমাওগী ধর্ম্ম ওইজগে।

যুধিষ্ঠির— দ্রৌপদী কদায়দ লৈ?

দ্রৌপদী— [ থোরকই ] সনা রাথং তাপিয় মহারাজ।

যুধিষ্ঠির— ঙাঙনরিব রাকমশিং অসি মহাকন্ন তারেদন।

দ্রৌপদী— তাজগে—

যুধিষ্ঠির— অহুদি নহাকী মন্ন—

দ্রৌপদী— নমাইগী তোঙায় মত পীজনিঙাই নৈজদে, পাণ্ডবন থনব রাখলগী মমিনি দ্রৌপদীগী রাখলসু।

ভীম— হৌজিক তোগদব থবক লেপ্পরবনিন খুড়াতোনদ হঙ্গলুরগে ঐখোয় পুম্নমক লোইন শেম শারে হায়রন।

যুধিষ্ঠির— নত্তে নত্তে য়াইম, ঐখোয় পুম্নমক চত্তুন খুড়াতোন বিচুরদ হঙ্গৎলুসি। অদুগ পস্থব তৌদন চৎনব তৌরুসি ইনাওশা।

[ দ্রৌপদী নত্তুন পুম্নমক থোকখিব ]

দ্রৌপদী— হে মধুসুদন ইবুংঙো নঙদি লোইন উরম্লগনি মতুংদ করি থোক্লগব থনবদ রাখরেদ। ইস করিনো। খঙহৌদন ঐগী থম্মোয় চোংই রাখল অসি খুদকত্ত মওন মওন থল্লকই। কপনিংবসু পোকলে অকিবসু লাকলে। হায়ফম খঙদন অরাব অম থম্মোয়দ লাকলে। কৌরবকী মায়গৈদগী ফত্তব থোরাং অম শীল্লকলিবসি অত্তে কনানসু ওইরমলোই, তম-থীরব দুর্য্যোধন শীনব ওইরমগনি। পোম্বা তৌনহুন চৌবর শায়ব— মায়গৈ অমদি মায়থিব শোয়দন ফংগনি। শাওনরকনি, অমগ অমগ য়েক্নরকনি, রাজ্য ওমদে থল্লুবদ। কনানো লাকলিব হুপী অসি ! অমুক্ত উথিদরি। ( অঙকপায় লোইনন কোংই )

বিরাটী— ( চঙলকই ) পাণ্ডবকী রানি ! নহাক রাব হৌরে মশা ?

দ্রৌপদী :— হায়বিষ্নু দেবী, নহাকপু কনানো, রাহং অতু তাবদ অঙকপ ফংন চিংনরে। ঐগী পুক্নিং খঙবগুম্নসু তৌই, তুংদ থোক্কদব নহাক খঙত্র অমুক্ত হায়বিষ্নু।

নিয়তী - নপুরোইব মঙা চৌবর শান্নব চংখরে। নহাক করিগী কপ্প হৌত্রিবনো ? কপলে।।

দ্রৌপদী — ( অঙকপগ লোইনন ) করিগী কপকনি !

নিয়তী— কপ্প, নোকপ মীওইবগী হৌনবনি অচুন···

দ্রৌপদী — অতু ওইরবসু ঐদি কপলোই।

নিয়তী— কপুব য়ারোই—

দ্রৌপদী— ( লুংশা থিবদগী খুৎ লোগ্নচন ) মতু অমুক হায়বিরগনু দেবী, দ্রৌপদীগী থম্মোয় অসে তনিক তনিকলে। ঐ কপচব ঙমলোই।

নিয়তী— নহাক্ন নোকখ রাজসূয়দ থরাই তান—অমুক কপকনি শোয়দন। নঙন কপ্প খোঞ্জেন তাবদ মরোল অচুম্ন নিক্কনি; সুতাগী অশাওব মৈন লঙ্কা তুম্ন চাকখিবগুম নহাক্কী অরাবগী মিৎকী পিন ভারত'সি ঈগী সমুদ্র ওইরগান কুইরোই।

দ্রৌপদী — ( অকাবগ লোইনন ) দেবী—মতু ওইদব ওইসনু, ঐগুম্বী করিসু লৈত্রবী লুপী অমগী হাকতক্কগী পুন্য ভুমি ভারত ঈ-তাদব ওইসনু। হায়বিষ্নু দেবী তোল্লবীগী রাহৈ অসি অচুম্ব ওইসনু হায়বিষ্নু।

নিয়তী— ( চীং লেম্ন ) য়ায়রোই দেবী, নহাক সতীনি, নঙোন্দ পাপ লঙজরব ক্ষত্রিয়গী ঈ পৃথিবীন শোয়দন থক্কদৌরি। [ অকীব ধ্বনি অম অহাঙবদগী লাকখি ]

দ্রৌপদী— ( কপ্ন কপ্ন নিয়তীগী খোংদ নোম্বরগ ) ইমা, নহাক লাইরেম্বীনি, নিয়তীনি, নঙন শিনব ঙাক্তনি। ঙাকপিয়ু ইমা — দ্রৌপদীগী থরাই অসি পুষ ঙমজরে— থম্মোয় অসে নিকলক্লে।

নিয়তী— ( কল্লব খোম্বোক্ত ) পৃথিবীস্ত নিক্কনি, মীওইব পুম্বগী থম্মোয়সু নিক্কনি, মতুগী অহোব সুমিৎ ঙসিনি। অহোব অরাব- অরোয়ব-সুঙাইব-শোয়-রোই-দেবী শোয়রোই !!
[ থঙহোদন মাঙখি, উংপ'ত অ'কিব থোঙ্গেন্ন নিল্লি ]

দ্রৌপদী— ( অঙকপগ লোয়নন ) করিনো ঙসিগী মতৌ অসিবো মঙল তাইবংল অরেপ্প থঙর ঙমরে। ইমাঙদ লেপ্লম্ব সুপীতুন কনানো। ঐন লেপ্লিবসিন কদায়দনো। চক্রগী মতৌগুম্ন কোক অসি নৈরকলে হে মধুসূদন ননাইবু অরাবদগী কনবিয়ু।

( দ্রৌপদী চঙখি )

———

## দ্বিতীয়াঙ্ক সপ্তমদৃশ্য

## রাজ পথ

( বিদুর অন্নাব মওংদ চঙলকই )

বিদুর— ওম্বোকপনি বিচরগী মপোক অসি !

ক্ষত্রব থবক অমগী শরুক য়াহম্নব

লানজত্রব ইচা মঙাবু ওসি ঐন কোক্লরি

মপা মশক থঙহৌত্রব পঞ্চ পাণ্ডবনি

"ঐ লৈরি" হায়দুন পাম্বোম তিংবিনব কনা লৈত্রবনি.

হে মধুসূদন, ইবুঙো নঙতনদি পাণ্ডবপু শেম্নবিরী;

ইচা মঙাবু কনবিযূ অন্নাবদগী ।

মমিং অনিত তাণ্ডব নত্তে ঐগী ইয়াম্ন'সি

মপুক্নিঙস্থু য়াওন ভাঙলবনি—

মচান পাশা শ'ম্নগে হায়দুন চক্রি তৌবদ

ক্ষত্রব থবকনি হায়দুন থিংব ঙমত্রবনি।

দ্যূপী, সনা, শাম্নব, মম্নায়কাব, থকপ

হিংসাবৃত্তিগী মশক ওইরব থবক পূম্নমক—

কলিগী লৈকমনি মাঙনবগী মশকনি হায়ব-

থঙন থঙন মচাগী খুদুমদ লৈগ্রব ধৃতরাষ্ট্রনি ।

কুরুগী সভাদ ঐন মন্ত্রীগী কম ওইরিবসি

পাপকী থবক পুব য়াওম্নিবনি ।

ঐসু ইশান খঙনা খঙনা খাদোকপ ওমত্রি,
করম্ব বিধিন শিন্দুন থম্বীরিব—
হে কর্ম্মফল অঙকপনি !
হে নিযতী দেবী ! বিত্নরগীদমক করি শিনবিরি !
পাপী কংসন থোদারকপ অক্রূরগুম
ঐবুসু থোদাবিরি ফত্তব দুর্য্যোধনন।
( হন্ন য়েংব ) লাকলে ইচা মঙা মথং মথং—
মরু লুরু অরাবগী শরুক য়াগে হায়ত্নন
করম তৌগনি, করি উপায় পীগনি—
ঐন ওম্ব নত্তে হে মধুসূদন নঙন কনবিগনি।

( বিত্নর চঙখিব )

( যুধিষ্ঠিরন মাঙ পাত্নন ভীম অর্জ্জুন, নকুল সহদেব মথং মথং চঙলকপ। )

যুধিষ্ঠির— কৃষ্ণ কৃষ্ণ, করিনো ঐখোয়ন চংকদোরিব লম্বীদ লমহুইন তুবং শমত্নন চংথ্রিবসি—অহাঙব অতিয়াদন লঙজা শঙ্গু লৈন লৈন পাইব উরি-। মঙ্গলগী থুদম অমত্ত উব লৈখিদ্রে। ফত্তব থবকনি খঙলবসু ক্ষত্রিয় মচাগী মার্য্যাদ ওাকপদ ওসি ঐখোয় পুন্নমক কুরুগী সভাতান্ন চংপ্ত তারি।

ভীম— ননাওবু ওাকপিয়ু সনা পূক্লিং হম্বিবিগনু য়াম্বুং, ঙ্ঙাইব নোকপগুম অরাবদসু সংক্ষত্রিয়দি নোকপিয়ু।

অর্জুন— ঈশ্বরগী থোরাংপুম্ব মঙ্গলগী মশক ঙাক্তনি খন্‌বিয়ু। পাপ্, পুন্য, স্বর্গ, নরক, মঙ্গল, অমঙ্গল— মহাক্ক মীওইবগীদমক্ শেম্বীরম্লবনি— পীবিনিঙ্‌ব মনা পীবিশম্ব ইবুঙো মাগী আশীর্ব্বাদনি হাম্লন লৌগনি, অরাব কীজদে পাণ্ডব ভুঙাইবসু মিহৌজদে।

সহদেব— ভুমিৎ তারগ পৃথিবীগী মায়গৈ অমদ মম্লবসু মায়গৈ অমদি ঙাম্লিবনি, অমঙ্গলগী মতুংদ মঙ্গলসু নক্ক লৈরিবনি য়াম্বুং।

নকুল— অশুক য়াম্ন রান খনবিরিবসি করিগীনো য়াম্বুং, শ্রীকৃষ্ণন ঐখোযবু কন্‌বিররোই হাযরবরনে য়াম্বুং! রারবসু রাক্তসম্ব মাগী নামদ কাউদ্রগ লোইরে। [ হাণ্ডুমদোন মথং মথং কুরুগী সভা তাম্ল চংখি। কুন্তী তপ্ন তপ্ন থোরকই মচাশিংন চংখিব মায়গৈ-রোমদ য়েংলগ ]

কুন্তী · চংখরে ইচাশিং অসে কবি থোক্লগব মতুংদ, দুর্য্যোধন্ন চৌবর শিঙনরকপ মতুগী পাণ্ড বিদুর খারকপ— গুরুজন পুম্নমক লোইন খঙ্‌লমগনি, খাম্বীনব অমত্ত লৈখিদ্রবব। ঐন হচা যুধিষ্ঠিরদ দুর্য্যোধনগী বার্ত্তন আস লৌরগদ্র হংবদ ক্ষত্রিয় মচাগী ইজ্জৎ অসিতদি মাঙ্‌হনবিগম্ব হাযত্নন ঐঙোন্দগী অমুক ভিক্ষা নিখি, করি থোক্লগব মতুংদ হে মাধব নঙ্‌ন পুম্নমক ঙাকপিয়ু। [ কুন্তী চঙ্‌খিব ]

## দ্বিতীয়াঙ্ক অষ্টম দৃশ্য

## কুরু সভা

[ ধৃতরাষ্ট্র, ভীষ্ম, দ্রোণাচার্য্য, বিদুর, বিকর্ণ অমসুং প্রতিকামীনচিংব অতে থোঙগল

পাশা শান্নবগী মওংদ

নাকল য়েংথোম মায়রোম

কৌরব পাণ্ডব লৈরি ;

দুর্য্যোধন, দুঃশাসন, থরাইয়াওন পোকমদ য়েংলি, শকুনি লেপ্তুনা কোইলাং লাংই, কর্ণ নাকচেং ওইন লেপই, পঞ্চ পাণ্ডব মঙা মথং মথং তুমিন তুমিন্ন ফমলি।

ইহান হানবদ খঙ্হৌদন

দুর্য্যোধন শকুনিনচিংব হৌহুন নোকপ ]।

দুর্য্যোধন— ( নোক্তুনা ) ভালো ভালো মাম, মামগী হৈশিংবদি অঙকপনি ! চৌবন নত্তে, মঙল লাইরেম্বীন চৌবগী শরুগী মশক লৌহুন মিৎন কুপ্পদ লন্থুম লোইন লৌরে। হায় যুধিষ্ঠির ! মথা করি অমুক হায়নিঙাই লৈরি ? পোম্বাদ ওসি লোইন থাদোকলে— করি অমুক হায়গনি দ্রৌপদীসু ওসি কৌরবকী ওইব তারবর— হঃ হঃ।

ভীম— মীনম্ব মশাম্নন পাণ্ডবপু মাম্বখিব পীরে। মীনম্ব লুচিংব মাম শকুনিনি খণ্ডই।

দুর্যোধন— তুমিন লৈয়্ ভীম, মামদ ইকায়ব পীগনু। হৌজিক চোবর লোইশল্লকলে, চহি তম্বানিথোই বন্দ খাণ্ডব চহি অম লোংপ নম্নগ কৌরবগী মীনাই ওইবনি। হৌজিক অমুক করি থানিগাই লৈরি ধর্ম্মরাজ।

ধৃতরাষ্ট্র— ওাইথো ইচাশা, ঐগী রা অসি তাও! করিগী নিংথৌমচান মীনাই ওইব! করব নত্তে, পাণ্ডবপু মীনাই ওইবদগী ঐনা থাদোক্লবনি, তারবর দুর্যোধন

দুর্যোধন— ( মী ফত্তবগী হৌনব মরো লৈন অমসুং রাহে থর ওম্ন )

তপথবীয় পাবুং মহারাজ! শাম্নরিবসি নিংথৌমচা মশেম্নি, শিঙ্নবনি, পোননব শাম্নব নত্তে, থোইন-নব শাম্নবনি, য়েংবিয়ু মতুংদ মসিন করি তৌরক-ফগে হায়ব।

দুর্যোধন— হন্দক্ত অরোয়বনি, ইমা ইবেম্ম জয়লক্ষ্মী! মায় অমুক্ত ওনশিনবিরকউ। ( শুরুগুরু নোইব লাইবক কংলগ লংব )

শকুনি— ( থরাই য়াওন কুম্হক্লন য়েংব অমসুং লাউব-"বার") থোকয়ে, থোকয়ে কৌরবন জয় ওইরে।

( মরাম পূম্নমক হৌক্লন নোকপ )

দুর্য্যোধন— সুভাইরে সুভাইরে মামগী বিদ্যা অঙকপনি কৌরবন মায় পাকলে- মিংচৎকী কিরান রাংব পাইরগনি। ইকায়ব নংখিব হৌজিক লমন শিংবিরে মামগী বিদ্যান। মামগী লমন্দ ভাইরে কৌরবন শিংগদব ! মাম নোকপিয় হয়াওবিয় লমন খুয়ে হৌজিক !

শকুনি— মানি, মানি ! লমন খুম্বগী অহৌব সুমিংনি। [ চোবরগী শরু থাংগৎলগ মুম য়েংব অমুক থবাক্ত চেৎন কোম্লগ থরাই পেন হায়রমই ]
হে অকংব শরু ! নহাক্ত নথৌন নোংমৈশিংজংনি- ! নহাক নথরাই পাম্লব- ! ( ভয়ানক ] করি হায়ব-! লমন-খুম্ব লমন-খুম্ব-হাঃ হাঃ হাঃ-হাঃ অরাম থৌরাং-বগী মৈন চাকথেক্লব কংলব মখনাওদ অত্তৎ অথম লৈতন লাউব-ঐ-ঐ-তৎ-তন তারি-ঐ-তত্তন তারি ! লমন-খুম্ব-গী-যজ্ঞ হোজরে পূর্ণাহুতিদ অশাব ঈ, নবুক থম থকপিয় হে অকংব শরু-হাঃ-হাঃ-হা-হু-হু-হু-হু।

দুর্য্যোধন— ( পাণ্ডবত ) রাজবেশ লৌথোকপীবন চুম্নগত্র ?

যুধিষ্ঠির— অচুম্বনি ইবুঙো পাণ্ডব রাজবেশ শেৎলরোই ইয়াম্ব হৌজিক মীনাই ওইরে।

অর্জ্জুন— দাদ মহারাজন মীনাই ওইরবদি ঐখোয়মু মীনাইগী মীনাই ওইজরবনি।

ভীম— হুম— দুর্য্যোধন, মায়াগী চৌবরন পাণ্ডবপু মায়খিব পীরবকো— অত্থুগ অসিমদি কাউগহু, ভীমগী গদা মায়া চঙদে, নোংম গদান দণ্ড পীরগনি খণ্ডউ।

যুধিষ্ঠির— ইয়াম্বগী ইঝুংঙো মুংশিব-ইয়াম্ব সত্যন পুনখরে।

ভীম— (অকনবগী অহোব খোঞ্জেল অদো মুংশিন খোরক্লি) অতে সত্য মশক খণ্ডদে, ঐগী সত্যদি নহাকনি নহাক্ল মায়খিব ভীম য়েংহুন লৈব ঙমলোই দুর্য্যোধন--। ( শাওহুন হোগৎলকই )

অর্জ্জুন— দাদ য়াইম অশাওব হুম্বিযু— ইচিল ইনাও ঐখোয় ধর্ম্মরাজগী য়াথং মখা পোল্লবনি। সত্য ঙাকপদ পাণ্ডব, য়াথং ঙাকপদ ধর্ম্মরাজগী মনাওশিং— জগৎত মিংচৎ লৈহৌসন্থু দাদ য়াইম— ( খাম্ব )

দুঃশাসন— অরেম্বদ মতম মাঙহল্লগহুশি— হৌজিক পাণ্ডব মীনাই ওইরে, মীনাইগী ফমফমদ ফমলো।

দুর্য্যোধন— চুমই চুমই— অত্থুগ দ্রৌপদীসু-ঙসিদগী কৌরবকী মিনাই মুপী ওইরগদবনি। কনা লৈ-প্রতিকামী! চৎলো দ্রৌপদী কৌক্ল— ( প্রতিকামী চৎখিব )

ভীম— ( হোন ) মসিমসু সত্যর—

অর্জ্জুন— নিয়ন্তীন শিনপ্রবনি—

ভীম— খাণ্ডব— খাণ্ডব ঙম্নয়োই অর্জ্জুন সত্যসু ঙাক্লয়োই, নিয়ন্তীন শিনবসু য়ায়রোই।

( শোর ফুইন ফুইন হোন্দুন লৈ )

প্রতিকামী— (থুন য়াংন চঙলকই কীন কীন লেপ্তুনা লৈ)।

দুর্য্যোধন— (শাওন) প্রতিকামী করিগী নথস্ত লাকলি। ঐন করি হায়—

প্রতিকামী— দেবীন হায়রকই ধর্ম্মরাজগী য়াথং নত্তন কনান কৌবসু চৎলোই— অতুগ ধর্ম্মরাজগী মনাই ওইব নত্তন কনাগীসু মনাই নত্তে হায়ন থুমলকই।

দুর্য্যোধন— মূর্খ! পাণ্ডব— চৎখ্রে। চৎলো, নথোয়গুম্ব পাণ্ডবন সভা অসিদ লৈব য়াদে চৎলো -। বিকর্ণ নও চৎলু— দ্রৌপদী কৌরকউ য়াদ্রে চিংহুন পুরকউ। চৎলো।

বিকর্ণ— মহারাজ— সনায়াথং অতু ঙাকচব ঙমজরোই। ননাইদ তাকপিরগনু।

দুর্য্যোধন— হৈঁ— চীম্বিব অঙাং থকসি খাসি নাইদব, করি! "য়াথং ঙাকচব ঙম্রোই হায়ব"— নিংথৌন হায়বসু থৌওইদব— লমহেনব—।

বিকর্ণ— অঙাং ওইরবসু ঐহাক সভা অসিগী মফুং চল্লবনি, অফ কত্ত হায়দোকপ ঙম্বগী শক্তিবু শিজন্নব ঙম-দ্রবদি মী ওইরুবগী কান্নব লৈদ্রে। মীনম্ব য়ান্নান থল্লব নরকী সভানি মক্ষম অদি।

শকুনি— আই আই— থোনা ফৎলমদব মা থোনা য়ান্ন কগৎলকলেন হুন্দক্তি।

দুর্য্যোধন— হৈ˘ পণ্ডিত নত্তন পণ্ডিত শাব চৌষ্বিব অঙাং, নপাঙ পাণ্ডবগ নচিন খিতুন থুম্ব শারি—, অমুক থুম্রক্রবদি দণ্ড ফংগনি থঙউ, কনানো নঙন কিরিবদো— নোংশামুক থৌরবস্থ পাণ্ডব অসে শারংদে লৈবগ চপ মান্নরবনি।

বিকর্ণ - অচুম্বগীদমক ওইরবদি অকনবগ মায়োক্লত্তন থরাই থাব ঙমগনি- অদু নত্তন অরানবগীদমকতি অপিকপ অঙাং অমদগীস্থ কীত্তন চেনগনি। তাবিয়ু মহারাজ, লঙ্কাগী রাবন করি থোকখি-মতমলৈরি পাপকী থবক থাদোকপিয় নত্রবদি কালন উমগদবগী ঙাইহুন লৈরবনি। ঐদি ঙসিদগী হোন পাপকী সজ্ঞা অসি থাদোক্লবনি— ( বিকর্ণ চৎখিব )

দুর্য্যোধন পাণ্ডদব মখৈ চৎথ্রশনু— রাইতুম শংলে ভীষ্মু কীবদগী থোনা ফন হেক ঙম্নত্রে—। চৎলু দুঃশাসন নাপল চাওরবী সতী শাবী অদু মফম অসিদ মশাম লাক্তুন চিংত্তন পুরকউ।

দুঃশাসন— য়াথংদ ঙাইদুন লৈজরিবনি— চৎচরে অজ্ঞা।
( চৎখি )

ভীম— অর্জ্জুন অমুকস্থ থাঙখোর কয়াকুইন মফম অসিদ থাঙহুন লৈখিনি অর্জ্জুন—।

নেপথ্যে :— [ মহুংদ দ্রৌপদী— 'ঐবু অমুকৃত কনবিয়ু, ঐবু অমুকত্ত কনবিয়ু” দুঃশাসন নতৈমবু সভা মমাঙদ পুশিনবিগনু ]

ভীম— [ল্মাউরিগৈ মন্নংদ] অর্জ্জুন— অর্জ্জুন !!

অর্জ্জুণ— ইয়াম্বগী য়াথংনি দাদ য়ায়ম—।

[তাঞ্জা অসিমক্তদ দ্রৌপদী মশম লাক্তূন দুঃশাসন্ন চিংশিল্লকপ অতুগ সভা ময়াইদ ইনথুব—।]

দুঃশাসন— খঙলব্র— ঙ্গুপী—।

দ্রৌপদী— [থরাই শোক্ল হাযরকই] মাঙলেদন তৌরিবসিদি। হিস— মাঙলে—[হিক্ল হিক্ল কপতুন] কদায়দ চৎথরে দিগ্বিজয় ঙম্লব দ্রৌপদীগী মবুঙো মঙাদো—। মীনাইগী কমকমদ যুদ্বীগী মতৌগুম তুমিন্ন থাঙতুন লৈরব— সভা অসিদ নিপা অমত্ত যাওদ্রবর— ইবুঙো, গুরুদ্রোণ তুমিন্ন লোইন লৈগ্রব [লাউন কপতুন] ইমা ইবেম্ম বসুন্ধরা ইমা— নচাবু লৌশিনবিরোনে ইমা, কবিগী মিচঙ মীথায় নাই- ন্নিবগে ইমা। মপুরোইব রামগী মমাঙদগী সীতা লৌশিনখিবগুম দ্রৌপদীবুসু লৌশনবিরো, গুণ লৈরব সভা অমন পাঙদ্রবী ঙ্গুপী অমবু কনব ঙমদ্রবকো করম্ব শাস্ত্রদ অসিগুম্ব বিধি অসিবু লৈবগে—? দ্রৌ-প দী-গী থরাই অসে পুব য়ারক্তরে— (ল্মাইবক্ত খুদুম্ন গুডুন হিক্ল হিক্ল কপই)

কৌরব ময়াম—হাঃ—হাঃ—হাঃ - কপশিল্লরে হাঃ—হাঃ—

দুর্য্যোধন— লাও দ্রৌপদী ঐগী ওইথংব ফেদ ফমলো লাও! হাঃ—হাঃ— (খুড-উৎপ)

[কর্ণ শকুনি, দুঃশাসন লোকপ]

ভীম— ( কৈগুম্ম ওংতুন ) দু-র্য্যো-ধন ! নঙ মৃত্যুবু লঙনরে য়োৎলিন পুনব শামুগুম ইম্মাম্বগী য়াথং থৌরিন পুনখিবন নখরাই অতু মিংকুপ অসিদ লৌথোকে হায়ববু য়াখিদরে ! তাউ মহাপাপী মতমন মতম পীরক্লবদ ঙসি সভামমাঙদ থওইদবগ লোইনন দ্রৌপদীদ উংখিব খুড্ড অদো ঐগী গদা অসিন য়ৈথেকতুন নঙ লৈম্নায় থক্ত ওলহনগে অতুগ নরাই-বক্ত খোংপাক্ল কাওগে থঙগনি । অতুগ অমুক লমচৎ নাইদব দুঃশাসন হায়ব হুই— নঙগী শাস্তিদি অতে তৌরোই— ভীমগী খুজিল তরা অসিন নথবাক্ অতুদ থুম্ন য়ৈশল্লগ শেগায়তুন হাংকে— হে সত্য ; সত্য কৌব লাইন সাক্ষী ওইগ্রশনু— !

দ্রৌপদী— অসিমস্ত তাবিয়ু মহাবীর—তমথীরব দুঃশাসম্ন শম পায়তু চিংখিব— শাগৈগী মোগী বেণী খোকখিব মতুগী প্রায়শ্চিংতি মাগী ঈ অতু ঐগী ইকোকথক্ত হৈথবিয়ু । মতম অতুদ অকনব নহাক্ল হৌজিক থোকখ্রিব ঐগী বেণী অসি পুনবিয়ু— মতু ঙমজ্রিম ফাওব ননাইগী শম অসি অমুক পুল্লরোইদবনি ।

ভীম— পঞ্চালি, ঙাইম্ন মতম খজিক্কং ঙাইয়ু- থরাই থাদোকপ কৌরব ভীমগী থৌনা পুম্নমক পাণ্ডবকী ধর্ম্মন পুনথরে— মত্তম লাকখিগনি । অমুকনু হম্ন-ভীম্ন রাশকলবান— দুমিং থা-থরানমিচাক—

গ্রহ-উপগ্রহ-অচৎ-চত্ত জীব পুম্নমক নখোয় লোয়ন থঙবিহো— কত্তুব কৌরবাশং অসি অমমম ওইন ভীমন হেক হাৎপ হমত্রব-হুমিৎ থান পাম্লিবমথৈ কুম্ভীপাক হায়ব নরক অছুদ মপোক তরেৎলক লূপতুন লৈপ্রশন্নু।

[ দুর্য্যোধন, কর্ণ দুঃশাসন, শকুনি হো-হুন নোকপ- ]

হাঃ—হাঃ—হাঃ—হাঃ—

কর্ণ— [ থৌওইদন ] হু য়াউত্রব লিনগী নাপল অসি য়েংউ— হাঃ-হাঃ-হাঃ

শকুনি— গুহাদ তারব নোংশান ঙংবত্নমঙাইরে—হঃ-হঃ- কৈদ ভীমগী থৌনা অসে—

ভীম— ( গদা পাইখৎতুন )— হৈঁ-লুথাক চাব মীনাই— উত্র গদা অসে—

অর্জ্জুন— [ থাম্ব ]— দাদ য়াইম--ঐথোম্নবু ধর্ম্মরাজগী সনমান অসি ঙাক্লরোইত্র—তপথবিয়ু—খুৎথোক্লব য়াবা মত্তম ৱাৎলি।

শকুনি— ( কীতুন ইস –! লমহৈঞ্জল্লকে-তৌইদ—।

কর্ণ— হুপী মমাঙদ পাম্বোম তিংব উ-ন শাব কৈদ কিক্লগন্নু- নে—। কদায় — দ্রৌপদী—! ঙসিদ লক্ষ্য ককপ হুমিৎ অতু নত্তে, সূত মচাশী ঙকশমদ লৈ হুকলোই হায়ব নাপল অতু নিঙশংত্রবর—কদায়দ চৎপ্রে —নঙগী থৌনা ফব অর্জ্জুন অদো—

অর্জ্জুন— ওঃ তোল্লব সূত মচা নহাক্কী নাপল অমুক তৌরব্বর ধর্ম্মগী নিংথৌ—পাণ্ডবগী যুধিষ্ঠিরগী ইজিং খজিক-তং ফংলম্ব খোক্লবদি—নঙ্‌ গুম্ব—লিশিং অম-মিৎন-কুপ্পদ লেহশনব ঙম্বনি খঙউ। ঙাইয়ু—নঙস্থু—ঙা-ই-য়ু—। কৌরবগী তেঙ্গোল ত্থুম হাৎলবগী তুংদ গুরুন তম্বীব বিদ্যা—অরোইব থাতুন অর্জ্জুনগী পৌরব তেম্ন নুঙক অতু—ককৃথৎতুন কোনা মহৈ থাদবগুম পৃথ্বী থক্ত থাদগে-খঙউ-ঙমত্রে—অর্জ্জুন মৈগী কুণ্ডদ চোংথতুন থন্নাই অসি থাগনি সত্যন-সাক্ষী ওইরসনু—।

কর্ণ— লোইরে—লোইরে—কৌরব মুখন হাৎলে। মমিদ থোংপাক্ল নেৎপ হায়বত্তনি নাপল মরাম অসি—।

(মরাম হৌত্তন নোকপ হাঃ-হাঃ-হাঃ)

দুর্য্যোধন— পাণ্ডবগী নাপল লোইরে—মথা—লৈতরে, দুঃশাসন—পোম্বাদ ম্যাঙলবা দ্রোপদীগী মফি মুল্লু—। মাম-গৈন ফিজেৎ ওইহল্লু—।

ভীষ্ম, দ্রোন—বিষ্ণু বিষ্ণু—(লু-লুকথতুন—থাঙখি)

দুঃশাসন— লাও দুপী-নপুরোইব-মঙাগুবন-তরুকগুন্দা করি চিংনর্কম লৈ—(চঙশিল্লকপ)

দ্রোপদী— করিনো অওইবমক্ল দুঃশাসন-দুপীগী সন্‌মান্দদি ঙাকউ-ইতৈমগী হবুঙো—।

দুঃশাসন— (চঙশিন্দুন ফি পারব)

দ্রৌপদী— ( ইকায়বগ লোয়নন পাখৎহুন ) কনা কনা লৈবগে ইকায়বসি অমুকত ঙাকপীয়ু—অমুক্ত কনবীয়ু।

দুঃশাসন— [ ফি পায়দুনা চিংব ] কান্নদে— দুপী-নঙগীগু নতিক চাব-দণ্ড অসি ফংউ।

দ্রৌপদী— কদায়-নোংশা মঙা অদু দুঙগী মুস্তিগুম্ন লৈখরব রাজ সভা অসি লমহাং ওইরব, হে-মধুসূদন কদায়দ লৈখরবগে তোল্লবীগী মবুঙো. নঙন রারব মতমদ কৌরকউ হায়খিবদাই-দ্রৌপদীগী অরাব অসিদগী হেম্ন লৈতরে ইবুংঙো হে-কৃষ্ণ দ্বারকা থাদোকহুন লেঙবিরকলো-ননাইন কৌগ তাবি-দ্রবর কৃষ্ণ— ( কপ্তুন কৌব )

[অঙকপ অকীবন মায়গৈ পুম্ব নিনথরে দুংথিলদ মম-শল্লকই অমুক নোংথাংগুম্ন ঙাম্মোরকই উপদ্রব মথল মথল তৌরকই। শ্রীকৃষ্ণন আকাশবাণীগী মশাক ওইন লাওরকই "রাগনু দেবী ঐ লৈরি রাগনু" শ্রীকৃষ্ণগী কৃপাদগী দ্রৌপদীগী মশাদগী ফি চিং-থোকপ লোইব নাইহনখিদে। ]

দুঃশাসন— ইস! ফি চিংথোকপগী লোইব নাইদ্রে—খুদাং অসি চোকথরে।

শ্রীকৃষ্ণ— ( সুদর্শন পায়দুন চোংথোরকপ মহাউৎপাত তৌব কৌরব " ইস্ ইস্ " হায়দুন লোইন রাম্বিখি )

সখী ঐ লৈরি রাগস্থু [ আশীষ মুদ্রা উৎলম্লগ খঙহৌদন মাঙখি ]

পাণ্ডব— জয় জনার্দ্দন ! জয় জনার্দ্দন ! য়াম্ম থুন মথং মথং লোইন থোকখিব ।

---

# বিশ্রাম

দ্বিতীয়াঙ্ক সমাপ্ত

---

## তৃতীয়াঙ্ক প্রথম দৃশ্য

# অঙ্গ দেশকী কোন্নুং

[ মতম :—ন্নুমিং য়ুংলমদাই, কর্ণ, পদ্মাদেবী, মচা নিপা বৃষকেতুগ ন্নান্নি শান্নি । ]

বৃষকেতু— পাবুং, কৃষ্ণ- হায়বহু কদাইদ লৈবগে, মহাক থৌজাল য়াম্ম লৈবর - ঐথোয়বু বিদ্যা তম্বীন্নিব গুরুন কৃষ্ণগী নাম শোল্লু হায়হ্নন ইতং-তম্নন হায়, অহ্নগ গুরুস্নু তম্নন মাগী মমিং অসি শোল্লি, মহু তারগ ঐস্নু শোল্লিংব অম পোক্-ই । মাগী মমিং অসি অমুক অমুক শোনবদ পুন্নিংদ হায়কম খঙদন অপেনব অম লাকই, করিগুম্বদস্নু হরি হায়নস্নু গুরুন শোল্লি । মাগী মমিংদি মশীং লাকঙমদে— হায় চুমব্র—পাবুং -

কর্ণ — চুমই ইচান হায়ব লোইন চুমই— । পদ্মা, য়েংউ বৃষকেতু'সি—অনিশুব প্রহ্লাদনি, মাগী হাকতক্তগী ঐথোয় নোংমদি - শ্রীহরিগী দর্শন ফংলগনি ।

পদ্মা— ইমাগী ইবুংঙো কেত্তু, নহাক্তি ঈশ্বরগী মফমদ অচেৎপ ভক্তি য়াম্ন লৈরমলেদ—নহাকী ন্নাঙাং থুদিংমক থূম্নব অমৃত ঙাক্ত ঙাইখরে । শোনগদবনি ইবুঙো

---

য়েংগদব :— অঙ্গদেশ হৌজিক ভাগলপুর হায়ন খঙনন্নি ।

মাগী মমিংসি তত্তুন; মাদনি— ঐখোয়্গন নিঙ্গদবয় ।

বৃষকেতু— অত্তুগ ইমা গুরুন অসিমস্ু হায়— মমা-মপাদি মিংন উব লাইনি, মখোয় অনিবু পূজা তৌ হায়বিরকই। মরম অত্তুন ইমা, পাবুং নখোয় অনি ঐন পূজা তৌব হোয়্গগনি, করি তৌরগ পেনবিগনি তাকপিরো পূজাগী মরম।

পদ্মা— (কোন্দুন) পূজা হায়ববু নঙন ঐখোয়্গবু লু ন নিঙলিব অসিন লোইরে—ইমাগী ইবুঙো—। পুন্সিব ওইয়ু, শ্রীহরিন থোজানবিব ওইসনু—।

বৃষকেতু— পাবুং শ্রীহরি উব ফংগত্র ঐবু—, মহাক কদায়দ লৈ? তাকপিয়ু পাবুং—।

কর্ণ— শ্রীহরিগী লৈফম মীওইবন থিব ফংলোই, মাদি মনিং তৌব লাইনি। অরাপ্প অনকপ মাঙোন্দদি চপ মান্নে— ভক্তন থিরবদি মহাক নক হেক্ত লৈরমই। অত্ত নত্তুন অতৈন থিরবদি চহি চা লিশিং কয়া কৌরবসু থিরবসু উব ফংলোই—।

বৃষকেতু— (হরাওন মমা মপা অনিগী মরক্ত লেপ্লগ) অত্থদি ঐ শায়ফমদ শ্রীহরি লৈত্র—য়েংউাথগে ইমা-পাবুং নখোয় অনি চংখোক্লমুকো।

(নোক্ল নোক্ল চেনাখব.—পদ্মা কর্ণ—হরাওন য়েংত্তুন লৈহোই )

কর্ণ— পদ্মা, নহাক নচা পোকচবগী মহৈ য়াম্লে, ঐগী

বৃষকেতু ঈশ্বরগী মকমদ প্রেম লৈব হৌরে—।
মহাক্ন মরম ওইদুনা ঐখোয়স্ন নোংমদি ভগবানগী খৌজান কংলব য়াই—। মচাশীদমক মমা-মপান মতিকচাব শিক্ষা পীনব হোৎনগনি, পুকচেল চাউব তঙ্গীগনি, অকব চীরম খুদিংদ লমজিংবিগদবনি। নহাক বৃষকেতুগী মতিক চাবী মমানি, ইচান মপুং কান্নবদ ঐখোয় শোয়দন সুঙাইগনি, মাস্ন মতিকচাব মী অম ওইহৌগনি হায়ন নিঙই।

পদ্মা— মছু পুন্নমক ঈশ্বরগী খৌজান্দগী শোয়দব ওইরসন্ন।

কর্ণ— পদ্মা, হৌজিক মধ্যাহ্নগী গঙ্গাস্নান মতম ওইরকলে, অদুগ সূর্য্য পূজাগী মতমস্ন লাকলে।

পদ্মা— পুন্নমক পাণ্ডখোক্নব হোৎনবীরো—সেবা লাঙজরগে।

কর্ণ— করে অদুদি—

পদ্মা— পাণ্ডব মচিল মনাও বন্দগী থুংলব তারবদি মখোয়গী সম্পত্তিশিং অদু অমুক কংলখিত্র ইবুঙো।

কর্ণ— হঃ-হঃ পদ্মা, পাণ্ডবকীদমক নহাকস্ন য়াবিরি। চুমই নঙন হংব মখোয় অদু অয়াম্ব মীন স্নুংশি বৃষ্ণগী মনাই ভক্ত ওাক্তনি। মখোয়দ লাল্লুরব মী পূঃ ক তুম মুৎলগদবনি; য়াশক চেৎপ পাণ্ডবন কৌরব তুম্ন হাৎলরগনি মতদ ঐস্ন য়াওখিনি।

পদ্মা— ( স্নুংশা খিন ) করি য়ানো-ইবুঙো য়াথং অদু পদ্মান হয়াওন তাজব ঙমলোই—।

কর্ণ— পংম্মা, ঐ তসে দুর্যোধনগী মঙমদ থরাই অসে য়োম্বোকখ্রবনি, মথোয়ন তৌব-পাপ পুন্য—ঐস্‌ কংমিন্নরগদবনি। থাজৌ পম্মা ভারতকী রাজ চক্রবর্ত্তী পাণ্ডবন মতম কুঈনগীদমক ওইহৌরগদবনি ; মথোয় লান্দব মী ঙাক্তনি লান্দব, ধর্ম্ম কায়দবন মতুংদ জয় ওইব হায়বসি লেঙদ্রবনি। ঙরে— হৌজিক মধ্যাহ্নগী পূজা চংনব তৌরগে— ।

(অতিথি ব্রাহ্মণ অহন অমগী মূর্ত্তিদ শ্রীকৃষ্ণ চঙলকপ)

ব্রাহ্মণ— ( খোঙ তপ্ন তপ্ন থাংত্তন চঙলক্লগ শদৌ খোংত্তন হায়রকই ) জয় ওইয়ু—অঙ্গগী নিংথৌ— ।

কর্ণ— ( ঙক্ল ) কনানো— ব্রাহ্মণ ! লেঙশনবিরকউ, লেঙশনবিরকউ, ভক্তি তৌজরি ( কর্ণ পম্মা পুন্ন খুরম্ন ) তাকপিয়ু ব্রাহ্মণ লেঙবিরকপগী মরম— ।

ব্রাহ্মণ— লা-স্বন ঐ লেপ্‌প ঙমদ্রে, খৌনাও অসি থরক্‌ থরক্‌ কংথরে—গর্ভ অসি মৈ হৌন চাকলে। হায়-নি-ঙাই লৈতন রারে মহারাজ, অরাম্ব কোকঙল্লো ! মিৎ অসি পাঙন পাঙন উরকত্রে, চঙজরুব মকম থুদিং থোং লোন্দুন লৈরমলে ব্রাহ্মণগী থরাই কল্লু—থিল্লে ।

কর্ণ— কর্ণগী লাইবক ফবনি, হায়বিয়ু ব্রাহ্মণ করি সেবা তৌজৌ হায়বগে— করি চানব বস্তু লাওজৌ হায়বগে তাকপিরো।

ব্রাহ্মণ— অদুদি শোয়দনা পীজরগত্র-- !

কর্ণ— অতিথিগী মশক ওইরব ব্রাহ্মণগী মফমদ থাকচব লৈতন দানগীদমক থৌরাং তৌদুনা লৈজব কর্ণনি চিংনবীগন্থু অপাম্ব করিনো তাকপিরো—।

ব্রাহ্মণ— হায় রাশকথো—

কর্ণ— ঐবু থাজবিদ্রি— ফরে অদুদি ঐ রাশক্লগে। তাবিয়ু ব্রাহ্মণ! গৃহস্থগী থোংজিন্দ লেপ্লরব অতিথিদি থাঙ্গেশংব নারায়ণগী মশকনি হায়ন শাস্ত্রন লাওরি অতিথিগী মশক লৌরব নারায়ণ নঙন সাক্ষী ওইরসন্থু অপাম্ব চানিঙব বস্তু অদু কৎচগে।

ব্রাহ্মণ— অদুদি ঐ মীশা থোংব চাগে।

কর্ণ— মীশা হাগে হায়ব !!

ব্রাহ্মান— হোই ঐ মতুত চাগে হায়দুনা মফম অসিদ লাক্লিবনি। মতম অমুক মাঙহল্লগন্থু থেংথরে— জীব পূম্নমক্কুগী মীন অথোইবনি— হাওবসু মীশান. পূম্নমক্কুগী হেল্লি— পীজগনি পীজরোই তাকপিরো মসি করিসু অরুব থবক নত্তে মহারাজগী মফমদদি। ঙমগদব লৈরবদি ঐ ঙাইখিগে ঙমদব থোক্লবসু করিসু অকায়ব লৈতে— মরমদি লাম্লব ব্রাহ্মণ অমন কর্ণগী থোংজিন্দ অতিথি ওইনা চঙজরুবদ পীজব ঙমদত্তন শিখিব তারবসু ঐগুনি, মহারাজন করিসু রাবিগদব নত্তে- চৎচরগে [ চৎকে তৌব ]

কর্ণ— ঙাইবিখো ব্রাহ্মণ মায় ওনশিনবিরকউ; কর্ণগী মফমদগী নিঙব কায়তুন হনবিখিগনু। হৌজিকত রাশকখিব'তু কাউবিরবর কর্ণগী হকচাংগী মত্তোং পুন্নমক লেম্বৎলগ ব্রাহ্মণগী মফমদ আহার ওইন কৎচরগে। কদায় পদ্মা থাংশাং পুরকউ।

ব্রাহ্মণ— নত্তে নত্তে, ঐন পামলিব মীশা অত্থ নত্তে।

কর্ণ— (স্বর কুইন হোন্দুন) অতুদি করম্ব মীশা অমুক লৈরি?

ব্রাহ্মণ— ঐন য়াম্ন চানিঙলিবদি চাওরাক্ল চহি নিপাললোমগী নৌরিব অঙাংগী মত্তোং অত্থু চাজগে, মহুস্থ নিংথৌগী মচা ওইগদবনি। থাঙ্গেশেংবদি, মজা ইবুঙো'ত্তনি।

কর্ণ— ঐগী অমত্ত ঙাইজরব বৃষকেতুবো!

ব্রাহ্মণ— (হন্নাওন নোক্তুন) মানি, মহুমক্তি ঐন চানিঙবমু, থৌরাং তৌবিরো মহারাজ।

পদ্মা— মাঙ্‌লে মাঙলে হায়নরিব রাকম অত্তদি মহারাজ! অতিথি ব্রাহ্মণ, ঐথোয়বু লঙনহুন অরাব অমুক পীবিরগনু পদ্মাগী থম্মোয় অসে কীবন নিকলে।

কর্ণ— পদ্মা ঙাইখো ইবেম্ম!

পদ্মা— ওইথোক্তব রানি, মহু অমুক তাকপিরগনু, অতিথি ব্রাহ্মন নথোঙ পায়তন হায়জরি।

অতোপ্প ক্লাথং অম তাকপিয়।

ব্রাহ্মণ— মতু য়াররোই মহারাণী, রাশকপ্রব নপুরোইববু নহাক্ক নরক্ক অমুক থাদগদৌরিব্র ?

পদ্মা— (শাওন) অত্থদি নহাক হিংচাবনি, হিংচাবন ওনূব ব্রাহ্মণনি (কপ্প) ঐবু করম্ন থাঙলসিগে হে ভগবান ! দ্বারিকাগী মবুঙো কৃষ্ণ, রারব মতমদ নহাক্ক কনবি হায়বদাই, দ্রৌপদীগী ইকায়ব ঙাকপিখিবগুম পদ্মাগী মচাগী থরাইবুস্থ কনবিররো ইবুঙো। ( হিক্ক হিক্ক কপ্প )

কর্ণ— (চীং লেম্ন) পদ্মা, করিগী কপ্‌লি, কর্ণগী মহারাণীন কপ্প হৌনদে কপ্‌কনু পদ্মা। ঐ পরশুরামগী শিষ্যনি, মায়া চঙব গুমত্রব বিদ্যা থঙদব নত্তে, ঐ মতু শিজিন্নরোই ; ঐন রাশকখিব অম লৈ— নোংম লুমিদাংরাইরমদ আশ্রমদ য়োকপ ষণ্ডাও মচা অম শক্তি ওইরবোই নিঙত্থন কর্ণন তেম্ন থাত্থন হাৎখরে— মতুগী প্রায়শ্চিৎ দান্দ কর্ণন থাকচব লৈতন হেক নিরব খুদিংমক কৎকনি হায়ত্থন রাশকপ্রবনি। ঐ অমুক হোংব তৌররোই পদ্মা।

ব্রাহ্মণ— (হরাওন) হঃ হঃ ধন্যনি মহারাজ, ধন্যনি। ঐবু কুইন অরাব থাঙহল্লনু। রারবসু রান মপান্দ বিশ্রাম ঙাইহাক তৌরুখিগে।

কর্ণ— অদুদি ঙাইহাক বিশ্রাম তৌবিরু।

ব্রাহ্মণ— মহারাজ পদ্মহল্লগনু লা-ম্বন শিগদোরে।

( শদো থোংহুন মপান্দ তপ্প তপ্প থোকখি )

পদ্মা— [ কপ্প কপ্প ] ঐগী ইচা অদু শান্নব চৎখিবদগী হল-লক্ত্রবদি নুঙাইপ্রগনিদ হে ভগবন্! কম্নিনো তৌরি-বসিবো তাইবংপান্দ ওইথোক্ত্রব উপদ্রব— মফম অসিদ তৌরিব— ঐবু নৈফম থঙ্ত্রেনে।

[ তাঙ্গা'সিমক্তদ ব্রাহ্মণন থোকখিব মায়গেগী ওয়-তৈনবদগী বৃষকেতু চেনশিল্লকপ ]

বৃষকেতু— করিগীনো ইমা নঙ্ন কপলিবসিবো কপকনু ইমা নঙ্ন কপ্প তারহুন ঐ শান্নক্ষমদগী চেম্লক্লবনি; করি তৌরে হায়ু ইমা সে - হায়রো ইমা- করিগীনো পাবুংমু লু-লূকথহুন তুামন্ন নৌরব— । হায়রো— ইমা— করম্ব নিঙব কায়ব নৈরগে— নথোয়গী অরাব কোক্লব করম্ব থবক্লো হায়াবয়ু বৃষকেতু নোক্ল নোক্ল থরাই থাব ঙমগনি ইমা।

পদ্মা— [ কপ্প কপ্প ] কোরে:, তত্তন কোরো, ইমা ইমা হায়ব নুংশিরব খোঞ্জেল অহুন নমাগী থম্মোয় অসে পেলহল্লো. নোম্বব নচিনবান্দগী থোরক্লব ইমা; হায়ব খোঞ্জেন অদো প্রতিধ্বনিন পুহুন জগৎ পুম্ব নিনপ্রশনু, তিমপ্রসনু— সমক্রগী ইরাওখোলগ,— শকমিমপ্রসনু সংগীতকী মুর্ছানাগ লোইনন। ( ঙাওরক্ত্রন ) নক্রগ

চেনখরো পৃখিবী রাংগদ মক্তম কদায়দনো চেনখয়ো ইমাগী ইবুঙো।

[ মচাবু কোন্দুন থম্ব অমুক ইম্বোকপ অমুক কোনব ]

[ নেপথ্যে, ব্রাহ্মণ হায়রো মহারাজ কর্ণ্যা কুইন ঙাইখিগদগে ? ]

কর্ণ— দেব— মতম খজিক্তুংগ ঙাইবিখো— !

বৃষকেতু— করিনো কনাগী খোঞ্জেলনো তাকপীয়ু পাবুং—

কর্ণ— ইপাগী অমত্ত ঙাইরব মনি, নহাকপু ইপান ব্রাহ্মণ অতিথি অমগী মক্তমদ অরাম্ব কোক্লব ইচাগী নৌরব নশা অদো কৎকে হায়হুন রাশকথোকখরে।

বৃষকেতু— অহুগী ওইরে ইমা পাবুং অনিন অহুক য়াম্ন রান থল্লিব— মহুদি করিসু লৈতবনি। অহুক লাইব-অক্তব থবক অহুগীদমক কপ্তুন থাঙ্লিব— নোকপিয়ু ইমা - নোকপিয়ু— পাবুং ঐসু নোক্ন নোক্ন লৈজগে করিনো পাংথোক্কদব থৌরাং— ঐবু বলি তৌ-বিরো— রাহুন মুক্নম মুক্নম শোনগদবগী শরুক হরাওন কৃষ্ণগী নাম লাওন শোনবিয়ু ঐসু ইবুঙো মাগী নাম শোজগে। ( বৃষকেতু লৈব )

মপান্দ ঙাংন ঙাংন

[ ঙাইব ওমত্রহুন ব্রাহ্মণ চঙ্লকলে ]

ব্রাহ্মণ— মহারাজ কর্ণ লাম্নব ব্রাহ্মণবু থওইত্রব মতম রাশকপ হায়রবদো হৌজিকমক ইমাঙদ বলি তৌয়ো অঙাং অসিম ? ওহোৱ নিংথিজগ্রে থিল্লগনু।

বৃষকেতু— ব্রাহ্মণ নহাক্ন মীশা চাগে হায়দুনা নিব অতিথি অদো—। য়াম্ন ফরে— মিকুপ্ মুক্তং ঙাইবিয়ো। লাকপিয়ো পাবুং নচাবু বলি তৌবিয়ো।

ব্রাহ্মণ— নপাবুংতন পাঙথোক্কদব নত্তে, নমা-নপা অনিন— ইমাংমকসিদ পাংথোক্কনবনি, মথোয় অনিগী মমিংত-গী পি-লিক্লা'মত্তং তারব'ম ঐ চারোই—কুইহল্লগনু।

পদ্মা— অতিথি ঐবু হায়ম বলি তৌবিথো— অতুগী মতুংদ... [কপ্ন কপ্ন] ইমাগী ইবুঙো—বৃ-ষ-কে-তু! (কোন্‌ব)

ব্রাহ্মণ— মত য়াররোই দেরী—নপুরোইবগী রাশক কায়হল্লম্নু।

পদ্মা— (কর্ণদ) ইবুঙো—নঙ্গী— পদ্মাবু—নয়াথং অতুগী মথা ......।

কর্ণ— (থোনাগ লোইনব য়াথংন) রাণী—! কর্ণগী রাশক্ কায়ববুদি শিকন হেন্ন লায়— কনা লৈ খুৎলাক্লি পীরো—

মনাই অমন—(করাত্তি হোরাই পুথোকত্তুন কর্ণগী নাক্ত থমই, কীনকীন হন্দোকখি)

বৃষকেতু— (খুংলোয়হুন) ইমা, পাবুং নথোয় অনিগী লুংশিরব মূরতি নচাগী থম্মোয়দ ঙান্দুন লৈরি। অদুগ গুরুন তাকপিব কৃষ্ণগী নাম অত্তসু তত্তন নিঙশিংলি ঐ অরাব করিমত্তু পোক্তে অকোয়নু করিমত্তু লৈতে, ব্রাহ্মণগী পেম্নব হোংনবিয়ো। (মতম অসিদ অঙকপ ধ্বনিন নিল্লকুই,)

ইশৈ—

হে গোকুলগী কৃষ্ণ — !
সখাশিংগী মবুংঙো —
কৌজরি ননাইন — !
লাম্লব অতিথিগী
পূজাগী থৌরাংসে
য়াওবিয়ুনে কৃষ্ণ !

( বৃষকেতুগী ইশৈগ লোয়নন ভাওরগুম্ন লাউরকই কর্ণ )

কর্ণ— জয় অতিথি নারায়ণ !
পায়য়ু—পদ্মা—( হোরায় নাকল'ম পায়হনব )

পদ্মা— না-রা-য়-ণ ! নারায়ণ ! (বৃষকেতুগী মকোক্ লেনবহৌব)
অঙকপ-ধ্বনি, অঙকপ মঙাল খঙ্হৌদন তৌরকই ।

ব্রাহ্মণ— ধন্য ধন্য দাতা কর্ণ— !
ধন্য—পদ্মা সতি !

( অতিথি ব্রাহ্মণ মাঙখিব )

কর্ণ পদ্মা অঙকপগ লোইননা য়েংই

( নেপথ্যদগী লাওরকই " দান বীর কর্ণ — পদ্মা সতি !
ভক্ত বীর বৃষকেতু— । নখোয়গী বন্দী ওইরে
ঐহাক, জগৎন ভমদ্রব পরীক্ষা নখোয়ন ওম্লে ।"

বৃষকেতু— য়েংবিয়ু পাবুং য়েংবিয়ু ইমা ! আদ- লেপ্লিব'স
কনানো কযাদ ঈংন নৌন ফজরিব—( বৃষকেতু
চেপ্পোকখিব )

কর্ণ—পদ্মা— কদায়দ চৎখরে অতিথি ব্রাহ্মণ—।

বৃষকেতু— ( কৃষ্ণগী মথুৎপায়রগ চিংহুন পুশল্লকপ )
ইমা, পাবুং মসির কৃষ্ণ হায়বদো বৃষকেতুগী থম্মোয় অসি মান শুমহৎখরে। মাবু কাহুন থম্বীয় ইমা।
( কর্ণ—পদ্মা পুন্ন-খুৎলোমহুন ভক্তি কৎলি )

কর্ণ— মপোক থিরব কর্ণগী চঙজকম
নখোঙ থম্বালদ ওইহনবিয়ু।
দেহগ প্রাণগ থাদোক্নরমদাই মতমদ
নঙগী ত্রিভঙ্গ-মুরতি অদো
মিৎনকুপ্প-মুক্তদি দর্শন
পীনবিয়ু কো
হে কৃষ্ণ! ✓
কপ্প কপ্প শ্রীকৃষ্ণগী চরন্দ দণ্ডবৎ তৌখি।

পদ্মা— ( কপ্তুনা ) হে রাসেশ্বরীগী মবুঙো!
ব্রজগোপীগী থম্মোয় হুরানব
পদ্মাগী চঙজকমদি পীনররোইদ্রা ?

বৃষকেতু— না-রা-য়-ণ না রা-য়-ণ।

শ্রীকৃষ্ণ— কর্ণ! কৃষ্ণ ঐদি নখোয় অহুমগী বন্দী ওইরবনি, নখোয়ন ঐবুহুম থাদোকপিগনু। অওইবমক ঐ য়াম্ন লামলে, অরৈব করিনে। ঐবু পীজরো :
( শ্রীকৃষ্ণ মোমোন নোক্তুনা আশীষ মুদ্রা উৎপ )

**পুন্নমক চঙখিব।**

## তৃতীয়াঙ্ক দ্বিতীয় দৃশ্য

# হস্তিনাগী কোন্নুং অচম্ব কা অম।

অহানবদ শকুনি মতোমত লৈরমই।

শকুনি — (হন্ম কোইয়েং য়েংলগ) পাণ্ডুর মন্দগী শোয়দন হল্লক্লগনি মতুদ শকুনিন নিঙজব— "লোইশনব" হায়ব থবক অত্থু লোইশল্লব হৌগৎলগনি। ঐসু ঐন ওম্ব লৌশিং, থবক, শক্তি, হায়জব, হায়জনব, থেম্ব অসিত্তন থুৎলাই ওইত্থুন হোৎনগনি! নিয়তি! তাবিয়ু ইমা! ঐগী ইপাহবুণোন লাওরকলিবসে, চাদবন কংত্থুন শিথরব ইচিল ইনাও মরিক্তু তরামাপলন লাম্লত্থুন মথোয়গী মথরাইশিং অসিন তত্তুন লাওরি-ব সে — শকুনিদন তারি, নিয়তি কোবী ইমা নহাক অম তারমগনি— পাও তম্বীরু মথোয়দ, লমন থুম্বগী যজ্ঞ হৌগৎচরে হারন।

[দুর্য্যোধন কর্ণ রারি শাত্থুন চঙলকপ।]

দুর্য্যোধন — মরুপ, হৌজিক তৌগদব থবক হায়ববু লালগী থৌরাংদনি। এঃ মামন হান্ন লৈবিরমল্ল-কল্লি অফব রাথল তৌবিরমলিবগে। মাম নত্তুন ঐথোয়গী কমা'মত্ত লৈতে।

(রা ঙাঙ্‌ন ঙাঙ্‌ন তাঙ্‌বলদ কমই কর্ণসু কমই)

শকুনি — মাম্ন থরাই রাম্ন ফুঙাইত্তন লৈরমলি অত্থুগ অঙাঙ-বগুম ইতোমদসু মুক্ত-মুক্তমসু শোলল্লিবনি।

দুর্য্যোধন— হোইনে-করিনো "লমন খুম্বগী যজ্ঞ হৌগৎচরে" হায়রিবিখিবগুম্ব অমস্থ হায়ফেং তাক্সখি……অঃ—

শকুনি— অত্থনি অত্থনি- মামন হেক হায়খিব রাকমমকনি। মামগী থরাই অসি চাক্তুন লৈরিবনি— চৌবর শাম্নব মতমদ ইন্দ্রাক ইবুঙোগী দাউন লোকচব পাণ্ডবকী সম্পত্তি পুম্নমক অত্থবু ঐগী যাত্থ বিদ্যাননি হায়ত্থন পাণ্ডবন থিন চৈখিব, বিদুর বৈষ্ণবন শাওখিব পুম্নমকত্থু খল্লুবদ মামগী থরাই অসি চাক্তুন লৈরিবনি।

পাণ্ডবকী যুধিষ্ঠির চোবর য়াম্ন হৈ হায়রতন নাপল য়াম্ন তোবনি মহাক্ন হৈরিবত্থদি "রং" হায়ব মথায় অত্থনি। হন্দকী ঐথোয়ন হেক থোইখিবত্থন "ত্রিবার" দ থোইবনি— অত্থন ঐথোয়না হেক তৌরিব থবক পুম্নমক মায়পাক্কনি হায়ন খন্দুন মামন য়াম্ন থাজ্ঞন আশা তৌখিবনি। হৌজিক ঐথোয়গী থুত্ত লোইন লৈরে। অত্থগ চৈখিব অত্থগী খল্লুবদ হুঙাইতহন ঐ'থন্ত "লমন খুম্বগী যজ্ঞ 'হৌগৎচরে"। হায়রত্থন 'লাওজ্ঞরিব—।

দুর্য্যোধন— হাঃ—হাঃ—হুংশিদ মাম—মামগী পুকচেল অসিদি করি অমুক হায়গনি………।

কর্ণ— অত্থন মামবু স্থ-বুদ্ধি মন্ত্রী হায়রিবসিনি।

(মরাম নোকপ)

শকুনি— অতৈ লায়রি হৌজিক হায়নখিব মতম স্থয়ে— পাণ্ডব শোয়দন লাক্লগনি করমতৌব, ইক্সাকইবুঙো মখোয়গী লম পীবিরনিদন—…… ।

দুর্য্যোধন— কদাম্নদনো মখোয়ন লৈগদব, কনাগীদনো চণ্ডলকদব, পুম্নমক ঐগীলম লোইন ওইরবনি। লৈকম পীবদি হায়রুগগু য়েত্তুম মতোন্দ পকপ লৈবাক মরিক'ম কাওব পাণ্ডবত পীরোই মাম ।

কর্ণ— অহবু মহারাজ—

দুর্য্যোধন— মরূপ,— ঐগীদি অত-তায়ীনি ধর্ম্মাধর্ম্ম ঐঙোন্দ করিস্নু লৈতে— পাণ্ডবপু হুই-লমহুই তানবগুম তাম্বোক্কদবনি। (শ্বর ফুইন হোন্দুন-অতৈন তুমিন্ন লৈব) পাণ্ডবকী মীচং বিদুর হৌজিক তাম্বোকখরে—, চাক্ল ঐগী চারগ রান মীগী ডাণ্ডব— মান মীচং চঙ্লিব মায়গৈ পাণ্ডবকীদ লৈরুরসগু হায়ছুন তানথ্রিবনি, মসি পাপ করিস্নু নত্তে। রাজ-নীতিনি ঐন তৌরিবসি। য়েক্লববু খুদোংচাব পীব— য়োক্তুন থম্ব হায়বসি রাজনীতিন য়াত্রব থবক্নি।

(খুদক অসিদ দ্রোনাচার্য্য চণ্ডলকপ)

দ্রোণ— দুর্য্যোধন, মসিমদি নিঙ্শঙ্উ— মখোয়গী সহায় শ্রীকৃষ্ণন ওইরি।

দুর্য্যোধন— [কমকমদগী হৌগৎলি তানিংদবগী মওংদ মায় চেপতক্ল লৈথোক্তুন লৈ]

শকুনি— আঃ ওম্হোকপ ৱাবু গুরুন তাকপিরে।

দুর্য্যোধন— অচার্য্যন তাকপিন্নিব অত্তুদ দুর্য্যোধন্না কিগদব নত্তে। কনান কৃষ্ণ লাইনি হেক হায়জিল্লে। মীবু লাইৱনে মসি লান্না থাজব হায়বত্তুনি। মহাক গোপ মচানি দুর্য্যোধন্না থাজব করি'মত্তু লৈতে।

শকুনি— গুরুখোয়ন পাণ্ডবতবু 'নিঙবগুম তৌই। কৌরবপুন কয়া থোশাবিদে, ফরফত্তু,বস্থু হৌজিকমক্তীদি চাক তিন্নব হায়বত্ত ওইরিবনি। থম্মোয়গী মীচঙন পাণ্ডবত, পাঙ্গলগী মীচংন কৌ'বত মসি ঐখোয় ঙক্তব ঙমদে।

দ্রোন— কৌরব-পাণ্ডব- মিং অনিগী মতৌগুম্বনি। অমন অমদগী হেনব নত্তে. চুমই-ঐ অসি চাক্তী মীনাই হাযব'ত্তুনি। মুন্ন খন্দুন যেংউ-শকুনি, পাণ্ডবন লাল্লি-বসি কদায়দনো —? মাথৈগে অনিমক্ত ৱাখলগী মিংয়েংন অমুক্তং য়েংলবদি ইলায় লায়ন উব ফংগনি।

দুর্য্যোধন— গুরুগী ৱাখল, মিংযেং, অচান মিন্নাই নাইব নাইদব ঐন ওইহন্নিংব নওংদ ওইহনব যাব নত্তে হায়ব ইশান থঙজে। পাণ্ডবক দুর্য্যোধনগ চান্নৱকপ হুংশিনন্নকপ হায়বত্তুদি মপোক অসিমগী ওইররোই।

দ্রোন— (খরদং শাওন) পাণ্ডবত হিংসা তৌন্নবদি হস্তিনা অমুক্তং কান্নব হায়বত্তুদি শোয়দ্রবনি। ভীষ্ম, দ্রোন, কর্ণ লোয়ন উফুল থোক্ত নৈথাই-র-রগদবনি। নহাক্তী নাপল হুংশাদ লেন্ন তুমখিবগুম তুম্নরগদবনি।

দুর্য্যোধন— ( দুংঙাইতব কোংদোকপ ) গুরুবু মতম অঙুক কৃইব দুর্য্যোধন্ন থাকতুনা সেবা তৌজরমলিব অসিদি পাণ্ডবকী ফননব তৌবিয়ু হায়বগুম্ন গুরুগী রাখলদ পুবিরমলেদন।

[ কর্ণগ লোয়নন ষাম্না থুন চঙখি ]

শকুনি— [ ফম্নপ য়েংলগ ] তাবিরেদন গুরু, দুর্য্যোধনগী রা'সি অরানব অমত্তু য়াউদে বিচার মুন্ন তৌবিহো।

[ চঙখিব ]

দ্রোন— কৃষ্ণ কৃষ্ণ - চাক্কীদমক মীনাই ওইব— চাব পাওথংনহুন ওাঙব-মীখা পোনব হং-হং-চুমহ দ্রোনগীদমক্তুদি চুমই, দ্রোনাচার্য্য ব্রাহ্মণ নত্রে- শূদ্রদগীসু হেন্ন তোল্লব মীনি, ব্রাহ্মণগী ধর্ম্ম হোম যজ্ঞ পূজা ঐঙোন্দ কদায়-- হু ম্নাওদ্রব লিনগ চপ মান্নরবনি। অঙাঙব মমিৎন য়েংহুন করেম্নব রাহৈগী তাশোম্ন থম্মোয়্নদ থিনগাইরম্ব অহুদ ঐন তুমিন্নলৈহোরব; উম- লৈগদবনি-- মীনাইগী হৌনব তুমিন্ন লৈগদব'ন। ব্রাহ্মণগী গুণ ঐন মাঙ-হনরথে। মীনাই ওইবগী মহৈন দ্রোনগী থৌনা পূম্নমক লোয়ন বন্দা ওইখরে দুর্য্যোধন! দ্রোনা-চার্য্য নঙন থাকপনি, নঙগী লমন তোল্লি। ঐ নহাক্কীদমক থরাই থাগনি, নরক্তসু তাগনি। নরায়ণ প্রভো, পাপকী থবক্ত লুপতুন লৈরব তোল্লব দ্রোনবু পাপকী মতিক লাক্লবিয়ু, নরক্তসু থম্বীয়ু।

নিজগণব হায়ববু নহাক্কী নাম অত্থুত লৈয়েং অসিদ তত্তুন শোনব ঙমহনবিয়ু।

## অশ্বথামা চঙকপ

অশ্বথামা— থাঙব ঙম.দরে ইপাইবুডো,
বজ্রগ মান্নবব দুর্য্যোধনগী রাঙাংসে।
সূত মচা কর্ণগ লোযনন নোক্লব —
অসিগুম্ব পাপকী মক্ষম'স থাদোকপিরো।
পুক্সি'সি মমল য়াউদরে—
পূক্লিংদ কপতুন লৈপদব মতম নংত্রে।
দুর্য্যোধনগী রাখলসি হেনমল্লি
ঐখোয় লেম্ন চাব নত্তে থঙত্রি।
মংখায়বু কনাগী মপান্দগী
লালগী বিদ্যা অসি হৈত্রিবনো?
মমল লৌতুন তম্বীবস্থু নত্তেন
ভীস্মন হায়জতুন লৈথিব নত্ত্র—।
মীওইব হায়বাস মঙ্গুং লেল্লগ
শেম্বীব মবুঙোবু থওইরক্তে।
কয়াদ চাংথোক্ল হায়রমলিব
মহাপাপী দুর্য্যোধন—!
নঙন হৈরিব বিদ্যা অহুদি
অশ্বথামাগী শরুক তজ্ঞাহ য়েত্রি।
নাপলদি শোরারেনগুমলে

নথোনান মীগী মপাল তাংলি।
লেঙ্‌লসি ইপা ইবুঙো —
ঙসিদগী মকম'সি থাদোক্লসি।

দ্রোন— তপথখো অশ্বথামা —
ইপান হায়ব ইল্লু ইবুঙো।
ইপা শিগদব কুইত্রবনিনহৈ—
হৌজিক বিশ্বাস ঘাটক তৌব হৌনদ্রে।
রাশক কায়বগী পাপ য়াম্ন চাওই
ঐখোয় দুর্য্যোধনগীদমক লেপত্রবনি।
তারমদাইগী নুমিৎকী মতৌগুম
পুন্সিগী লোইরমদাই য়োৗরবনি।
রাশক ঙাকপদ দশরথ শিথি
সুংশিরবস্নু য়াম্নু থাম্ব ঙমখিদে।
হায়খিব রা অমুক হোংলম্লোই
কৌরবকাদমক পুন্সি'সি পীত্রবনি।
সুংশিবগী তুংনফম পাণ্ডবনি
ধর্ম্মগী তুংনফমস্নু মখোয়নি।
মখোয়তন মঙ্গল ওইগনি।
মখোয়তন ভারতকী সম্রাট ··· ওইগনি।

অশ্বথামা— ধর্ম্ম লৈব মফমদ কৃষ্ণস্নু লৈ
কৃষ্ণ লৈব মফমদ জয়স্নু লৈ।
অশেংবমক পাণ্ডব লান্দবনি
প্রজান মীচংনি, ধর্ম্মন সাক্ষীনি।

কল্লব ধর্ম্মগী পরীক্ষা ওমলে
থাওব ওম্বগী ওমথৈ থেংলে।
মথোয়ন হল্লকপগ লোয়নন
য়াউরক্লগনি মিংচৎসু লোয়নন।
মরক মন্নাদ শিগদব নত্তে
মথোয়গী বিদ্যা অরাংপ লৈতে।

দ্রোন— হৌজিক রা মকালান্নগনু
মতম চাদ্রে অশ্বথামা।
শ্রীকৃষ্ণন শান্নব লীলা
ঐখোয়ন খওব ওমদে।

অশ্বথামা— পাণ্ডব শোয়দন থুংলরগদ্রা ?

দ্রোন— মথোয় শোয়দন লাক্লগনি
নহাকসু উখরেদন বিরাট্র।
পাণ্ডব নত্তন কনান ওমগনি
মতম পুন্নমক্ত মথোয়তন মঙ্গল ওইগনি।
[ চওখিব ]

অশ্বথামা— [ থুরমহৌব ]
পুঞ্জিগী অরোইব পুণ্ডফম য়োন্নক্লবনি
কনাদশু লাঞ্জদ্রব ইপা ইবুংঙোনি।
অনংব কৌবী লাইরেম্বীগী খয়াত্ত তাক্লন
মতম শাংন অন্নাবতগ শাগোন্নরক্লবনি।
পীক্ল ইমা কায়নরক্লব ঐবু য়োকচবদ

পূন্সি কোজাই মঙশ্রব ইপা ইবুংঙো,
ঐন ইমাগী অমৃত থকে হায়ডুন
অঙাংগী হৌনব নিঙাই তৌরবদ
চেংছিন শঙ্গোম শাতুন পীথকখি হায়,
চাওরক্লব ঐন নহাক্কী লমন্দি কদায়।
মচান মপা মমাগী লমন তোন্দুন
শিখিব ঙাক্তুনি তাইবংপাল'সিদ
কৃষ্ণ! অঙকপনি নঙগী লীলা,
য়াউজ্জরি ঐখোয়স্থু নঙগ লোইনন।
করম্ব মতমদ মীনাইদগী থাদোকপিগনি।
প্রভো নঙদি খঙলিগনি।

অশ্বথামা চঙখিব।

---

## তৃতীয়াঙ্ক তৃতীয়দৃশ্য
## বিদুরগী আশ্রম

[ বিদুর কুন্তী য়ারি শারি ]

বিদুর— ইমা, নচাশিংগী অৱাব কোক্লগনি; শ্রীকৃষ্ণগী কৃপাদগী মখোয়স্পু হল্লক্লগনি। বিরাটকী সভাদ মখোয় লোই-নমক ফোংদোকতুন প্রজা পুন্নমক্ত থগুহনথ্রে হায়ন তারে। বিরাট নিংথৌগী মচা উত্তর যুবরাজগী মত্তেঙ নচা অর্জ্জুনন পীতুন কৌরবক লোইনন অকনব লাল অম থেংনখ্রবনি। বিরাট নিংথৌগী যগ খোম্বদ কৌরব মায়থিব ফংতুন লাক্লবনি। ধর্ম্ম য়াওদ্রব দুর্য্যোধন হায়র্বসে দোষকী মশক ওইরব থবক্ত মাগী মথৌ ওইরি। কাল হায়ব লাই অদু মখোয়গী মায়গৈদ চণ্ডখ্রবনি।

কুন্তী— দুর্য্যোধনন ঐগী চানব চেং হরাই থর থরদং পীরম্ব অদুস্ত্র পীবিথিদ্রে, ঐন চরা হেল্লগ মখোয়গী অপেনব হায়বদু ওইখ্রনালে। ঐদি করিগুম্ব মতমদস্পু মখোয়গী মফমদ অশাওব দুংঙাইতব থজিক্ত ফাওব তৌজদে। মতম লৈব থিবিক্ত শাগৈ মশেল য়েক্লব লৈতন লৈমিন্নব মাগী মাগী শরুক্ত হেজিন্নদব অদুক্ত ঐন পামই। ঐগী ইচাশিংদস্পু মতম থর য়াউ হায়দুন মখোয়গী মরাইবক্ত তমথিফননি। হায়রগ

মশৈশাগী মতৌগুন্ন গ্রাম মঙা অত্তুতং ফংজরগ ঈংন লৈজব অত্তত হন্নিদ নিজরি। অহেনবসু পাম-জদে ইতৈমদি, অত্তবু শ্রীকৃষ্ণন কন্নি তমলিগব—।

**বিদুর** — রাবিগনু ইমা, নাম শোন্দুন ভাইহাক পোথাবিন্নমউ। ননাও মাধুকুরী ভাইহাক চৎচন্নগে। অফংব বস্ত্র খরদং পুরক্লগ হরিগী সেবা তৌনব [ চৎখিব ]

**কুন্তী**— চৎলু ইবুংঙো ( মুন্ন য়েংতুন লৈহৌব ) অঙকপনি-দকো ভগবন নঙগী লীলা'সে— বিদুর, নিংথৌগী মনাওান, কয়াদ তোন্ন লৈরিব ভিক্ষা তৌতুন হিংাল; ঐবুসু থাকপিরি। কুন্তীসু নিংথৌগী মচা-নুপীনি, নিংথোগী রাণীনি, নিংথৌগীসু মমানি অত্তুগ লৈকন্ন থাংপোক্ত, চাবন ভিক্ষা তৌতুন চাব, রাখলন অন্নাব, কপ্পন পোত্থাব ……।

ঐ কৃষ্ণগী মনেনি, কৃষ্ণগী মপা মমা বসুদেব দেবকী কৈশুমশংদ লৈন্নমই, কৃষ্ণগী মপা মমা নন্দ যশোদা কপতুন বৃন্দাবন্দ লৈরি—অশুম তৌন নঙগী মরি মত্তাশিং অসি রাহল্লগদ পেনবরনে হে কৃষ্ণ! নঙন শুভাইগদব লৈরবদি অসিদগী হেনব কন্নি লৈন্নি হাপচিনবিরকখো ইবুংঙো।

[ খুদক অসিদ শ্রীকৃষ্ণ নোকমি নোকমি তৌতুন লেঙশল্লকই ]।

**শ্রীকৃষ্ণ**— ইনেবেম্ম মঙ্গল ওইরিদন?

কুন্তী— ইবুঙো যত্নপতি করি অমুক হায়গনি, নঙগী নাম শোন্দুন অরাব থাঙলি কুন্তীন।

শ্রীকৃষ্ণ— করি রারদন— ( মোমোন নোকই )

কুন্তী— কুন্তীগী অহৌব পুন্সিদগী ঙসিগী পুন্সি অসি ফাওব'সিবু মুঙাইরিব্র- ? কুন্তীগী অরাব, ইমৌ-দ্রৌপদগী অরাব নিঙশঙবিরিব্র মাধব অহুগ নহাক্ল লুন তৌবিরব ইচা মঙা অতুন কদায়দ থম্বীরি, হায়বিয়ু কৃষ্ণ !

শ্রীকৃষ্ণ— মীওইন পোক্লবদি অরা মুঙাই থর থর ফংব তাই, হেন্ন রাব, হেন্ন মুঙাইব হান্নব'ম লৈরিবসিমু-মী মী অহুন তৌজরকপ থবক্তী মহৈন ফংজবনি। হৌজিক পাণ্ডবকা অরাব লোইখরে। চহি তরাহুমদোই হেনখরে, বিরাট লৈবাক্ত ফোঙখরে, হৌজিকমক থুংলরগনি। য়েংউ ইমা দাদ মহারাজন মাঙথাহুন নচাশিং মথং মথং লাকলিবসি।

কুন্তী— ( হরাওন ) কদায়— ( য়েংব )

শ্রীকৃষ্ণ— ( খুং থিন্দুন তাকপ— )

[ যুধিষ্ঠিরন মাঙ থাহুন মথং-মথং চঙলকপ-দ্রৌপদীন তুংদ, মথোয় পুম্ব কুন্তী খুরমই, মথংদ শ্রীকৃষ্ণ খুরমই।

পুম্নমক— ইমা ! ইমা— !! ( হরাওন কৌই, মথংদ শ্রীকৃষ্ণদ ভক্তি কংলি )

যুধিষ্ঠির— প্রাণ কৃষ্ণ, নয়াম্বগী ভক্তি'সি লৌবিয়ু। [শ্রীকৃষ্ণগী খুৎ অনি যুধিষ্ঠিরগী খুৎ অনিন চেৎন পায়ব, খুকউ অনিন লৈমাইদ লেপ্প অত্তুগ ঙক নোনব]

কুন্তী— (নোকপ, কপ্প য়ানন) লাও ইচাশা! নখোয় অমমম ওইন কোনগে লাও ইমান।

[মখোয় মঙা মথং মথং খুরু খুদক কুন্দুন ঙাইহ্নুন লৈ, দ্রৌপদী হুঙাইবস্নু পোকই, কুন্তীগী মতৌ উবদ মিৎতগী পি শিন্থরি, শ্রীকৃষ্ণদ ভক্তি তৌই, মথংদ কুন্তী খুরমগদবগী ঙাহজ্ররি। কুন্তী অহানবদ যুধিষ্ঠিরগী লেংবান্দ পায়রগ]

নখোয় মঙা ইমাগী থরাই মঙানি, কুন্তী শিরুবদগী হিংলবনি। লাইবক থিবী নমান করি বর পীগনি (শ্রীকৃষ্ণদ য়েংলগ পি শিন্থহুন) য়েংউ দ্বারিকাগী মবুঙো শ্রীকৃষ্ণগী মনাই ওইব ফংজরো, মসিতনি ইমান পীগদব বর হায়ববু (নান্‌বিব, শ্রীকৃষ্ণ য়েংলগ নোকই)

যুধিষ্ঠির— ইমা, মতুক্তনি নচান পামজ্রবস্নু. ইমাগী লমন্‌, শ্রীকৃষ্ণগী লমন অনি অসি তোন্দুন লৈজগে। মপোক খুদিংদ ইমা নহাক্কী নচা ওইন পোকচরগ শ্রীকৃষ্ণগী মনাই ওইজবব ফংব মতুক্ত পামজ্রে ইমা।

(যুধিষ্ঠির পি তৈথোকই)

ভীম— (পৌরবন) শ্রীকৃষ্ণগী মনাই ওইরোই হায়রদুনসু ওইদব য়াররোইদবনি, মরমদি ঐখোয় মাগী লমন য়াম্ন তোল্লিনে শিংব ভমদ্রগ মনাই ওইব হায়বদুদি ময়েক্ক তারবনি। হৌজিক ভীম্ন য়াম্ন থুন পামজব বরদি গদা অসিন কৌরব ভুম্ন য়ৈখায়ব ভস্থ বর অদু লংনদন পীবিয় ইমা।

কুন্তী— (নানবিরগ শ্রীকৃষ্ণরোমদ ওনশিল্লগ ইক্লিং ভাই-ডুন লৈব)

শ্রীকৃষ্ণ— দাদয়াইম, রাশকখ্রবরনে ?

ভীম— কারিনো ইবুংঙো ভাবিহৌদ্রবরনে।

শ্রীকৃষ্ণ— ঐ খোইদোকপ তাঙ্গহৌদ্রে—।

ভীম— ইবুঙোবু খাইন তত্তুংযামীন্ হায়নসু কৌনব্র ?

শ্রীকৃষ্ণ— হোয়, কনাগুম্ব ঐবু মুংশিব মীন মরক মরক্ক কৌই ?

ভীম— অদুওইরবদি বর ভাইব ভমজদ্রে।

[ভীম অমুক্ত কপলকত্তে অদুবু হৌন কম্ন খোক-লক্লব থস্মোম্ন শোকপ খোস্তোক 'ডু কপ্রগুম্ন হায়-রকই ]।

খুদোং থিরব চাদ ঐখোয়গী পোথাকমনি ইপাসু মশক মুন্ন খঙহৌবা শিগ্রবনি, চাকনির্বাগ মচাদগী হেন্ন তোম্ন ইমান খোবলকপ, হু, পীজদুন ভীষ্মু হাংখিব, য়ুম মৈ থাদুন পাণ্ডব ভুন্নব শিনখিব— মীনম্ব চৌবরদ মায়খিব পীব—জ্রগৎন হৌনদ্রব

লমচং শাগৈগী মৌবু সভা মমাঙদ ইকায়ব পীব, ঐখোয়বু বন্দ তাম্বোকপ পুন্নমক তচুগী লমন— (গদা পায়দুন) অমমম্ ওইন কৌরবপু লোইশনব— অরোয়বদ দুর্য্যোধনগী মথুউ য়ৈথেক্তুন হাংপ— মতুবু হেক ঙমদ্রব হে কৃষ্ণ অন্তর্যামীন্, ঙসিস্সু নঙন সাক্ষী অমুক ওইবিহৌ রাশক কায়বগীদমক মপোক্ষ তরেংকৃত নম্ভে চুমিং থান পাহ্নিবমখৈ কুন্তীপাক থায়ব নরক তচুদ ভীম অচুম লূপ্তুন লৈত্রসনু।

শ্রীকৃষ্ণ (চোঙশন্দুন বোনহিব) দাদ হাইস— ঐ পুন্নমক খাঙব ঙমগনি, অচুগ অকনবগী মমিস্তুগী তারকপ পি. কৃষ্ণ যেংদুন লৈব চংদোই— পাণ্ডব কৃষ্ণগী থরাইনি, নখোয়ন শকপ রাশক কৃষ্ণন শকপনি।

কুন্তী— (নোকপ. ভীষ্ম নানবিবা। অর্জ্জুনগী লেংবান অমুক পায়দুন)

অর্জ্জুন— ইমাবু চরা হেনহনব, ইপা শকুব খূড়াতোন বিদুরবু সভা মমাঙদ চাব পাওথংনদুন চৈথিব, অইত করি' অমুক হঙ্গংকনি। পুন্নমক নঙন উবিরিবত্রনি ভগবান। অর্জ্জুনস্সু রাশক কাযরবদি মৈন্নুংদ চোংশিন্দুন থরাই থাগনি।

শ্রীকৃষ্ণ— থৌনা ফমনখরে কনা'মত্ত শিবিরগন্নু— (নোকপ)

কুন্তী-- (হরাওন) কৃষ্ণ নঙন লৈব মফমদ অরাব লৈত্রে। (সহদেব নকুলদ পায়রগ) সহদেব, নকুল নখোয়

অনিগী দমক্ত রারম্ব, কৃষ্ণগী কৃপাদগী ওসি অরাব পুম্ব কোকতুন নখোয় পুন্নমক উব ফংলে।

সহদেব— শ্রীকৃষ্ণন থাদোবপিরোই হায়রবদি খরবু রাখিবন হেন্ন ফগদবোই নিঙই, মরমদি রারগ মাগী নাম অসি তোয়ন শোনব ফংজেনে।

শ্রীকৃষ্ণ— অরাববু ঐন পীবদোন তাইনবিন্নিবসিবো।
ঐঙোন্দ তাইনগদবগী শরুক রাবিরগনু।

নকুল— রাম্নু রাজনিঙদে, সুঙাইবগী মথক্ত হেন্ন সুঙাইব পামজ্জে দয়াময়।

শ্রীকৃষ্ণ— নকুলন হায়ব অসিন খরাইদগী ফব রানি।

কুন্তী— দ্রৌপদী লাও, ইমা ইবেম্ম. (বোন্দুন কপমিন্নব) নংগী থংবে বনবী সুপী ভংং অসিদি অতাঙবনি। লক্ষ্মীগী মশক ওইরবী ইমা,— ইমা নঙগী নগুণ, অঙকপনি, নহাক্ত ইচা মঙাগী মথরাই হিংহনবনি। সুমিৎকী বরন সুমিৎ তাদ্রিঙৈগী মসুংদ নঙগী পুথমদ চাননব হাপ্পিরব অরাংপ লৈত্তে হায়ন তাই শিষ্য লিশিং তরাগী মকোক ওইত্তন দুর্ব্বাশা মুনিন অতিথি ওইন অরাম্ব কোক্রব হায়রবদ নঙন থোংব পাত্রদ পকপ এনছাং মনা অমত্তং শ্রীকৃষ্ণন-হাবদগী মুনি ময়াম লোইন মবুক থনখি হায়নসু তাই মার্কণ্ড মুনিগী কৃপাদগী "সাবিত্রী ব্রত" তৌত্তুন মপুরোইবগী অরাব কোকনব লাঙখিব—

করি অমুক হায়গনি মহাকুন্বী তুপী অসিবু জগৎ অসিদ অনি শুরমস্ত্রিগত্র ইবেক্ষ।

দ্রৌপদী— ইমা ইমা (কপ্তুন) নচাবু রারৌবিগনু। চহি তরাহুমদোই ইমাগী সেবা থাদোকচরুরে। হৌজিক থৌদাখিরো ইমা, নচাবু করি তৌজো হায়বগে? (খুৎন পি, তৈথোক তৈথোকতুন শ্রীকৃষ্ণদ ওনশিল্লগ) দয়াময় নহাইগী ভক্তিসি লৌবিয়ু। মীন তৌব ওমদব থবক নঙতন তৌবনি নহাক মীওইবগী মপোক্ত মী ওইশন্নবনি। নহাক্কী খুদোম্ন গিরিরাজ গোবর্দ্ধন থাংগৎপ অঙকপ নত্তে, লম্মেন কোয়ন চাকশিল্লরুবদ গোপ সখাশিংন রাহুন কপ্লবদ মৈ পুন্নমরু মিৎন বৃপ্পদ য়োংশিনখিব নঙোন্দ করিস্ত অরাব নত্তে। নহাক্ক তৌব ওমদ করি অমুক লৈরিবগে? দুঃশাসন্ন ঈ থোকপমথৈ শম লাক্তুন চিংখিব. মতুদ থোকখিব বেলা হৌজিক ফাওব পুনজদরি। পাপী দুঃশাসনগী ঈন ইকোকথক্ত হৈথরগ পুনগনি হায়তুন রাশকখি। কাম্যবন্দ লৈরিঙৈদ ইবুঙো লেঙবিরকপদ ননাইন অমুকস্ত উৎপ্রবান মতম অতুদ ইবুঙোন রাশকপীখি—"দ্রৌপদী নঙন নিঙব আশা কাইল্লোই" হায়বিখিব'তু ওসি ফাওব নিংশংলি।

শ্রীকৃষ্ণ— যাজ্ঞসেণী নহাক্কী রাশক শোয়দন থুংগনি, রারগনু দেবী।

কুন্তী— লাও ইমা,-চঙলসি—(কোন্দুন পুশনখিব)

যুধিষ্ঠির— ইবুঙোযত্নপতি করিনো তাকপিগদব সনায়াথং তাকপিরো ননাই ঐখোয় ইচিন ইনাও বনবাস লোইজরে।

ভীম— তাবিয় যত্নপতি রা হায়বব্ অসিমঙায় হায়নখিব মতম শুরে পাণ্ডব বন্দগী থুংলরে, ঐখোয়গী সম্পতি পুন্নমক অমুক হন্ন লোব তারে হায়ত্নন দুর্য্যোধন্দ পাও থাব তারে।

অর্জ্জুন— অঠবু দাদয়ায়ম মীগী মচিন্দগী অশুন্ন হায়নব তাজে পাণ্ডবকা সম্পতিগ লোয়নন য়েংত্নম মতোন্দ পকপ লৈবাক মরিক অম ফাওব পী:রাই হায়ন।

ভীম— করি হায়ব অর্জ্জুন—দুর্য্যোধন্ন পাণ্ডব অসি শিথরে হায়ন তারবর—। মত্ন ওইব য়ারোই হৌজিমক ধর্ম্মাধর্ম্মি য়েংলরোই ভীমগী গদাগী মতেংন পাণ্ডবকী সম্পতি থৌরগনি।

শ্রীকৃষ্ণ— তপথবিখো দাদয়ায়ম কৃষ্ণ দুক্কী মশক ওইন দুর্য্যোধনগী মফমদ চত্নুন হায়জরুগে।

যুধিষ্ঠির— ইবুঙো করি হায়ন হঙ্গৎসিব পাণ্ডবকী অরা মুংঙাব পুন্নমক্ত শিন্দুন লৈবিরি নহারু। লেঙখিয়ু ইবুঙো খুপ মঙা অহুদাদ ভিক্ষা ওইন নিবিরু।

শ্রীকৃষ্ণ— চংকনি দাদমহারাজ ননাও লৈখি করি'মত্ত মুংশা খিবিগনু। হয়েংমক কৌরবকী সভা তান্ন চৎকে।

( কুন্তী থোরকপ )

কুন্তী— ইবুঙো বৃহস্পতি ঙসিদি লায়রবী ইনেগী মফমদ অতিথিগী মশক ওইবিয়ু। অরৈব বস্তু থর থোংজরে লুক হাব লেঙশল্লসি।

শ্রীকৃষ্ণ— ঐহাক লাম্বন খাঙব ঙমত্রবনিনে ইনেবেম্ম। অতুদি ঐখোয় পুম্নমক চঙগসি কুটরমহুংদ ( ভীমদ হায়ফেৎ য়েংলগ ) দাদয়ায়ম ঙাইহাক্তং বিশ্রাম তৌবিরমউ ননাও কৃষ্ণ ইনেবেম্মগী অতিথি ওইজরু-খিগে। [ লেঙশনগে তৌই ময়াম মথং মথং হৌগৎলি

ভীম— ইবুঙো কৃষ্ণ, ভামগী থরাই শোকপ নয়াথং অহু খিৎতৌবিরগনু। লাইদি মনমদ লৌই হায়নৈ হাকথোংনন হাবদি কয়া তৌনদবনি··· · কো····।

শ্রীকৃষ্ণ— করিনে। ঐবু চারগু হায়বরনে দাদয়ায়ম। [ লেঙশনখি ]

ভীম— হায়জ্রদে হায়জ্রদে ইবুঙো ভীমগী শরুকসু কৎশন-বিরমলো। লামল্লহুনা ননাইসু কাওবু কাওজপ্রে- [ হৌগৎলি মুরুম মুরুম শোঞ্জে ] মতা চাদব হায়ববু ভীমবু চরা হেল্লু হায়বিগ্রিনে।

**ময়াম পুম্নমক চঙখিব**

---

## তৃতীয়াঙ্ক চতুর্থদৃশ্য

# কৌরবকী সভা

দুর্য্যোধন, দুঃশাসন, শকুনি. কর্ণ দ্রোনাচার্য্য. অশ্ব-
থামানচিংব লোইন তিন্দুন লৈব।

দুর্য্যোধন— পাণ্ডবকী মতম শুরে হায়নব ভারে.
মখোয়ন শীনব অয়োনব থোয়াংসু তারে।
নাপল তৌদুন ভাংজরম্বদনি
সম্পতি পুম্নমক ঐগী ওইরবনি।
হৌজিক মখোয়গী অধিকার লৈতরে।
লাল নত্তন লৈবাক পীররোই।

শকুনি— রাক্ষম অসি চুম্নবনি,
অকনব'মগী যুক্তিনি।

দুর্য্যোধন— মাম—দুর্য্যোধন-হায়থিব না হোংলরোইদবনি।

দ্রোন— কুরুগী নিংথৌ দুর্য্যোধন! মতম লৈরিঙৈদ মতাং
চান তাম্নহৌব কৈ ......।

দুর্য্যোধন— আচর্য্যগী অপাম্বস্ম ভাকপিগনি।

দ্রোন— ঐন হায়গদৌরিব রাক্ষম অসি মহারাজগী কাম্নগদব
ভাক্তনি।

দুর্য্যোধন— ঐগী কাম্নগদব হায়ববু ঐন পাম্ব থবক অতুদনি।

দ্রোন— হায়নখিব মতম শুরে, পাণ্ডবন শোয়দম মখোয়গী সম্পত্তি অমুক হুম্ন পীরো-হায়মরগনি। অমুক হায়নব নিরব নাইদন মখোয়গী কংকম থোকপ শরুক অহু হনবিথিবন কগনি নিংই।

দুর্য্যোধন— ঐন অহানবদ হায়জখিবহু অরেপ্পনি।

দ্রোন— মহু ধর্ম্মগী য়েক্রুব রাকমনি মহারাজ।

দুর্য্যোধন— পাণ্ডবকী কননব তোরগ ধর্ম্ম হেক ওইব, কৌরবকী ওইরগন পাপ— অসিগুম্ব রাকম অসি ইবুধোথোয়, গুরুখোয়ন তাকপি। মসি কৃপা তৌবিহুন তাকপি-রগনুদ।

দ্রোন— মীচংগী রাকম নত্তে দুর্য্যোধন—ঐহাক নহাক্কীদমক থরাই শোইদনা থাগনি, পিতামহসু থাগনি, অহুগ লান্দব অচুম্বন জয় ওই হায়বত্তদি মতুংগী জগৎন সাক্ষী ওইহৌরগদবনি।

কর্ণ- আচার্য্যবু কদোমগী মীচঙ ওইবিরবনো-রাখল মুম থম্বিয়ু। মতম পুম্নমক্ত বিরুদ্ধবাদী হেক্ত মওইবিব অসিবু করিগীনো ?

অশ্বথামা— (শাওত্তন) করিনো, বিরুদ্ধবাদী” হায়বদি— কনাদ অপনুব পীব য়াউরবগে ঐখোয় পুম্নমক মহারাজ দুর্য্যোধনগী মন্ত্রি ওাক্তনি। নিংথৌগী কগদব লৈবাক্কী মঙ্গল ওইগদব রাকম অহুদি শেংন হায়দোক্নগদবনি চি-দ্রোন তৌহুন অচোবগী মনাই ওইবঅহু-মপুং

হাংপ য়েক্লব মীনাই হায়রবতনি। বিরুদ্ধবাদী"দি মথোয়হ্নি।

কর্ণ— ঐন ঐগী ফনব হোৎনজব; অপাম্ব থবক চানিংব এনছাং, মসিবু মীগী য়াথং অমুক লৌখিগত্র? মতিক চায় চাদে খঙদে মীন মীদ তাকচনিংব হায়ব'সিমদি অঙকপনি।

অশ্বথামা— অখঙব মীন অচুম্ব তাকপবু মতিক চাব চাদব হায়ব'মুক লৈব্র গুহাদ তাগদৌরব মিৎতাঙববু তাকপদি অঙাংনস্নু য়াইন। খঙদবদ অখঙবন তাক্কদবনি, খঙন খঙন খঙশিন্নদব'হ্নদি মূর্খদন তৌগদবনি।

কর্ণ— মীবুন অপঙব তাহনব. মশাবুন অশিংবনি হায়ব অহুগুম্ব মশান মশাবু থাগৎচ্চব'হ্নি মুর্খ হায়বহ্ন—

অশ্বথামা— য়ু, মরিক অমত্তন গঙ্গাজল চফু'ম মাংথোকপগুম নহাকুম্ব পূতমচা অম য়াউবদগী কৌরবকী সভা'সি মাঙহনগদৌরি।

কর্ণ— করি হায়ব—! মীগী মযুমদ তাংহ্নন লৈরগ অহুপ নাপল তৌব—নিপা ওইন পোক্লগ নিপাথোকপ ঙমদব নঙগী নরা'হ্ন লৌদে।

অশ্বথামা— কর্ণ—! অশ্বথামাগী গুণ খঙ্‌ নিঙব্র—?

দুর্য্যোধন— অশ্বথামা— ঐ কনানো খঙব্র— কর্ণদ চৈবদি ঐঙোন্দ চৈবগ চপ মান্নবনি, চ্যেকশিন্নু।

দুঃশাসন— অ মুনব হৈদ চংব তীল হায়রক্ত ওইরে ঐখোয়গী গুরুনন্দন খোয়’সে।

অশ্বত্থামা— দুঃশাসন—ঐন হায়রিবসি নখোয়গী কনব ভাক্তমিনে, খরত্তোর চাব হেক পাওখংলে গুরুদস্ু ব্যবহার কায়থ রাস্ু হায়দোকপগী অকীব লৈতব-নখোয়ন লৈবিয়ু চাবিয়ু হায়বদগী লৈবনি; চাকম লৈত্তে হায়ত্তুন ভাংলবস্ু নত্তে, ঐখোয়ন চাবিরিব লৈবিরিব অসি অপঙব নখোয় নখোয়গী নথরাই কনবিগে হায়বগীদমকত লৈরিবনি, কন্স্ু য়াম্ন কনবিগ্রেন।

দুঃশাসন — করি করিদ—

অশ্বত্থামা — লক্ষ্য ককপদ, ঘোষযাত্রাগী লম্বীদ, কাম্যবন্দ গন্ধর্ব্ব চিত্রসেনগী লান্দ, বিরাটকী যণ হুয়ানব চংলুবদ হায়রিব থোদোক ময়াম অসিদগী মায়শিত্তুন হল্লকলিব অসি-কুমৈ য়েংউবদগী হল্লকপ নত্তে-থরাই মাঙবয়াব থাং-ত্তেন. গদাগী লালফমদগীনি দুঃশাসন— খঙলবর।

দুর্য্যোধন— ( চীংলেম্ন ) দুর্য্যোধন্ন হায়খিব রা, হৌগ্রব থবক অমুক হোংলরোই—রাশকপ, রাশকতব ঐঙোন্দ চপ মাম্নৈ। তৌগে নিঙগ্রবদি মত্তু রাশকপগী হেম্ন কল্লবনি। হিমালয়ন লেঙলবস্ু দুর্য্যোধনদি লেঙলরোই। অনৌব প্রলয় অম লাক্কে লাকপত্তু

হস্তিনা'সি ঊগী সমুত্র ওইগে ওইগ্রশমু, থোইদিং প্রথার অহগী মাল পাণ্ডবশী শরক থুংলগোই।

শকুনি— দুঙাইয়ে, দুঙাইয়ে তাবম দুঙাইয়ে। কুরু শাগেগী অথোব ইষ্কাক নিংথৌরানি।

ওাইহাক লৈর পাণ্ডবপু শোনদনন্ত লৈব ইবু ইকায়ব য়ানি। কিগনব অশোনব ওাক্ত ওাইরানে ঐথোয়বু। পঞ্চ পাণ্ডব মঙাদি য়ামু য়ামদ্দে-পাণ্ডব লিশিং মঙা ওইসমু ঐথোয়ন কিগদব লৈতে। লানফমদ অকনব কীগনব অয়ন লুচিংগদবগী শরুক-পুদি-অশোনব থৌন ফব অমন লুচিংবন হেয় কৈ।

অশ্বত্থামা— থুংতি য়াঙদন চীন্দ থৌনাক্রব, শৌবলগী রা ওাকুন মঙ্গল ওইগনি চায়বসি ঐথোয় থারুব ওমলোই।

দুর্য্যোধন— (শাওন) অশ্বথামা! কল্লায়ক হম তাকখিগনি অথিব রাহৈদগী হেন্দোকতুন থুং-থোক্রব পায়রবন?

অশ্বথামা— (থৌনাকন) পাণ্ডবন লমনশিংজ্রিতৈদ ইশাগী অমন হান্নশিংব, পায়বর দুর্য্যোধন।

দ্রোন— অশ্বথামা— ওাইথো ইপান কয়ি হায়খি নগ্রোন্দ।

দুর্য্যোধন ঐগী রাসি নহাক মুয় ভাউ, দ্রোন, অশ্বথামা কৈদৌঙৈদমু চেন্নরোইদবনি, ঐথোয়গী রাথলদ লাকপ নঙগীদমক ফগনি হারব শরুক অদ্ভুত থন্দুন হায়বনি অমন্তুং লৈরনি। পিতামহভীষ,

দ্রোনাচার্য্য, অশ্বত্থামা, মিংকৃপ অমকাওব-
গীদমক বিশ্বাষাতকী থবক তৌরকনি হায়বত্থি
নমঙদকাওব নিঙলূগমু; লান্দি শোয়দন থোক্লরগনি
চেককশিন্নু ।

[ অশ্বত্থামাগ লোইনন চঙখিব ]

শকুনি— ( নোকপ ) হে: হে: হে: মপা মচাগী বুদ্ধি ! কনবু সুংশি ……। ( খুদক অসিদ )

( মালংদশী মোইবুং খোঙেন অম লাকই- ময়াম পুন্নমক "কন্নিনো কন্নিনো" হায়নৈ। শ্রীকৃষ্ণ লেঙ-শল্লকই থৌগল অমত্ত য়াওরক্তে )

শ্রীকৃষ্ণ— দুর্য্যোধন মহারাজ ! ঐন ইকায় খুম্নব উৎলি।

দুর্য্যোধন— থৌগল অমত্ত য়াওদন দ্বারিকাপতি লেঙবিরকলি । তাকপিগদব মরম ?

শ্রীকৃষ্ণ— মহারাজ ঐহাক পাণ্ডবকী দূতকী মশক ওইনা লাকলি

দুর্য্যোধন— তাকপিগনি—

শ্রীকৃষ্ণ— পাণ্ডব হল্লকলে হায়ব তাবিরম্নগনি ।

দুর্য্যোধন— তাজরে—

শ্রীকৃষ্ণ— কুরুপতিমক্ত হায়বর মীন ঙাঙ্নরিবসি—

দুর্য্যোধন— করি হায়নব ?

শ্রীকৃষ্ণ— পাণ্ডবকী সম্পতি অমত্ত পীরোষ্ট হায়নব—

দুর্য্যোধন— অচুম্বনি ।

শ্রীকৃষ্ণ— পীরোইদবগী মরম ?

দুর্য্যোধন— চৌবরদ ঐন লোটন লোক্লে।

শ্রীকৃষ্ণ— চহি তরামিথোই বন্দ, চহি অম লোৎপ লোইরগ মখোয়গী ফংকম থোকপ অমুক হনগনি হায়ননিবদাই—

দুর্য্যোধন মীওইবদি মশাগী কান্নবব হোৎনবদ সত্য য়ায় তৌই, মীনমদব শাশিন্নে। পাণ্ডবত থোইদিং মথায়'মগী লম পীরোই হায়ন তম্বীরু।

শ্রীকৃষ্ণ— অছুওইরবদি মীনম্ব ঙাওলেদো মহারাজ।

দুর্য্যোধন— মীনমদব কনা লৈরিবগে তাইবংপান অসিদ, মীনম্ব ঙাক্তনি পুম্নমক।

শ্রীকৃষ্ণ— মহু অচুম্ব বীচার নত্তে।

দুর্য্যোধন— যত্নপতিন বিচার তৌবিগদব নত্তে।

শ্রীকৃষ্ণ— চুমই ঐহাক দূত ওইন লাকপনি। অত্নগ হায়নখিব সত্য' হু কায়রে হায়বহুদি নিংথৌ নশামক নিংশংলিবর ?

দুর্য্যোধন— ঐন যত্নপতিবু প্রশংসা তৌজরি. মহুদি পাণ্ডবকীদমক অশুপকী মতিক থরাই হকচাং য়াওন নোম্বীরি। পাণ্ডব মঙা'হু নিপা নত্রবর—মীন পীরগ, মীওোম্দগী নিরগ মথোয়গী সম্পত্তি শেমগৎকনি হায়রিবসিবো।

শ্রীকৃষ্ণ— পাণ্ডবত নত্তে, ঐবুস্থ য়াওন হায়রি —...। পাণ্ডবক কৌরবক নাপাক তা-নব শিন্নেদন কুরুরাজ।

দুর্য্যোধন— মরু ওইনা শিল্লিবদি কৃষ্ণনি।

শ্রীকৃষ্ণ— তোগত্নু মহারাজ, মথোয়গী ফুল মতা'তু পীখিরো।

দুর্য্যোধন— অম কাওব পীরগোই –।

শ্রীকৃষ্ণ— পাণ্ডবক য়েক্লব পাগ্রে—?

দুর্য্যোধন— য়েক্লবদ নত্তে, মথোয় জগত্তগী বিদায় কাওব পীরগে খল্লে।

শ্রীকৃষ্ণ— অতু ওইরবদি কৌরব তুম্ন মুৎপ শোয়ত্রবনি।

দুর্য্যোধন— ঐগোন্দ অকিব উৎকতু কৃষ্ণ; দূতকী তৌনবী পাণ্ড-দমক পীরু।

শ্রীকৃষ্ণ— দুর্য্যোধন নঙ ময়াই কারে, নহাক্কী মতম মিকুপ অসিদ ভাইরে, অরোইব ওইন অমুক্তং কল্লেপ থুরব হোৎনজো। লম থুম, মরুপ মপাং, নথল্লাই কল্লনব পাওথুম পীজহৌ। ঐন পুন্নমক্কী সাক্ষীনি খণ্ডই।

দুর্য্যোধন— লাল নত্তন, য়েত্তুম মতোন্দ পকপ উফুল মন্নিক অম কাওব পীরগোই—। হন্দক পীরিব পাওথুম অসিন অরোইবনি; মথং ল্লাহং অমুক পীরক্লবদি দূত ওইরবসু দণ্ড ফংলগনি।

শ্রীকৃষ্ণ— পণ্ডলব নিংথৌ, অমুকসু মতম পীরগনি, খল্লজহৌ, দণ্ড পীগনি হায়রগ কৃষ্ণন কিগদব নত্তে. দণ্ডদি ঐন পীগদবনি।

দুর্য্যোধন— [ শাওন লাওরকই ] কনা নৈ— লমহেন্নব গোপ মচা'সে পুল্লো লাও।

[ নাকল ম্রেংজ্যোম মায়রোম্মলগী ম্রোংছিলং পান্নব কাংবু কাংবু শ্রীকৃষ্ণ পুনগদবগী থোরকপ। ]

শ্রীকৃষ্ণ— [ অশাওবগ লোয়নন] লাও—কনানো নিপা থোকপ ঐবু পুল্লো লাও—

[ পাম্বোম অনি তিংথোকতুন সভা ময়ায়দ শ্রীকৃষ্ণন লাওরকই ]

দুর্য্যোধন— পুল্লু-কৃষ্ণ পুল্লু—

শ্রীকৃষ্ণ— লাও পুল্লো লাও —।

[ ময়াম পুনগে চঙশিল্লকই, শ্রীকৃষ্ণন অকিব মূর্ত্তি পুথোকখি, মতুংদ খঙহৌদন মাঙখি।

সভা পুন্নমক ঙকতুন নৈহৌই ]

পুন্নমক চঙখিব

———

## তৃতীয়াঙ্ক পঞ্চমদৃশ্য

# কোন্নুংগী অচম্ব কা'মদ

ধৃতরাষ্ট্র সঞ্জয় রা ওাঙ্নরি।

ধৃতরাষ্ট্র— ধর্ম্মগী মফম কুরুগী লমদ
লাল পাম্ব ময়াম তিল্লরবদ,
ঐ' হচাাশংগ পাণ্ডু হ মচাশিংগ
করি তৌনখরবগে হা সঞ্জয় ॥১॥

সঞ্জয়— শেমশারব পাণ্ডব তেঙ্গোলবু
উরব মতমদ দুর্য্যোধন,
দ্রোনাচার্য্যগী মনাক্ত চঙলগ
মখাগী রাহৈসি অশুম হায়খি ॥২॥
য়েংবিয়ু গুরু পাণ্ডু মচাশংগী
অসিগুম্ব অচৌব তেঙ্গোল অসি,
দ্রুপদগী মচা নহাক্কা শিষ্যন
হৈ-শিংন শেমশারব লাল্লোং অসি ॥৩॥
মসিদ অথৌব লিক্লং পাররব
ভীম অর্জ্জুনগ মান্নন কল্লব,
যুযুধান হায়বদি সাত্যকি নে
মহারথ ওইরব দ্রুপদনে ॥৪॥

ধৃষ্টকেতু কৌব চেকিতান কৌব
মপাঙ্গল কল্লব কাশীগী নিংথৌ,
পুরুজিৎ হায়ব কুন্তিভোজ কৌব
শৈব্যনে মীংরক্তুগী হংথোইব ॥৫॥
লাক্ল ফান ঙমদ্রব যুধামন্যু,
উত্তমৌজা হায়নব অকনব
সুভাদ্রাগী মচা, দ্রৌপদীগী মচাশিং
পুম্নমকসি মহারথ ঙাক্তনি ॥৬॥
ঐখোয়রোমগী অথোবশিংস
খঙবিয়ু হে ব্রাহ্মণ অথোইব,
ঐহাক্কী লান্মী লুচিংবশিংগী মমিং
হায়থক্তরক্লগে পুম্নমকসি ॥৭॥
অদোমনে, ভীষ্মনে কর্ণনীমনে,
মাইথিব লৈত্রব কৃপাচার্য্যনা,
অশ্বথামানে বিকর্ণ কৌরবনে
সোমদত্তে মচানে, জয়দ্রথনে ॥৮॥
অসিত নত্তন অথোব ময়াম
ঐ' দমক থরাই পান্মুদবাশিং,
অয়াম্ব খুৎলাই পায়বাশিং অসে
লোইন লান্দ হেনাশংলব মক্তনি ॥৯॥
ভীষ্মন ঙাকপিরিব ঐখোয়গী
পাঙ্গলসিন লাম্বাদ রারগনি

অশোম্নগীদি মতিক চপ চাদ্রি
ভীষ্ম ঙাকলিব মপাঙ্গলসি ।।১০।।
লানথিংথংলব পুম্নমকসিন
শরুক থুংনবন লেঙনত্রি,
ভীষ্মন ঙাকপিহ্লন লৈরসনু
অয়াম্বসি অমত্তু ওইনহ্লন ।।১১।।
কুরুগীদি অহল পিতামহন
দুর্য্যোধনগী পেম্নব তৌবিহ্লন,
নোংশাগী লাম্লাওন লাওরহ্লন ।।১২।।
মোইবুং থোংখি প্রতাপ কনবন
অসিগীতুংদ মোইবুংসু ভেরীসু
পনব, অনাক গোমুখ কৌবীসু,
থুদক্ত য়ৈব থোঙবসু তৌনখি
মথোলহ্লন কংফানসি নিনখি ।।১৩।।
'সিগীতুংদ শগোল' অঙৌবনচিংক
অচৌব রথহুদ তোংমিম্নরব
মাধব শ্রীকৃষ্ণনে পাণ্ডবার্জ্জুন্নে
মক্তুব মোইবুং অনি থোংমিম্নখি ।। ৪।।
পঞ্চজন্য কৌবন হৃষীকেশন
দেবদত্ত কৌবন ধনঞ্জয়ন;
পৌণ্ড্র কৌব মহাশঙ্খ অহু থোংই
অকিব থবক তৌরব ভীমন ।।১৫।।

অনন্ত বিজয় হান্নবন-মিংথৌ-
কুন্তীগী মচাতুপা যুধিষ্ঠিরন,
নকুল সহদেব মচিনমনাওন
সুঘোষ, মনিপুষ্পক, খোংমিন্নখি ॥১৬॥
লিক্লং অহৌবা পায়ব কাশীগী নিংথৌ
মহারথ ওইরব শিখণ্ডীসু,
ধৃষ্টদ্যুম্নসু বিরাট হায়বসু—
মায়থিব হৌনত্রব সাত্যকিসু ॥১৭॥
দ্রুপদ, দ্রৌপদীগী মচা মশাগ
পুম্নমক অসে হে লৈবাক্কী মপু,
সুভদ্রাগী মচানিপা অভিমন্যু
মহৈ মহৈ মোইবুং শম্ন খোংলখি ॥১৮॥
নিন্ খোংবন দুর্য্যোধনথোয়গী
থম্মোয়শিংদু থিনগাইরমই
লৈথক লৈথা অনিমক কাওন
হৌন লাউন পুমনিন নিল্লমই ॥১৯॥
অসিগী তুংদ দুর্য্যোধন্নচিংবন
তৌরিব থৌরাংশিং অদু উরদুন,
য়োং য়েকপ ফিরান্ন মাগীওইব
অর্জ্জুন্ন, খুৎলাই থোক্করমদাই
মতম অদুদ লিক্লং থন্নগ,
হৃষীকেশদ অসিগুম্ন রাহৈসি

হায়জব হৌই হে লৈবাক মপু ॥২০॥

অর্জ্জুন্ন হায়ৈ, "হে কৃষ্ণ ঐন হেক য়েংজরিবমথৈ, তেজ্জোল অনিগী মরক্তু দোলাই থম্বীয়ু। কনাগ লোয়নন লাল শোক্লগদৌরিবনো য়েংজগে লাল পামলব মবুক ফজ্ঞব দুর্য্যোধননচিংব অতৈ মাগী হরাওনব তৌবশিং তসে" অস্নুম্ন হায়জরবদ নিদ্রা ভম্ব অর্জ্জুন্ন হে ভরত শাগৈমচা, ভীষ্ম দ্রোন; অয়াম্ব নিংথৌময়ামগী মমাংদ অর্জ্জুন্ন মপামপু গুরু মরুপ মপাং কয়ামুক দুংশিরদুন শ্রীকৃষ্ণদ হায়জখি "য়েংবিয়ু কৃষ্ণ, লাল পাম্ব ময়াম অসি উরগ ঐহাক্কী হকচাংসি হি ব... চিনবান কংলে হকচাং নিকলে. তু চুংলে, গাণ্ডীব খুত্তগী তারে, উনশাসি মৈগুম্ন শাগৎলে, পুক্লিংসি মওন মওন তৌরে। মঙ্গলগী খুদম উদবে হে কেশব! মশ্নি মতা হাৎলগ করি কান্নগদৌবিব? লাল ভম্বসু পামজদ্রে, নুঙাইবসু পামজদ্রে, পাপ লাকলগনি শাগৈ মাঙ্হনবগী, মরুপ হাৎপগী, শাগৈগী ধর্ম্ম মাঙহনবগী মতুগী মহৈ মৌশিং অসি ফৎলকলরোই য়াম্নব মচা পোকপ হৌরগনি. পিণ্ডদান তৌবিনিংঙাই লৈররোই. কম্নিদুংদগীনো তৌরুম্নিব কর্ম্মসে। ঐ লাল তৌজররোই মখোয়ন হাৎলরসন্তু"। অস্নুম্ন হাম্নরগ অরাবগী মশক ওইরদুন লিরুং তেন

থাদোক্লগ দোলাই মথক্তে অর্জ্জুন তুমিন্ন লৈখি। মতাং অসি অর্জ্জুন্ন রাব মতাংনি মহারাজ! অশুম তোন থরাইগী মরমদ নৈনব, থবক্কী, রাখলগী, পুক্সিং যানব নিষম, হোংনবকন্নবগী, রাখলদগী থবক্কা মওংদ পৃথোকপ, ময়েক্কী মশক ওইব থরাইমপু তাকপ, তাইবংপাল পুম্বসি অমত্ত ওইন উব, নোঙবগী ওমথৈ, মফম হায়বগী অশেংব মকম থক্তব। মতিক ময়াইগী মবমদ থাক অহুম. নিপা থোকপ নিপা ওইবগী অশেংব ওমথৈ. লাই হিংচাবগী লমচংকী শরুক তাকপ. থাক্সব মথল অহুমগী মতাং, অয়ানব থৃভম হংব, অশুম তোন তাংকক তরানিপাল থোক্ল শ্রীকৃষ্ণগ অর্জ্জুনগ নৈনখি। মসিগী মরুওইব মতুংগী ৯চেল হায়ববু ভগবান্ন হায়— হায়রুন নত্রগ শকই হায়তুন "শ্রীমদ্ভগবতগীতা" কৌই। মসি মীওইব পুন্নমক্তা কান্নব পুন্নমক্তগী কান্নব অথোইবান। অচুম্ব তোব মফমদ শ্রীকৃষ্ণ লৈবনি, শ্রীকৃষ্ণ লৈব মফমদ জয়ন্নু ওইবনি। মসি থাক্সবগী ওমথৈ থেংলব ঐগী মতনি মহারাজ।

ধৃতরাষ্ট্র— কৃষ্ণ অর্জুন ডাওনা লোইরাগী মতুংদ করমতৌখরব সঞ্জয়!

সঞ্জয়— অওকপনি! কৌরব পাণ্ডব অনিগী কন্নব লানকমদ নিংথৌ কয়া কয়, অকনব কয়া কয়া কুরুক্ষেত্রগী লমপাক্ত থরাই থানম্লে মহারাজ।

ধৃতরাষ্ট্র— পিতামহভি।

সঞ্জয়— খুৎলাই থাদোকতুন ভৗষ্মগী শয্যাদ চেপখরে।

ধৃতরাষ্ট্র— দ্রোণাচার্য্যদি!

সঞ্জয়— মচানিপা অশ্বথামা অময় শিয়ে হায়রতুন পাণ্ডবন শন্দোকপ পাও তাষদ অৱাবগ লোয়নন গুরু মপানগী জ্ঞানকাউতুন দোলাই মথক্ত ঙাইহাক লৈরিঙৈদ শ্রীকৃষ্ণন অর্জ্জুনদ গুরুগী লিরি ককৃথৎ-হনৃখি, অতুদ লিরুংন কাফত্তুন আচার্য্যগী লরাই ফাওন থিনগাইখি ......।

ধৃতরাষ্ট্র— (পাখত্তুম) অতুদগী করি ......।

সঞ্জয়— থুদক্ত ধৃষ্টদ্যুম্নন গদান থাদুম আচার্য্যগী প্রান লৌখ্রে।

ধৃতরাষ্ট্র— ইস! বিষ্ণু বিষ্ণু!! ইচাগী মীচঙদ লৈরগ্ব অকনব মথৈ লোইশল্লরুব— ! কৌরব লোইরে লোইরে।

[থাহুখিব]

(সঞ্জয়ন সেবা তৌব ......।)

তৃতীয়াঙ্ক সমাপ্ত

— —

## চতুর্থাঙ্ক প্রথমদৃশ্য

# কুন্তীগী লৈফমদ

( শ্রীকৃষ্ণ কুন্তী রারী শারি )

শ্রীকৃষ্ণ— কুরুক্ষেত্রগী অতোপ্প মফিং সমন্তক মনিপঞ্চ, কুরুজাঙ্গলম্নু কৌই। মফম অসিদ মুনি ঋষিশিংন পুণ্যগী-মশক ওইরব যজ্ঞ, পুজানচিংব তৌনরকলি। হৌজিক কৌরব পাণ্ডব অনিগী লালগী যজ্ঞদ পৃথিবীগী অকনব নিংথৌশিংগী মকোক মরাম্ন পূর্ণাহুতি পীরি। লাল অসি অচম্ব লাল নত্তে, মথক্কী যুক্তম্নু তৌথাত্র, মতুংদম্নু থোক্লরোই। পৃথিবীগী অরাম্ব লৌথোকপ লানফম মসিন অহানবনি। দ্বাপর যুগকী অরোইব মতাং অসিদ ব্যাস দেবন লেংব মহাভারত মহাকাব্য, মুমিৎ থান-লৈরিব মথৈ মুৎপ নাইদন লৈংহৌরগদবনি। অচৌব লানফম অসিদ ভীষ্ম, দ্রোন, জয়দ্রথনচিংব মহা-রথী কয়া কয়া মথরাই থাখরে। হৌরেং কর্ণন সেনাপতি ওইজুন লাল চঙগদৌরি। কৌরব পাণ্ডব অনিগী অকনব অনি মহৈ মহৈ অমন অমবু হাৎকনি হায়নজুন রাশরুখিব কর্ণার্জ্জুন'গী লাল হৌরেংদনী

হৌরগনি। কর্ণ অচম্ব মী নত্তে. বস্ত্র চঙত্রব পোক পদ্দগী কোম্নরক্লব কবচ কুণ্ডলন লৈত্তেংলি, অচম্ব খুৎলাইন কন্নিদোরুনি। জগৎ ক্ষাওরব পরশুরাম্ন মাগী গুরুনি, ইলায় লায়ন কর্ণবু কাৎপ ওম্বগী শক্তি লৈতে। করিগুম্ব পাণ্ডবন মায়থিব তারবদি মতুংগী জগৎ অসিস্নু অকিবগী মশক ওইরব জগৎ অম ওইহৌরগনি ··· অতুন ··· ।

কুন্তী— (থরাহ রাত্নুন) কৃষ্ণ! নহাক্কী নয়াথং অতু তারগ ঐগী থম্মোয় অসি কিবন নিকলে। ভীষ্ম মীন হাৎপ ওম্ব নত্তে, মান শিজবনি; গুরুদ্রোনাচার্য্যস্নু অতুমগাই। হৌজিক করমতৌব যাদব! কর্ণগী শক্তিস্ন নহাক্ত তাহনবিরে— ।

শ্রীকৃষ্ণ— ইমা, রাক্ষম অসি অরায়ব নত্তে. পাণ্ডবকী মায় পাকপ ইমা নহাক্কী নখুত্ত লৈরবনি।

কুন্তী— করি হায়ব কৃষ্ণ। কুন্তীবু অমুক ওকহনবিরস্নু।

শ্রীকৃষ্ণ— হৌজিক ওকপ মতম নংত্রে, অচুম্ব অশেংবত হায়রগদ্দবনি। মতমগী অমম্ব গুহাদ থাদহুন থমগ্রব নহাক্কী মণি অতু জগৎ অসিদ খঙহল্লো, মণি অতুনস্নু পেল্লগনি।

কুন্তী— (থ.ম্মায় শোক্ল) হে কেশব, কুন্তীগী থম্মোয়দ চাকলিব মৈ অসি হবুগো নহাক্কন খঙলমগনি।

শ্রীকৃষ্ণ— ইমা নহাক শোরারেন ওম্ব নচা মঙাগী মমা

ওইদুন অশুম লৈগনি। করিগী রাক্ষম থোকপগে। মতম পুম্নমক্তা নচান মঙ্গল ওইগনি।

কুন্তী— হয়েংদগী লানফমদ কৌরবকী সেনাপতি কর্ণন ওইরগনি হায়না শ্রীমুখন হায়ব তাজরে, কর্ণার্জ্জুন" অনিগী মরক্তা অম শোয়দন শিরগনি। কনানো শিগদব অরেপ্প নঙতন খঙলমগনি—। ঐন অশেংব হায়দোক্লবদ যুধিষ্ঠিরনচিংব ইচাশিংন কর্ণগী মথক্তা থাং হাইগৎপ ঙমগনি হায়ব নিঙদে।

শ্রীকৃষ্ণ— ইমা, নঙন মরম ওইদুন তুংগী ভারতকী ইতিহাস মশক থিহল্লগনু। হয়েং যমুনা মপান্দ চৎলু মক্ষম অদুদ মহাবীর কর্ণ তীর্থ স্নান তৌব লাক্কনি মঙোন্দ থাকচব লৈতন মমা ওইরগী অশেংব পরিচয় পীথোকহোরো—। মমাগ মচাগ মশক খঙনব অমন অমগী লমন শিংনব হয়েং অসিদ অহৌব অরোইব অনিমক পুল্লবনি।

কুন্তী— ( কপলকপ ) পোকপদ ঙাইরিব মচাবু হুন্দোকপ ঙম্ব জগৎসিদ তমথিরবী কুন্তী নত্তন কনা'মত্ত লৈরম্মরোই। মম্বাল লৈজত্রব ইচ, অদুবু ঐন গঙ্গাদ তাউথহনখরে হুংশিব লৈতন—সনাগী মচু মাল্লব মপাম্বোম মচা অনি অদুন হাইন হুম্ন মমাগী শুকশমদ কোঞ্জগদবদুসু কোলহনখিদরে। অমৃত থকানিংবদগী পিক্লব মচিনবান আন কাখৎচবদগু

ঐন শীংকখিদরেনে কৃষ্ণ! অমৃতদগী হেন্ন থুমব মচাগী তনো তনোব মাইথোং চুপচব নংখিদরে। সুংশিন্নব মমিং অনিতুন মমাবু য়েংজখিব তুমিং অতুদগী ভসিক্ষাওব অমুক হন্ন উৎনখিদরে ফত্তুবী ঐন—জগৎন মাবু অতোনব জাৎ সুত মচা হায়ন-থিন চৈহনব ঐননি—ইমাগী ইবুঙো কর্ণ—।

(কপতুন থোকখি)

**শ্রীকৃষ্ণ—** (মুন্ন য়েংতুন লৈতোই) কুন্তী কর্ণ শোয়দন খঙন-রগনি কর্ণন পাণ্ডবকী মীচং শে'য়দন চঙলক্কনি। কর্ণন পাণ্ডবপু মশক মুন্ন খঙশন্নু পাণ্ডবন কর্ণ শিন্নগ খঙশন্নু, হৌজিক কর্ণগী পরিচয় পাণ্ডবপু খঙহনব য়াদরি। কুন্তী, ইন্দ্র, রাম, মেদিনী, অর্জুন মীশক তরুক চঙতুন হাৎলবদ কর্ণ শিগনি।

(তাঞ্জা অসিদ অর্জুন অরাবগ লোয়নন চঙলকপ।)

**অর্জুন—** ঐ ইথত্তুন ইথত্তবু অকিব পোকচরে প্রভো! ইপা মশক খঙহৌদ্রব ঐখোয়বু ইপাগী মহুৎশিন্দুন মনমগন্দ পোতুন য়োকপিরক্লব ইবুধো ভীষ্ম, ইথুং পায়তুন বিদ্যা তম্মীরক্লব গুরুদেব, তমথিরব অর্জুন্ন হাৎলে। ঐবু অশুক্কী মতিক লুন তৌবিন্নম্বগী লমন মখোয়গী মক্কমদ পাপ্প শিংলব! হায়বিদু বাসুদেব! অর্জুন পোথাকম খঙদরে।

শ্রীকৃষ্ণ— রাখল মুহুত্তো এন্ন বরি হায়খি নিঙশিংউ, ভীষ্ম দ্রোন নঙন হাৎত্রবস্তু শিরুগদব ছাক্তেনি। নিয়তীন শিন্দুন লোইগ্রবনি, মমিংত নঙোন্দ থোঞ্জবত্তনি। হোৎজিক নপুক্লুং হন্থব মতম নত্রে, অর্জ্জুন।

অর্জ্জুন— নোংথাংন ঙাম্হোয়কপদ মিকুপ্ত অমম্ব মাঙখিবগুম অর্জ্জুনগী অরাব মিকুপ্ত মাঙখি। কর্ম্মফলন অমুক মিকুপ্ত অরাব লাকই, অসুমতৌন লালফম অসিদ খুমিং খুদিংদ অবা খুঙাইগী পরিবর্ত্তন ফংলি। করম্ব খুমিঙ আসগুম্ব রাখল অসে কোকদগে বাসুদেব।

শ্রীকৃষ্ণ — থাঙব কল্লু অরা-গু ঙাই চাংদ থম্মু অরেপ্প রাখলগী মখাদ থবক তৌ অর্জ্জুন

ভীম— (মন্নুংদগী লাওন ঙাঙুদুন চঙলকই) নপুক্লিং হন্থগদ্রু

অর্জ্জুন—! থরাই, হকচাং পাঙ্গল লনথুম মরুপ মপাংগী মতেংগ লোয়নন অশুক কনব লাল থেংনরবদ নপুক্লিং হন্থব মতমল ? থৌন ফবগ লোয়নন য়েক্লবরু নৈখায়য়ু, ঙমদ্রে চোংশন্দুন নথরাই থাগ্রো। মৈগী চীং পোকখায়রকপগী মতৌগুম কর্ণগী লাল হয়েংদগী হৌরগনি— (শাওন) ঈরাওথোলদগী হেন্ন হৌরব কৌরব তেঙ্গোলন লাউ খোংলিবসি তা-ও—মিংচৎক লোয়নন মায় পাকে হায়বগীদমক

নত্রগ থোনফন নিপাথোক্ল থরাই থাগে হায়বগী
দমক লাল তৌরিব নত্র?

অর্জ্জুন— শ্রীকৃষ্ণন সাক্ষীনি অর্জ্জুনগী পুক্লিংদ নিঙহন্নব
লৈজদে দাদয়াম্লম—।

ভীম— রাশক ঙাকউ ক্ষত্রীয়।

শ্রীকৃষ্ণ— জহি শত্রুং মহাবাহো
কাম রূপং দুরাসদম্—।

শ্রীকৃষ্ণগা খুৎথম্বাল থাঙ্গৎতুন মঙ্গল পীরি
ভীম, অর্জ্জুন ঙক নোঙরি।

পুন্নমক চঙখিব

---

## চতুর্থাঙ্ক দ্বিতীয়দৃশ্য

# যমুনা মপান

( কুন্তী কর্ণ শকথঙনব )

কর্ণ— ঈচেলগী মশক ওইরবী তীর্থদ স্নান তৌরগ পাপ কোক্লরি. পুন্যগী মশক ওইরব মফমদ চঙজরগ মুক্তি ফংনরি। হৌজিক কুরুক্ষেত্র ঈ,গী সমুদ্র ওইরে। কৌরব পাণ্ডব অনিগী মীচংদ পৃথিবীগী অকনব নিংথৌ ময়াম অকীব লৈতন খরাই থানরি গঙ্গাগী মচা ভীষ্ম, ভরদ্বাজমুনিগী মচা দ্রোনাচার্য্য নিঙশংব লৈতন য়াতাখরে। মতম কুইনগীদমক কুরুক্ষেত্র অকনব ময়ামগী মোংফম ওইহৌরনি। ঙসি তোল্লব সূত মচা কর্ণন সেনাপতি ওইদুন লাল চঙলগনি। হে সূর্য্যদেব। নহাক্কুন ঐগী নিঙজব দেবতানি। করিগীনো ঐন নঙবু উরগ অঙুক হুংশিব পোকর্লব, হায়বিয়ু দেব-নঙগ ঐগ করি মরি থোক্লবগে, হুমিৎ থুদিংগী নহাকপু তত্তন পুজা তৌজরকপনি; নোংমতসু করিগুম্ব মহে অমত্তু নিজখিদে ঙসিসু নিজরোই করিগীনো নঙাল নশেক লোৎপগুম উৎলিব? কর্ণ পোকপদগী নিঙব থংজরকত্রবনি, অরোইবদসু থুংগনি নিঙদে। ঐন

খঙজৈ লালফমদ চঙলবদি শিব চঙব অনিগী মরক্তে অমদি শোয়ত্রবনি , ঐ অত্থদ চিংনব করিমত্ত লৈতে ; কর্ণ মায়য়োক্লব লাম্বাদ মায় ওন্দন শিগে নিঙই । যমুনা কোবী ইমা ! জগৎকী মপাওইরব স্থূর্য্যদেব, নখোয় অনিন সাক্ষী ওইবিহৌ—।(চম্ন য়েংহুন) কনানো য়ায় তোল্লবীগী মওংদ ।

কুন্তী চঙলকপ

কুন্তী— (তপ্ন অমস্থং স্থুংশিন) ইবুঙো—’!

কর্ণ— কনানো ?

কুন্তী— নহাক্কী নমানি……।

কর্ণ— মান্নি, হঃ হ: স্থুপী পুন্নমক ইমাগী মশক ঙাক্কনি ।

কুন্তী— মত্থ নত্তে, ঐহাক থাঙ্গৈশেংব নহাক্কী নমানি ।

কর্ণ— নহাক্কী কনা‘মত্ত লৈত্রবর মরাম্নবক ফব মচা কনাগী মমানো !

করম্ব ননিঙ থুংদব লৈহুন কম্নি পোৎ ভিক্ষা নিগে হায়হুন লাকপনো ঐ অঙ্গদেশগী নিংথৌ কণ হায়বহুনি । ঐবু পোকপী ইমাগী মমিংন রাধা কোই, ইপান অধিরথ কোই । জাতিন স্থুত মচানি, করি পাম্বগে হায়রো ভিক্ষাগী থোঙদ চঙজরকপ কনাগুম্ব অমত্ত নিঙব কায়হুন হনহলখিত্রি ঙসি ফাওবগী কর্ণগী পুন্সিদ-চিংনবলৈতন হায়ু দেবী ! কম্নিনো

ঐগী পরিচয় মুন্ন তাম্বগ নমিত্তগী নপি করিগী শিন্থরি ! হায় নহাক কনানো ?

কুন্তী - (কপ্লকপ) ঐ ভিক্ষা নিব অশেংবমক লাকপনি ইবুঙো ।

কর্ণ— হায়বিরো করি পাম্বগে ?

কুন্তী— মমাগী মফমদ মচান তোব হৌনব মাতৃভক্তি অদুত্ত ফংগে হায়রুন লাকপনি । ঐবু ইমা হায়ন অমুক্ত কৌ-ইমাগী ইবুঙো । ঐন পাম্বস্ত অসিতনি ।

কর্ণ— ঙুপী নহাক ভাওরে অপাম্ব পোং অচা অথক্নিগেদি হাযদ্রদন ঐন ইমা কৌরগ পেনগনি হায়বত্থ্রদ ঐসু যাম্ন ওক্লে অডুবু কর্ণগী মফমদ হায়জরবদি নিঙব অমুক কায়হনব তৌররোই ঐন নঙোন্দ ইমা কৌরগ পেনগনি হায়রবদি কৌজরগে, (ঙুংশিন) ইমা"— হায় নহাক্না নচা অমত্ত লেজত্রবর কর্ণগী পরিচয়দি পীরে নহক্নাদি পীররোইদ্রে ইমা —, কর্ণবু নচা ওইব পাল্লবদি ভাসত নত্তে শিব ফাওব নহাক্না নচা ওইজগে ইমা— হায়রো করিগী নপিশিন্থরি, করিগী নশানিকলি. ঐসু নঙবু উন্নগ থঙহৌদন ঙুংশিব পোকই হায়বিরো ইমা. নহাক কনানো ? (কুন্তীগী মখোঙ ময়াদ কর্ণ থুরুথুদক কুন্দ্রন লৈ)

কুন্তী— ঐ. কর্ণনঙগী অশেংব নমানি, ঐন কন্যা ওইরিঙৈদ হুমিং কৌব লাইগী বরদগী নঙবু ইচা ওইন

পোকখিবনি অহিং নোংয়াইগী মতমদ ধাত্রীগ তান্নরগ উপু অমদ য়াম্ন চ্যেকশিন্ন হাপ্লগ অকোয়বদ ঈশিং চঙদনব খোইরুন মেল্লগ অশ্বনদীদ তাউথ-হনখি। উপু অদু অশ্বনদীদগী চর্ম্মন্বতী তুরেন্দ, অমুক অদুদগী যমুনা-যমুনাদগী গঙ্গানদী য়ৌখিদুনা চম্পানগর য়ৌন তাওথরকপদ অমুক অঙনবদ অধিরথ, রাধা সূত দম্পতীন গঙ্গাস্নান লাকপদ নহাকপু থেংনদুন ম.থায়গী মচা ওইন য়োকখিবনি; ঐ কুন্তীনি পাণ্ডবকী মমানি। ফত্রবী ঐন ইকায়-বদগী নঙবু ভসিফাওব হায়দোকপ ভমদদুন লৈবমলনি—ঐ অসি পাপীনা-নি, মচাবু মুংশিব লৈতন হুন্দোকপ ভম্লবী শাদগী হেন্ন তোল্লবীনি। ইথস্তন হথস্তগী পবিচয পীব কিদুন লৈরম্লবী ফত্রবী নঙগী নমানি ঐ অসি—ইমাগী ইবুংঙো— ।
( কপ্প )

কর্ণ— শোবাবেনগুম্ন মচা মঙাগী মমান কর্ণ ঐবুসু মচা ওইন ভসি লৌশন্‌বিরব—কর্ণ মুঙাইবগী ভমখৈ লৈতবে। পোকপদগী মিংচৎথিদুনত লাক্রব অতোনব ভাং-হায়দুন ইমাম্নবশিংন থওইবিরক্রব ঐবু ভসি ইমা নহাক্ল লৌখৎপিরব—। মুমিৎ কৌব লাইন ঐগী ইপা, অদুগ কুন্তীন ইমা হাঃ হাঃ হাঃ ( অঙাওবগুম্ন কপ্প নোকপ পুম্ন ) জগৎ পুম্ব থঙ-

হোৱশন্নু কর্ণ কুন্তীগী মচানি। পেল্লে-পেল্লে ইমা! নহাক্ক যমুনা মপান্দ কর্ণবু নচা ওইন লৌশনবিরব (কুন্তীগী মখোঙ কোল্লগ হিক্ক হিক্ক কপ্পা) অচুবু ইমা! ঐবু পিশক পীক্লিদুনা ৱোকচরক্লবী ঐঙোন মাগী মচা ওইরব, মিকুপ অমত্তু ঐবু উদবদ ঙাও-রবা ইমাইবেম্ম তুংশিববী রাধাকৌবীদগী ইমা নহাক্ক অমুক মুন্থুন লৌবনদি ইমারাধাদি কনা য়েংথুন লৈগনি। নঙগীদি যুধিষ্ঠিরনচিংদ নচা মঙা লৈরি, ঐগী ইমা তোল্লবা রাধাদি কর্ণদ ঙাইবে ইমা—।
(কর্ণ কুন্তী মাগী মাখোঙ কোনথুন দঙুবং তোথুন কপ্পা)

কুন্তী— ইমাগী, ইবুঙো ইমা নঙগী নফমদ লাল্লে হমাবু ঙাকপিয়ু কর্ণ (কুন্তীনা হিক্ক হিক্ক কপ্পা)

কর্ণ— (ঙাওথুন) ঙাকপিররনি চৎলো, কর্ণ নঙগী মায়াদ কুইন লৈরু ঙম্লবোই—ঐ কৌরৱকী সেনাপতিনি। ঙসি কর্ণগী প্রতাপ খঙহনগে পাণ্ডৱকী তেঙ্গোন শাইথোক্কে। ঐবু কগৎন লোখৎপিদ্রনদ দুর্যোধন্ন লোখৎপিরব-অঙ্গদেশকী নিংথৌ ওইনা হাপপিখিব মতুংগী লমন মাগী শক থবাকথাগনি, থবাইন শিংগনি। চৎলো কুন্তী-ঐ নঙগী নচানি যাবে—মখা অমুক কাৰ ভিক্ষা নিনিঙ্লি? কর্ণগী ঙক অসিনু বকথুন ভিক্ষা ওইন হাপ্পুদ্ৰ পীগে মৎকুপ অমত্তু ঙাইয়ু।

কুন্তী— ( কর্ণ কোনহুন ; নত্তে নত্তে ইমাগী ইবুঙো কর্ণ. ইমাবু হন্ন হন্ন ইকায়ব পীরগনু। ( কপ্‌প )

কর্ণ— [তপন] অহুদি করি অমুক হায়ানিংলবগে ইমা !

কুন্তী— ভীষ্ম, দ্রোন শিগ্রে, হৌজিক নঙন সেনাপতি ওইরে; নচিন ননাও হাৎনব ইমান করম্ন য়েংগদ-গেনে, কনাবু শিহন্নিংব য়াউগদগে নহাক্ত নিংথৌ ওইরগ ননাওশিংন সেবা তৌব নহুত ইনাবু উইল্লুনে কর্ণ।

কর্ণ— তুংশদ ইমা, নয়াথং অহু তাবদ কর্ণগী থম্মোয় অসি কায়গদৌরে কর্ণন রাশকপ অমুক থুগায়ব য়াররোই শিত্রিফাওন দুর্যোধনগী যাথং ঙাক্লগনি। ইমা নঙদ নত্তে ইমাগী মশক ওইনবী জগৎকী মুর্ণী পুম্ননক্ত কপহুন কর্ণগী মগমদ ভিক্ষা নিররবস্তু দুর্য্যোধনগী মায়গৈদগী লেঙলরোই ।

কুন্তী— অহুদি ঐগী ভীক্ষা অসি পরেশদ তারব—

কর্ণ— [ থম্মোয় কায়যব খোঙ্গাং লোয়নন পি, পিহুন তপন তপন হায়নকই ]

লুংশিদ মচাগীদগক মমান রাব গঙ্গৎ অসিদ কুন্তী কৌবী ইমা নঙ ন-ত্ত-ন কনামত্ত লৈরম্মরোই - লম্মেন চাকপগুম্ন কর্ণবু খাঙব ঙমহন্দবসে পীক্লিথৈদ নঙগী নতম্বাক্তা চঙঙফম পীরমলবদি অসি থোকলম্মোইদবান-দে। রা ঙাঙফম লৈত্রে, উপায়

# চতুর্থাঙ্ক তৃতীয়দৃশ্য

## কৌরবকী লানশং

শকুনি হাল্লি লৈবমই।

শকুনি— মুংঙাইবে অক্ষৌহিণী তরানিপাল লোইশল্লকদোরে ইপা ইবুঙো নোক্নুনা য়েংথবিরক্লো। কুরুক্ষেত্রগী লমপাক্তু মাশাকন লৈখোম থোকলে ঙসী তুরেন চেপ্প, শগোল শামু থাং তেন লে। দোলাই অতেকপ ময়াম অসিন কাউমং থুইনা তাউরে। অকনব রথী ময়ামগী মকোক্ল কেনা মতৈ কেনবগুম অঙকপ ফংন তাডুন লৈর লাপ, বক লমহন হল্লাওন ঈ-মবুক থন্ন থাক্লু; তাংশা শেগায়তুন চারি। ভীষ্মগী তরানি দ্রোণগী মঙাল, লোইথরে, মহা-ভারত লোইগনব মচক্তু মঙাইবে; ঙাইবিয়ু ইপাইবুঙো ইচিল ইনাওশংগ লোয়নন নোকপিয়ু হরাওন—দুর্য্যোধন, দুঃশাসন দুর্ম্মুখ, দুর্বিংশতি মচিন মনাও চাম অমত্তু লোমহল্লরোই হাঃ হাঃ মুঙাইরে।

(কর্ণগ দুর্য্যোধনগ চঙলকই)

দুর্য্যোধন— মাম মুঙাইবরে নোকপিয়ু, মহাবীর কর্ণন ঙসি পাণ্ডবকা তেঙ্গোল চাইথায়রে মশিংনাইদন পাণ্ডবকী

লাম্মা হাংখরে। ভীষ্ম দ্রোণ শিগ্রশগু দুর্যোধন কবিমত্তু চিংনদে ইন্দ্রাণ্ড কর্ণ লৈরিঙৈদ।

শকুনি— কর্ণগা লাম্বা পৃথ্বীদ অতাঙ্‌বনি রাগম্ম ইম্মাক ইবুংঙো, চৌববদ সনালুপা লৈবাক্ল পোম্বানি। ঐখোয়বোমগী লাম্মা অক্ষৌহিণী তরামাথোইনি মখোয়বোম্‌গী তরেৎতনি করিগী কিফম লৈবগে।

কর্ণ— মামনস্থু তাকপিবি হোঁজক অরুব মতাং তাম্নদব য়াদব বাফম অম লাক্লে।

দুর্যোধন— অপনব লৈতন হাযশিযু মরুপ, কবি অপাম্ব লৈবগে।

কর্ণ— শল্য মহাবাজবু ঐগা দালাই অমুক্ত থোইনবিরবদি লাম্বা অসি নিঙ্‌বথুংগনিদ।

শকুনি— কৌরবগী মঙ্গলবু ওইগনি হাযরবাদ শল্য মহারাজগু শোযদন য়াগনি হুং যেংব) এঃ অশ্বত্থামাগ লাকমিন্নবে।

দুর্যোধন— (হয়াওন) লেঙশনবিরকউ মাম, গুরুনন্দনস্থ। (শল্য অশ্বত্থামা পূন্ন চঙলকই)

শল্য— লাল অসি মওং অম তোবে, মহাবাজ। মায়াবী ঘটোৎকচন নৈবদ থংব রানবে।

কর্ণ— চিংনবিগম্নু মাম কর্ণ লৈজার মায়া চঙব ঙমল্লোই হয়েংদি ল ল্লোং অম তৌমি।

অশ্বত্থামা— রাগম্নু মহাবাজ, অশ্বত্থামাস্থ লৈরি, ইপা হাংথিবগী লমন-ধৃষ্টদ্যুম্ন লত্যন সাক্ষী ওইরসম্নু হাংকনি।

অশ্বত্থামান কবি তৌব ওস্বগে হায়বত্ত মতুংদ খুঙলক্কনি লেংউ।

দুর্য্যোধন— চি-বব মতম অাসিদ মামখোয়, গুরুনন্দনখোয় নত্তন ঐগী কনা অমুক লৌরবগে। ঙসিদি মামগী মক্ষমদ রাক্ষস অমত্ত হঙ্গৎচ্ছগে নিঙজরি।

শল্য— হায়রু মহারাজ! চিংনব লৈতন হায়রু।

দুর্য্যোধন— মাম নন্ধাকপু বালোয়বন্নু, দানবিয়ু মামগী থৌজান্দগী কৌরবদা জয় পাসি অমুক্ত ওইজগে। ইতাও কর্ণগী সারথী অাস অমুক্ত ওহবিয়ু হায়ববু…।

শল্য— দুর্য্যোধন মহারাজ। মতমদি মামদ হায়রগনু, অদু নত্তব অম হায়রু মাম শুক কক্তুন পীয়ু হায়রবস্থু পীগে।

কর্ণ— য়াবিদব তৌবগনু মহারাজ, কর্ণস্থু য়াউন হায়জরি।

শল্য— কর্ণ নহাক ময়াই থর কারবর—ঐ শল্যনি থংঙু রা মথা অমুক তারগনু।

শকুনি— হিঃ হিঃ রাসি খজিঙদ য়োনগদৌরেন মঙ্গলবু ওইগনি হায়না নকর অকায়বা লৈবগে, শ্রীকৃষ্ণদস্থু অর্জুনগী দোলাই থোাব।

দুর্য্যোধন— হোয় মামগ রা অতুস্থু য়াম্ন ফজরি।

শল্য— দুর্য্যোধন! ঐ অনস্থু লৈগাক অমগী নিংথৌনি।

কর্ণ— ঐস্থু নিংথৌনি. নিংথৌ অমন নিংথৌ অমগী মতেং পাংনজুন অমুক নিংথৌ অনগী মতেং পীব হায়বসি ফজ্রগ্রব পোংনা, তনহুন থোকপ নত্তেন।

দুর্যোধন— চুমই ইত্তাও কর্ণগী য়া অসে।

শল্য— অচুম্ব ময়ামগী মরক্ত অয়ানব ঐদ ঙাইরব ?

কর্ণ-- ঙাইরে মহারাজ। কর্ণগী দোলাই অসি থৌবিয়ু।

শল্য— ( শাওত্তুন ) হে সূত মচা! নঙগী দোলাই থৌরগ ঐবু অয়ানব তাহল্লব—( থাং শগ্গুন ) থুংলাই পায়ু সূত মচা! নথরাই অহু লৌগে।
( কর্ণসু থৌরাং তৌই )

দুর্যোধন— [ কর্ণ, শল্যগী মরক খনত্তুন ] ঙাইখো মাম, দুর্যোধনগী য়ায়েন ঙাকপিয়ু মাম, অমুক্ত নেমথবিয়ু ইত্তাও কর্ণগী দোলাই থৌবিয়ু। মামদ নোঙ্গবগ লোয়নন হায়জরি। [ শল্য ফর্ণ থাংথুমদ থাং হঞ্জনৈ ]

কর্ণ— মহারাজ জাৎন অত্তোনব নত্তে লমচৎন খায়বনি। কৃষ্ণ গোপ মচানি, জগৎন মাবু পুজা তৌনরি। কর্ণ সূত ওইসনু কারি অকায়ব লৈবগে—দুর্যোধন গীদমকত থরাই থাগে লাক্কব নত্র—? য়ুগী পাত্রদ হাপ্‌প গঙ্গাজলগ, গঙ্গাজলগী পাত্রদ হাপ্‌প য়ুগ চাং অমুক্ত তম্লবিয়ু

অশ্বত্থামা— আধারনা চিংনবগুম্ন, আধেয়দসু চিনানঙাই লৈরি।

শকুনি— হায়বদি য়ুগী পাত্রদ হাপ্‌প গঙ্গাজল অত্ত গঙ্গাজল অত্তুম ওইত্তুন লৈ। অত্তগুম্নহুন গঙ্গাজলগী পাত্রদ য়াওরিব য়ু অহুসু য়ু অহুম ওইত্তুন লৈ, অসিনি। য়ুক্তি অসি ইক্ক ফজদব নত্রি।

কর্ণ— কর্ণন অর্জ্জুন হাংকনি হায়তুন রাশকপসি ভাবিরেদন ঙমত্রগ রাশক কায়বগী নবক তাব হায়বসিমদি শোয়ত্রবনি। মসি কনাগী দমক্তনো। মহারাজন রাওবিরিব লাল অসিবু কনাগী মীচংদনো রাখল মুম্ন অমুক্ত তোবিয়ু। রাশক কায়বগীদমক কৃষ্ণগী মাঙদ নরক অমুক্ত তামিম্নসিনে মহারাজ, স্বর্গ নরক অমতনি. নরক্তসু স্বর্গগুম্ন মুংঙাইব লৈ। নরকপু তাব তাববদি কৃষ্ণগ লোয়নন ঐখোয় পুম্ন তামিম্ন-গদৌবিবনি ভারতকী লান্দ কৃষ্ণ খুৎলায় পায়-রোই হায়গ্রবনি, ভীষ্মন নমদন পাম্নহন্থিবনি, চক্র পায়তুন ভীস্ম গাৎকে চেনশিনখিবতু কাউরত্র মহা-রাজ; রাখল মুম্ন তোবিয়। কর্ণন হায়জব অসি হন্দক্কী মতাং অসিদ অমুক্ত য়াবিয়ু।

শল্য— (কর্ণদ মুম্ন যেংলগ) কবে-ঐ য়ারে অতুগ মসি মদি কাউগনু কর্ণ—। শল্যবু নঙন খৌদারবদি ইল্লোইহায়বসিম। ইশান খঙন অতুম হোৎনরক্কনি খঙউ।

দুর্য্যোধন— মাম, ঐগী সন্মান অসি লোবিয়ু(ইকায় খুম্নব উৎপ)

শল্য— মহারাজ—।

অশ্বথামা— অহৃদি ঐসু পোথারুরগে মহারাজ।

(শল্য অশ্বথামা চঙমিম্নখি)

দুর্য্যোধন— লেঙশিনবিরসি মামগ, গুরুমচাগ। ইতাও ঐখোয়

অনিস্সু পোথাক্নরসি। (শকুনিদ) মামস্সু লেঙশল্লসি।

(কর্ণ দুর্য্যোধন চঙমিন্নখি)

শকুনি— লেঙশল্লস্মো ইস্মাক ইবুঙো। (লৈতুন য়েংহোৎই) কৌরবকী অকনব মশীং থিব ঙমলমদব অদো হৌজিক থিনিংঙাই লৈত্রে। পাণ্ডবকী জয় অশুম অশুম নকশল্লকাল। শিখণ্ডীবু অর্জ্জুনগী সারথী ওইনব নেকপদ মথোয়রোমগীস্সু থংনখি। নমতুন ওইহনখিবদগী ভীষ্ম খুংলায় পায়খিদে ইলাম্ম লায়ন অর্জ্জুন্ন ভীষ্ম হাৎখ্রে। মসি রহস্য অমগী মথুংদ রহস্য অম লৈরমলে। ঐখোয়্বরোগীস্সু অসিগুম্বনি, শল্য পাণ্ডবক য়াম্ন নকৈ. ক্ষুংশিবস্সু পাণ্ডবপু ক্ষুংশি, বার্ত্তা হান্খবগী দুর্য্যোধনগীদ তুক লৈরিব লায়বত্তনি, কর্ণস্সু কুন্তীন যমুনা মপান্দ নাম কামখরে হায়ব'ম তারে। পাণ্ডবপু ক্ষুংশিব অনি চঙতুন পাণ্ডব হাৎকনি হায়বসি অন্তর্যামী কৃষ্ণ'ম—, মন্ত্রযামী শকুনি'ম অসি নত্তন কনামত্ত খঙলমলোই। উম— পূর্ণাহুতি থক্তক্ত ঙাহরে — ইপাইবুঙো, কুইররোই।

(শকুনি মঙক নোম্ম, নোংমতন চঙখিব)

— —

## চতুর্থাঙ্ক চতুর্থদৃশ্য

## অঙ্গদেশকী কোন্নুং

মহারথ কর্ণগী লাল যাত্রা তৌরমদাই। মনাই অম-মহাক অসি কর্ণগী মন্ত্রিনি, মন্ত্রিগী ফিজেৎ শেংলি। নাক য়েত্ত রাণী পদ্মাবতী, মচা নিপা বৃষকেতু লেপ্তুনা লৈ।

**কর্ণ—** কুরুক্ষেত্রদ পৃথিবীগী অরাম্ব লোথোকপ লালগী মহাযজ্ঞ তৌরি। থৌরাং অসিগী পরিচালক শ্রীকৃষ্ণনি। মসিদ অকনব পুন্নমক মাগী মাগী তেঙ্গোলগ লোয়নন থরাইন পোম্বা ওইনত্তুন লাল য়াউনর-রি। পাণ্ডবকী লান্মী * অক্ষৌহিণী তরেৎ কৌরবকী তরামাথোইনি. পুন্ন অক্ষৌহিণী

---

* অক্ষৌহিণী :— খোঙমী ১,০৯,৩৫০, শগোল ৬৫৬১০ শামু ২১,৮৭০, দোলাই (রথ) ২১৮,৭০০ পুন্ন মশী° ৪,১৫৫৩০ অসিন অখৌহিণী অম কোই, অসিগুম্ব অক্ষৌহিণী ৭ তরেৎ পাণ্ডবকীনি। পুন্ন মশীং ৪,১৫৫৩০ × ৭ = ২৯০৮৭১০ নি। অদুগ কৌরবকীন অক্ষৌহিণী তরামাথোইনি ১১ নি। পুন্ন মশীং (৪১৫৫৩০ × ১১ = ৪৫৭০৮৩০ নি মহাভারতকী লান্দ অক্ষৌহিনী তরানিপালনি, অশুম্ন বর্ণন তৌই।

ভরানিপাল্লনি লানফম অসিদ। ভীষ্ম, দ্রোন, অভি-
মন্যু জয়দ্রথনচিংব মহারথ কয়া বীরগতি ফংগ্রে।
অমরগী মশক ওইরব মীংচৎকি মুম্বী তাইখং-
পাম্দ খিন্নরমলে। মহাভারতকী রারী অসি
হুমিৎ থান লৈরিবমথৈ মুৎপনাইদন লৈহৌরগ-
দবনি। মীওইবগী মপোক অসি থবক্কী মপোক
নি, থবক তৌন তৌন শিখিব অহু চঙন স্বর্গ
কাপ্পবনি। ওসি সেনাপতিগী ফম লৌত্তুন কর্ণ
পুন্সিগী পরীক্ষা পীরগনি—। জয় গুরুদেব।

[ভাঙ্গা অসিমক্তদ ব্রাহ্মণগী ফিজেত্ত ইন্দ্ররাজ চঙলকই।]

ব্রাহ্মণ— দানবীর কর্ণ—ঐ ব্রাহ্মণনি, নঙগী নফমদগী ভিক্ষা অমত্ত নিগে লাকলিবনি।

কর্ণ— খুরুমজরি ব্রাহ্মণ. লালগী যাত্রা তৌরমদাইদ ব্রাহ্মণবু উব ফংজব কর্ণগী লাইবক ফবনি, হায়বিয়ু করি তাকপিগদব লেত্তুন লেঙবিরকপগে। (ময়ামস্তু খুৎলোগ্নত্তুন ভাক্ত তৌই, অদুগ অঙকপগ লোইন য়েংই।)

ব্রাহ্মণ— ভিক্ষা অমত্ত নিগে লাকপনি. সনা লুপা সম্পত্তি নিগে লাকপ নত্তে, ঐন পাম্ব অমত্তং নিজগে হায়ত্তুন লাকপনি। পীগে হায়রকাদ হায় রাজকুমার মহারাজ।

কর্ণ— কর্ণগী শক্তিন ইমগদব ওইরবদি খাকচব লৈত্তন কৎচগনি ব্রাহ্মণ ।

ব্রাহ্মণ— মতম অমদ কৃষ্ণন মীনম্ব ব্রাহ্মণগী মশক লৌতুন মীশা চাগে হায়তুন নিরবদ চিংনব অকিব লৈতন নচাবু হোরাইন লেনতুন কৎখি হায়ন তায়। অতুদগী মহারাজগী মিং দাতা কর্ণ হায়ন জগত্ত ফাওরি ঐদি অতুগুম্ব মীনম্ব ব্রাহ্মণ নত্তে।

কর্ণ— হায়বিরো ব্রাহ্মণ কর্ণগী মফমদগী অপাম্ব করিনো হৌজিক লালগী যাত্রা তৌরবনি পম্ববিরগনু।

ব্রাহ্মণ— মহারাজ কর্ণ শোয়দন পীরগদ্র -?

কর্ণ— কচ্চরগনি—।

ব্রাহ্মণ - অতুওইরবদি পোকপদগী কোম্নরক্লব "কবচ" কুণ্ডল অতু পীয়ু—

কর্ণ— (অঙকপগ লোয়নন) পোকপদগী কোম্নরক্লব "কবচ" কুণ্ডলপাম্লব···। ফরে মিকুপ অমত্ত ঙাইবিয়ু। মন্ত্রি ঐগী লালগী ফুরিৎ অসি লৌথোকউ।

মন্ত্রি— (কর্ণগী ফুরিৎ লৌথোকপ) মহারাজ অঙকপগী মশক ওইরব দান আসবু করম্ন পীগদৌরিবনো ননাই ঐথোয়দি কিবন নিকলে।

পদ্মা— মহারাজ মতু নত্তব অম ব্রাহ্মণদ কৎনব লাংসি-

বৃষকেতু ইম। ব্রাহ্মণ পাম্বদ কৎসি, পাবুংগী নিঙব কাম্ন-হনগনুশি।

কর্ণ— (নাকন্দ য়াল্লিব থাং শংতুন থবাক্তী মথক থংব মখোরি মপ্পাদগী লেনব হৌব।)

ব্রাহ্মণ— নত্তে নত্তে. মহাবীর কর্ণ! রাণী পদ্মাগী মথুংমক্ল লেনথংহনবিয়ু অদুগ রাণীগী মিত্তগী পি তারব অম ঐ লৌব ওমলোই।

কর্ণ— পদ্মা লাও— নথুংমক্ল ককথংলরো লাও অদুগ ব্রাহ্মণদ কংলু।

পদ্মা— (কপ্‌তুন) ঐবু করম্ন থাওলশিগে ব্রাহ্মণ··· ইপুরোইবগী থরাই অসিদদি কনবিরম্মুনে··· (হিক্ল হিক্ল কপতুন খর খর লেমব হৌই, কর্ণগী থাবাক্তে ঈ চেন্থরকই) মপুরোইবগী হকচাংবু থাংন লেনব ওম্বী হিংচাবী হায়বীদু ঐনি। ব্রাহ্মণ! পাপ অসি নহাক্ল পুগদবনি।

ব্রাহ্মণ— পদ্মা করিগী কপলি— ?

পদ্মা— অসিদবু জগংকী করম্ব মুপীন থাওডুন লৈব ওমগদ গেনে ব্রাহ্মণ—ইবুঙো — (রাম্থখিব)

কর্ণ— (অপনব লৈতন মথুংমক্ল শেগায়রগ ব্রাহ্মণদকংপ ] পেনবিরো ব্রাহ্মণ কর্ণগী পোকপদগী কোম্নরক্লব খুংলাই চঙব ওমত্রব কবচ কুণ্ডল অসে কচ্চয়বনি। (পদ্ম কোনখংপিব) পদ্মা করিগী নথৌনা অত্তপ রাংলি। নঙোন্দ মতু মত্তিক চাদে। (কোনবিব)

ব্রাহ্মন— পেল্লে পেল্ল, দানবীর কর্ণ!

পদ্মা— (ব্রাহ্মনদ) হায়য়ু নঙস্নু কৃষ্ণগুম্ম মীনম্ব ব্রাহ্মন শোয়দন থুইরমগনি। (শাওন) কনানো হায়য়ু। সতীগী মাঙদ মীনমগন্নু—নত্রবদি হৌজিকমক শাপ তৌরগনি।

কর্ণ— নত্তে পদ্মা, ব্রাহ্মনগী মফমদ অহুগুম্ব রাহৈ অহু হায়হৈদে।

(খুদক অসিদ থঙহৌদন ব্রাহ্মন মাঙখরে, কীরটিগ লোয়ন ইন্দ্ররাজ লেপ্‌লম্ব)

ইন্দ্ররাজ— ঐ ইন্দ্রনি মহারাজ (পুম্নমক খুং লোইম্রে) ইচা অর্জ্জুনগী মিচংদ লেপ্তুনা মহাবীর নঙোন্দগী কবচ অসি নিরিবনি। নহাকুম্ব দাতা পৃথ্বি'দ অতাঙবনি। "নশাবু নশান লনথংত্তুনা দান তৌব ঙম্ব শিবি" নিংথৌগ নঙগদনি।

কর্ণ— মচাগী মিচংদ ইন্দ্ররাজ! লাইবক ফৈদ পাণ্ডবকী অর্জ্জুন!

ইন্দ্ররাজ— মীওইবন ঙম্নরোইদব থবক কর্ণ নঙতন ঙমলে। নহাকী নথোনা ভগবান পশুরাম, ইন্দ্র ইশামক গুরুবনি। হায়য়ু কর্ণ ঐঙোন্দগীস্নু অপাম্ব পোৎ অমত্তদি নিয়ু, শোয়দন পীগে, ঙমখৈ লৈতন ঐ পেল্লে।

কর্ণ— অহুওইরবদি দেব, লংথিবদ শোম্নব নাইত্রব ব্রাহ্মাস্ত্রগী মশক ওইরব "একাঘ্নী" খুৎলাই অহু পীনবিয়ু ইন্দ্ররাজ।

ইন্দ্ররাজ— (খুৎ তিংথোকপ অতিয়াদগী মৈহৌরব "একাঘ্নী" গদা ঙৎতুন পায়থরকতুন ইন্দ্রগী খুত্ত থুংলৈ অঙকপ উংপাৎ তৌই, ) লৌজরো কর্ণ—,খুৎলাই অসিগী মথোনা অঙকপনি। যম,বরুণ, ইন্দ্র ইশামক খুৎলাই অসিন পাল্লবদ ভুদনিঙাই লৈত্রবনি। ঐ চৎলে কর্ণ-নহাক্কী মিংচৎ জগত্ত অমর ওইন লৈহৌরসনু।
( ইন্দ্ররাজ মাঙখিব )

কর্ণ— অঙকপনি নিয়তি! নঙনশিনব থৌরাং অসি।
ইমা ইবেম্ম, কুন্তী দেবী। নঙন নিঙব থুংলগনি।
অর্জ্জুন চামন কর্ণ হাৎপঙম্বগী শক্তি লৈতবনি— অদুবু হৌজিক্তি অর্জ্জুন য়াওম্বরসু কর্ণ মত্তোমদ শিজরবগুম্ববনি, মুঙাইদ কৃষ্ণ মনাই অর্জ্জুনবু পৃথ্বীগী অকনবশিংগী সিংহাসন্দ সম্রাট ওইন থাঙ্গৎপীগে শিনবিরি।
(মান্ত্রন কর্ণগী লানকুরিংালৎশল্লি।)
ইপাগী বৃষকেতু মীওইন পোক্রবদি অরাব অনাব থুদোংথিব শোয়দন থেংনগদবনি, মতুদ নিপা থোক্ক মাথয়োক্লহুন থেংনরগত বীরপতি ফংঙ্গদবনি। রাগনু পদ্মা বিদায়— (কর্ণ চৎখিব)
[ নেপথ্যদ লালগী যন্ত্রন নিল্লকই ]
( মন্ত্রি, পদ্মা ঙকতুন লৈহোই )

বৃষকেতু— ইমা, ঙকতুন লৈরি, করিসু ঙককম লৈতে।

তাইবংপাল অসিমক অঙকপনি, পুন্নমক অঙকপগী অঙকপ ঙাক্তনি। ঐস্‌ ভারতকী লাল য়াউব চংকনি। ইয়াম্ব বৃষসেন, সত্যসেন, সুষেন প্রসেন লোইন নিপাওইন পোকপগী লালফমদ চংনগ্রে ঐস্‌ চংলগে ইমা।

পদ্মা— ঐঙোন্দগী বিদায় লৌরগনু ঐবুস্‌ নখোয়ন বিদায় পীরো।

(মিকুপ অসিমক্তদ নিয়তী থঙহৌদন চঙলকই।)

নিয়তী— রাণী পদ্মা! ঙাসদি ঐস্‌ নঙোন্দগী ভিক্ষা অমত্ত নিগে লাক্লি।

পদ্মা— (ওক্ল) কবি ভিক্ষা, ঐঙোনদগী করিসু পীনিঙাই লৈত্রে ইমা।

নিয়তী— লৈ; করিসু মমল তিংব নত্তে, নহাক্কী লাইবক্কী সিন্দুর অতু পীয়ু।

পদ্মা— (শুংশাথিন অমসুং কপ্ল কপ্ল) করি! পীব ঙমলোই মপুবোইব লৈরিবা হুপাগী লাইবক্কী সিন্দূর পীব ঙমলোই। মাসগী মহুৎ পদ্মাগী থৱাই ওইন লৌবিয়ু ইমা।

(কপতুন নিয়তীগী খোঙময়াদ খুকউ লৈতান ঙাইজ্রে।

মন্ত্রি— মসি ফত্রবী হিংচাবীনি চংগ্রে। চংলো মক্কম অসিদগী লাপ্ল চংগ্রে—মাঙলে মাঙলে তৌরিবসিদি!

নিয়তী— [পদ্মাগী মরায়বক্কী সিন্দুর থঙহৌদন য়াম্ন থুন মুখংখি

অত্থগ লোইনন মৈরিগী মশক ওইরব মঙাল অমস্থ থোকখি। অকিব থোকলন নিল্লকই ] ঐ নিয়তীনি কনানস্থ ঐবু অপনব পীব ঙমলোই পুম্নমক ঐন শিল্লিবান !! (থুনা য়াংন চংখি)

পদ্মা — (কপ্পুন) লোইরে পদ্মগী পুক্সি লোংবে। লোইরে মপোক'সিমগী পদ্মা-গুড়াইব শরুক লোইরে (য়াম্থখিব)

বৃষকেতু— ইমা ইমা (মমাবু কোনশিনবিখিব)

মন্ত্রি. বৃষকেতুন সেবা তৌব

———

## চতুর্থাঙ্ক পঞ্চমদৃশ্য

# কুরুক্ষেত্র

কর্ণার্জ্জুননা অরোয়ব লানফম।

মায়গৈ পুন্নমক লালগী ধ্বনিন নিনব

মোইবুং অমসুং গোমুখগী খোঞ্জেল তৌন খোঙলকই।

কর্ণ— [ যুধিষ্ঠিরবু লিরুং খোঙ্জিন ঙকশমদ কোৎলগ চিংত্নন পুবকপ ]

হাঃ হা হাঃ খঙলবর যুধিষ্ঠির কর্ণগী প্রতাপ।

যুধিষ্ঠির— মহাবীর, তেঙ্গোল মন্নাম অসিগী মমাঙদ ইকায়ব কুইন পীগদগী শরুক খুদক্ অসিদ থরাই লৌবিরো।

কর্ণ— ঙসি কর্ণগী মথুক্ত নাইথিবে হায়বসদি খঙলেদন নহাক পাণ্ডবকী নিংথৌনি। কর্ণন নিংথৌ ফাববদি কৌরবন জয় ওইবেদে। কর্ণন বাশকথি পাণ্ডবকী নিংথৌ যুধিষ্ঠীর ফাবগ দুর্য্যোধনদ পীগে হায়ন।

যুধিষ্ঠির— ইকায়ব পীবসু হাৎপগ চপ মান্নরবনি। ঐ মহাবীরদগী থরাই কনবিযু হায়জরোই, অনিরুক হাৎপদি তৌবিগনু—নাকলদ য়াল্লিব থাং অতুন ঐগী ঙক অসি ককপিরো—অকনব অমগী মফমদ

অমন মায়োক্নত্তন থরাই থাগ্রবদি সনাতন ধর্ম্ম ফংই হায়্নৈ, ধর্ম্ম অত্তু ঐ ফংজরগে।

কর্ণ— অত্তুদি ঐগী দোষ চৈত্তবে নঙগী শাস্তি চপচান পীরগনি নহাক ক্ষগৎন বৈক্ষবনি হায়ন খঙনৈ— অত্তগ কৃষ্ণবুন লাইনি হায়নস্লু নিঙবদায় নিঙ্জরো মিকুপ থবদ মঙাইবে।

যুধিষ্ঠির— ঐদি মতম পুন্নমক্ত অতৎপ লৈতন ইবুঙোমাবু নিংঙ্ক্রত্নুনত্তু লৈজবনি।

কর্ণ— ( পি-শিন্থবকপ অত্তগ নোকপ ) যুধিষ্ঠীর। চংলো কর্ণন নঙবু থাদোক্লবনি।

( লিরুং খোজি লৌথোকপ)

কুন্তী দেবীদ তেম্মু, সূত মচান থরাই কনবিরকই হায়ন। চংলো যুধিষ্ঠির অমুক পন্থরগন্নু নহাকপু টেক্লং ঐগী পাঙ্গল শাসি ময়েং তাগে তৌরকই; কর্ণগী লানফম অকনব যান্ন বাৎলি। ( পি শিন্থব )

যুধিষ্ঠির— কর্ণগীনো অকনব ঐবু ফারগ অমুক থাদোকলিব অত্নগ মিৎতগী করিগী পি শিন্থরিব।

কর্ণ— নহাক্লুম্ব থৌন ফব উবগ কপনিংঙি অরাবদন নোকত্তন মায়্যোকনৈ কর্ণদি।

যুধিষ্ঠির— অকনব নহাকপু কর্ণগুম্ব মরি অম লৈনবদোম করিগী অমুক তুংশিব পোক্লি ঐগী থম্মোয়দ—।

কৰ্ণ— জগত্ত মরি থোক্নদব লৈতে-মফম অসিদি লানফমনি চৎলো ভীষ্মগ অর্জ্জুনগ কবি থোকনৈ—যুধিষ্ঠির চৎলো কর্ণন নঙবু থাদোক্পিরবনি

যুধিষ্ঠির— [ স্বাগত ] ইস্-হকায়থরেদ য়েক্নবন থন্নাই কনবিন্নব কৃষ্ণ কৃষ্ণ! [ লু-লুকথত্নন হনখি ]

কৰ্ণ— [ মুন্ন ঙাহাক য়েংলগ পি শিন্থত্নন ] ইমা! ইমা ইবেম্ম। কুন্তী দেবী! নঙগুম্বী মচা নিঙবী ফুপী তাইবংপান্দ লৈরম্মোই কর্ণগী ফুগু চঙলব থম্মোয় ইমা নহাক্না নহি চেনহল্লে।

[ কর্ণগী মায়োক্ত পাণ্ডবকা জয় ধ্বনি
"জয় পাণ্ডবন জয় ওইরে" ]

পাণ্ডবন জয় ওইবে হায়ব হঃ-হঃ-হঃ- য়েক্নবন লাওখোঙব তারগ কর্ণগী থম্মোয় চাউখৎনি। লৈরম্মু ঙসিদি কর্ণগী মাঙদ লেপ্লগদব কনানো। [ থৌনাফন লাওরকই ]

[ নেপথ্যদগী কৃষ্ণার্জ্জুন লাউরকই ]

[ শ্রীকৃষ্ণ, মন্নুংদগী কর্ণ! ঙসিদি চ্যেকশিল্লু নঙগী অরোইব ফুমিৎনি।

কৰ্ণ— হে সারথি, নমিং লিশিং অমম্ভব কৃষ্ণ! লিশিং লক হন্ন নখোঙ থম্বালদ খুকমজরি।

[ অর্জ্জুন মন্নুংদগী—কর্ণ, ঙসি অর্জ্জুন্ন ঙাইত্নন লৈরি নহাক্কী নাপল অচুম্বা দণ্ড পীরগনি।

কর্ণ— ৈলরম্মু অর্জ্জুন—কর্ণগী প্রতাপ খঙহনগে।
জয় গুরুদেব—। তেন কাপ্প কাপ্প তানশিনখি
মন্নুংদ লাক্পী ময়ামগী ধ্বনি ]

[ ভীম-দুঃশাসন তকশন্নকপ ]

ভীম— হে মহাপাপী দুঃশাসন [পাম্বোমগ পাম্বোমগ মুক্নদুন ইমৈ ]
শাগেগী মৈতাল অশিব—। লৈবাক মাঙনবগী মখক ওইয়ব, ঙাস নঙগী অরোইব দুমিৎনি খঙউ।

দুঃশাসন— হে যণগুম্ব অপঙব নখোয়গুম্ব অপঙবগী নবুঙোনি দুঃশাসনন্ন।

[ মল্লযুদ্ধ তোনব ভীম্ন দুঃশাসন লোংন নম্ব মবুক্ত ফম্নগ ]

ভীম— খঙলবর মহাপাপী। ভীমগী ম্নাশক নথবাক শেগায়-দুন হাৎকে।

দুঃশাসন— ওঃ-ওঃ- মাম মাম, শকুনি থম্লাই অমুক্ত কল্লরে। ওঃ- আঃ

ভীম— শকুনি চামন নথম্লাই কনব ঙমলরোইদবনি। খাঙউ পাপী নিঙশংউ দ্রৌপদীবু সভা ময়াইদ ইকায়ব পীখিবদো কাওরবর মথংদ নয়াম্ব পাপী নিংথৌ দুর্য্যোধন হাৎকনি। ( মথবাক দুঃশাসন অম্নোইব ওইন শিরমদাইগী [illegible] খোঙেম লাওদুন মথোঙমথুং কাওদুন মথম্লাই থাব )

হা:-হাঃ- ভীমগী রাশক থূংলে ( ঈ খুজোক খুজোক থক্প. ভীম মশা অপুম্ব ঈ তৈব, মমায মমিং ঈন পুমঙা ঙাংব .হৌগতুন ঈ খুজোক পাযথংলগ—) কদায়দ চৎত্রে কৃষ্ণা। দ্রৌপদী— দুঃশাসনগী অশাব ঈ-ন, নকোক তুম্ন বা ; থোকখিব বেণী পুল্লবো লা-ক-ও। ঙসি কৌরবকা দুঃশাসনগী মথরাই লৌবে. পল্লে পেল্লে - হা:-হাঃ হা: -
( নোক্ল নোক্ল চেনশিনখিব )

( দুংলোমদগী শকুনি চেনশল্লকপ )

শকুনি— দুংঙাইবে পেল্র দুঃশাসন মাম লাকল। নঙন রাক্ষন লাওথোংব তারগ মামন নোকচৈ ভীমন শা হাৎপগুম নথবাক শেগায়ব উরগ ঙমথৈ নৈতন থম্মোয়দ পেল্লি। নখোয় নচিল ননাও চাম তাম্নরগ ঐখোয়গী ইচিলইনাও চাম চাক কৌবনি হায়ন্থুন অম্ন শালাদ থোংলোনশনহুন ঙৌহুন হাৎখিব-মহুগী লমন কৌরব তুম্নব মামনশিল্লিবনি। ইপাবুঙো পেনবিরো য়েংথবিরক্লো! ইচিল ইনাও ময়ামগ লোয়নন হৌন নোকপিরো পেল্লে শকুনি পেল্লে।

কর্ণ— কদায়দ চৎত্রে দুর্য্যোধন, দুর্য্যোধন লাকও য়েংলরো দুঃশাসন্ন নৈমায়দ তাহুন নৈম্মিবসে ...

[ দুর্য্যোধন চেনশল্লকপ ]

দুর্য্যোধন— মাম-ঐ লাকলে—কম্বিনে৷ অসিদে ইয়াম্বগী ইবুঙো দুঃশাসন [ কোনব ]

শকুনি— যুবরাজ দুঃশাসন—মামন কনব ঙমহৌদ্রে। কাল হায়ব লাইন তৌবগুম্ন পাণ্ডবকী ভীম্ন ওম্বোক্ল তমথিন হাৎলমলে—। ইস মুঙাইতেদ মামগী ইবুঙো দুঃশাসন। [ কপশিন্নৈ মিৎ থুমজিল্লি। ]

দুর্য্যোধন— আ: লাকচন তৌখরেদ হিংচাবগী মতৌগুম্ন দুঃশাসনগী মথবাক শেগায়দুনা ভীম্ন হাৎখরব লৈরম্মু থঙগনি। মহাপাপী পাণ্ডবকী ভীম।

শকুনি— [ দুর্য্যোধন্ন চৎখিব মায়গৈদ স্নেংদুন। ভীম চৎল্পবনি মথোঙন থোংন মহাপাপী দুর্য্যোধন অদুম্নু।

[ তপ্পা অসিদ সহদেব চঙলকই। ]

সহদেব— লৈরমমু মহাপাপী বড়মন্ত্রি! সহদেবন নঙবু হাৎকে হায়দুন রাশকপনি রাশকপ অদু ঙসি থুংনব তৌরগনি পাপী!

শকুনি— হৈ সহদেব হায়ব ধর্ম্ম লৈতব অথঙব ঐ মঙাইরে নাপল তৌব, নরক্কী তীল।

সহদেব— লৈরম্মু থঙগনি। [ চোংশনদুন পাম্বোম পাম্বো পায়নদুন মুক্কব অদুগ সহদেবন নমথব। তৌরকথোনে পাণ্ডবপু মাঙনব তে

শকুনি— [ নিক্ক নিক্ক ] সহদেব ঐবু দুর্য্যোধন য়েথেক্কপ অদু উব অমুক্ক ফংহন

সহদেব— যবনগী নৈবাক্রগী মথরাইন য়েংলকউ মহাপাপী।

(থাং শক্তুন হাইথখি)

শকুনি— (অকিব থোঞ্জেল অরোইব ওইন লাওখি)

সহদেব— জয় শ্রীকৃষ্ণন জয় ওটরে। ইমা ইবেম্মা কুন্তী
নহাকপু রাইনব পাপীগী কাওবু হাৎলে।

(চেনশিনখিব)

[লান্নীন অশিব হকচাং হোন্দোকখি
মায়গৈপুম্ব লালগী ধ্বনিন নিন্দুন লৈ]

অতোপ্প নাকল অমদ অমুক
কর্ণার্জ্জুনগী অকনব লাল থেংনৈ।

শ্রীকৃষ্ণার্জ্জুন অতোপ্প মায়গৈদ লেপই। কর্ণন অতোপ্প মায়গৈ অমদ লেপই।

শ্রীকৃষ্ণ— কর্ণ! ঙসিদি নঙগী অরোইব সুমিৎনি থঙউ।

কর্ণ— সুভাইব পাও পীনবিরি হে কৃষ্ণ, কর্ণন নঙবু থাগৎচরি। ঙসিদি অর্জ্জুনগীদমক চেকশিনবিয়ু।

অর্জ্জুন— কর্ণ.—নথরাই কনব থৌরাং তৌজরো। অর্জ্জুনগী রাশক নঙবু হাৎকে হায়বদু ঙসিনি।

কর্ণ— ঐন নঙবু হাৎকে হায়রুন রাশকপুরুসু ঙসিদি অর্জ্জুন।

চৌবম শাস্রব মতমদ নঙন তৌখিব নাপল,
ইম্মাম্ববু ইকায়ব পীবগী, অন্যায়যুদ্ধন ইচা অভিমন্যু
...ব, ঘটোৎকচ হাৎখিব, লম্ব সম্পত্তি, ভত্রক,